# থম্বাল তরেং

অইবাঃ

মুন্শী প্রেমচন্দ

অনুবাদকঃ

ৱারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ




অহানবা ফোঙবা : ১০/৯/২০০৯

কোপী : ৫০০/-

অফোংবী : **ব্রারেপ্পম ওংবী স্বাধীন্তা দেবী,**
তোপ খোংনাং মখোং,
পোরোম্পাৎ রোড, ইম্ফাল ইষ্ট।

ফংফম : অনুবাদককী/অফোংবীগী য়ুম

মমল : লুপা ১০০/-.

নম্ফম : বীর কম্প্যুটর প্রিন্টিং ব্রার্ক্স লম্ফেলপাৎ,
ইম্ফাল।

# কচ্চবা

লাই ওইশ্লবা পলেম-পম্মৌ অনীগী নফমদা তোল্লবা নচাগী খুদোল **‘থম্বাল তরেৎ’** নখুয়াদা কচ্চরি। নচাবু মঙ্গল পিবিদুনা মথা তানা লাইরিক কয়া ফোংবা ঙম্মবা থৌনাসু পিনবিয়ু।

ব্রারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ

# ইরম্মাইগী মোৎ

মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্যগী ওজা অমা ওইনা চহী ৩০গী মথক্তা সেবা তৌরক্লবা লোয়ননা বিষয় ৪ দসু মাষ্টর ওইবগী খুদোংচাবা ফংলবা শ্রী যুগিন্দ্রগী 'থম্বাল তরেৎ' মিংথোনবা অনুবাদকী লাইরিক অসি পারুবদা নুংঙাইবা পোকই, অব্রাবসু পোকই। নুংঙাইরিবনা হিন্দী প্রেমীশিংনা কাউনখ্রবা, মতম অমা য়াম্না পাম্না পানরম্বা প্রেমচন্দগী 'সপ্ত-সরোজ' হায়বা হিন্দী ৱারীমচাগী লাইরিক অদু অপাবশিংগী মিৎলমদগী মাঙখিবদগী ওজা অসিনা অমুক নৌহৌনা হন্দোক্তুনা 'থম্বাল তরেৎ' রস চুপচনিংবা মণিপুরী লোনগী অপাবশিংদা রসাস্বাদন তৌবা ফংহনবা অসিনি। অনুবাদক অমনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী লমদা অবদান মচা অমদি তৌরে হায়নীংই। লাইরিক অসি ঙসিদগী চহী ৫০ মুক্কী মমাঙদা স্বর্গীয় লাইময়ুম ভাগবত্তদেব শর্মানা মণিপুরীদা হন্দোক্তুনা ফোঙগ্রবনি অদুবু লাইরিক অদুগী কোপী অমফাওবা কনাগী মফমদসু লৈরমগদৌবা মান্দে। লৈরম্লগদি অমুক্তং চাংদম্মদুনা য়েংবা কান্নগনি। নুংঙাই ওজা যুগিন্দ্রগুম্বনা অনুবাদকী লাইরিক মচা অমা পুথোরক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌরক্লিবা অসি। মসিসু কান্নবা মখল অমনি। মহাক্কী সেবাদা পেল্লদুনা ভারত্তীয় দলিত সাহিত্য একাদমীনা মনা-মথুম ফাওবা পীখ্রবনি।

হিন্দী সাহিত্যদা 'প্রেমচন্দ যুগ' হায়দুনা সাহিত্যগী তোঙানবা তাঙ্কক অমা লৈ। প্রেমচন্দনা খুৎ থারম্বসি মরুওইনা ৱারীমচা, উপন্যাসনচিংবদনি। মহাকপু হিন্দী সাহিত্যদা উপন্যাসকী সম্রাট (নিংথৌরেল) হায়না খঙনরিবনি। মহাক আউটলুক লৈবা প্রেমচন্দনি। আদর্শদা মায় ওনশিনবা যথার্থবাদ (আদর্শোম্মুখী যথার্থবাদ) হায়দুনা সাহিত্যগী খুৎই খুৎলাম্লোক অমা হৌদোক্লম্বা অইবা অসিনা মহাক্কী ৱারীমচাশিংদা অওইবীদা য়ুম্ফম ওইবা ফিদমগী মশক কয়া উৎলম্মী। 'য়াইফবা ইমুংগী নিঙোল' (বড়ে ঘরকী বেটী) গী সেন্ট্রেল কেরেক্তর ওইরিবী আনন্দী নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংদা চাউরকপগী হৌনসা ফনমক মশাদা নাপল অমা লৈদুনসু মপুরোইবা শ্রী কন্টগা মনাওনিপা লালবিহারীগা অনীগী মরক্তা লৈনরম্বা মচিন-মনাও অমত্তা ওইনা পুলহনবা ঙমখি। মসি যথার্থদা য়ুম্ফম ওইবা আদর্শগী খুদম অমনি। লৈবাক শাসন তৌবদা অমদি ৱায়েল পথাপকী লমদা মতিক মথৌনা লৈবা, মবুকচেল শেংবা মিনুংশি খঙবা, লৈত-লায়রগী মফমদা সহানুভূত্তি উৎপা ঙম্বা জানকীগুম্বা মীশক অমা চংই হায়বসি প্রেমচন্দগী পরীক্ষানা উৎলি। অসুম্না 'থুমগী-দারোগা' (নমক কা দারোগা), 'তুরোন্নবী' (সৌত), 'লৈবাকমচা তাবগী দন্দি' (সজ্জনতাকা দন্ড) নচিংবা ৱারীমচাশিংদসু প্রেমচন্দনা মীওইবগী ফিদমগী মশক অদু য়াম্না নীংথিজনা ফজবা ৱারী খুৎলিদা

পুথোক্নি। অসিগুম্বা প্রেমচন্দগী অথন্নবা রারীমচা তরেৎ লৌখৎতুনা প্রেমচন্দ সাহিত্যগী মহাও অদু হিন্দী খণ্ডদবা মণিপুরী অপাবশিংদা তংবা ফংহনবা অসি শ্রী যুগিন্দ্রগী অচৌবা দান অমনি হায়নীংই। মহাক্কী প্রয়াস অসি থাগৎনিংঙাইনি। মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী লৈকোন্দা নৌনা লৈশাৎ তন্নক্কদৌরিবা লৈরাং চার অসিগী মথংদা অনৌ অনৌবা কয়া অমা পুথোরক্তুনা মহৈ য়ানবা অনুবাদ অমা ওইরসনু শ্রী রারেপ্পম যুগিন্দ্র।

- অরিবম কুমার শর্মা
সাহিত্য অকাদমী এৱার্দী

# প্রেমচন্দগী পুন্সি

প্রেমচন্দ জুলাই ৩১, ১৮৮০ ইংদা বনারসতগী মাইল মরী লাপ্পা লৈবা লমহী কৌবা খুঙ্গংদা পোকখি। মহাক্কী পাবুং মুন্সী অজায়বলাল য়াম্না লাইরবা, ডাকঘরগী কেরানী থাদা লুপা কুনখক্তা তলব চাবা মীওইনি। মহাক্কী মমা তোয়না হকচাং নাগনবী ওইরম্মী, মচে অমসু লৈরম্মী। মপাবুং অসি মাবু লুনা খনবা মীশক ওইরম্মী। মশাগী চহী তরামণ্ডা শুরকপদা মপাবুংনা মাবু লুহোংবিখি। মহাক্কী লুহোংলবা মতুং চহী অমা ফাদ্রিঙৈদা মপাবুং নোঙ্গাখিরম্মী। প্রেমচন্দগী চহী নিপাল শুরকপদা অপোকপী মমা নোঙ্গাখি। মপানা অতোপ্পা নুপী অমা লৌদুনা য়ুম্বানবদা লোন্নবী মমানা মঙোন্দা মমা ওইবগী নুংশিবা ব্রাখল পোকহনবা ঙমখিদে। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদা নবাব নত্রগা ধনপট কৌরম্মী। মহাক্কী মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদদি ফুরিৎ তুবা মৌলবী অমনা মাদ্রাসা অমা লিংখৎপদা পারসীয়ান অমদি উর্দূ তম্বীখি। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদা হিন্দী খঙলমদে, উর্দূদা ফোঙবা উপন্যাসশিং পাখি। মহাক্না অসুম্না ইরম্মী- "ঐহাক ক্লাস নাইনগী ছাত্র ওইরিঙৈনি, য়ুমদনা ঐগী নুপী, ইমা পোক্তবী অমদি মাগী মচা অনী, শেঙ্খোকসু লৈতবা। ইপাগী শ্রাদ্ব শোনবদা লৈজবা পুম্নমকসু চাদিং তৌথোকখ্রে। ঐগী অনিংবদী এম.এ. পাস তৌরগা উকিল ওইবসিনি। মতমদু হৌজিক মতমগী থবক ফংনদ্রিবসিগা পাংখক ওইরম্মী।"

মহাক্না বনারসতা লৈবা হায়স্কুল অমদা লাইরিক তম্লিঙৈদা স্কুল অদুগী হেড মাষ্টরনা মিংচন ফি হেঙ্গৎলম্মী। স্কুল অদুদগী পূং অহুম মখায় তারকপা মতমদা বেম্বু গেট হায়না খঙনবা মফম অদুদা লৈবা অঙাং অমবু প্রাইভেট ট্যুসন তম্বীবা চৎলম্মী। মহাক্না অঙাং অদুবু নুংথিল পূং মরীদগী তরুক ফাওবা ট্যুসন চৎথরম্মী। মহাক্না অঙাং অদুগী মফমদা চৎলিবগী খোঙনা মাইল মঙারোম চৎলম্মী। করিগুম্বা অয়ুক্কী ট্যুসন চৎপদদি অয়ুক্কী পূং নিপানদা লাইরিক তম্বিবা লোইশিল্লী, নত্রবদি স্কুল চৎপদা নংলমদে। নুমিদাংগী মতমদা চাক চারগা লাইরিক ঔরাইবদা মহাক্না তুমথখিবগী মতম খঙহৌরমদে। মহাক্কী মপাবুংনা নোঙ্গাখিবগী মতমদা ইমুংগী মশানা তৌগদবা থবকশিংনা মহাক্না মেট্রিক পরীক্ষা থাবা ঙমখিদে। মহাক্না থংনবা চহী ১৮৯৮ ইংদা মেট্রিক পরীক্ষা পীখি, মহাক্না সেকেণ্ড দিভিজনদা পাস তৌখি।মহাক্না ক্যুইন কলেজদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা ঙমখিদে। মরমদি হায়রিবা কলেজ অসিগী মিং চনবদা পৈশা য়াম্না চঙলম্মী। মহাক্না নৌনা লিংখৎপা হিন্দু কলেজদা মিং চন্নবা হোৎনখি। অদুবু লাইবক থিবদী মহাক্কী প্রি এদমিসন পরীক্ষাদা অঙ্কদা ফেল ওইখিবনা মিংচনবা ফংখিদে। মহাক্না অসুম্না ফোঙদোকলম্মী: "ঐগীদমক্তি অঙ্ক হায়বা বিষয় অসি হিমালয় চীংগী মাউন্ট এভরেষ্টকী মতোল কাবগুম্বনি, ঐনা কৈদৌঙৈ য়ৌবা ঙমখিদবা।"

মহাক্না প্রাইভেট ছাত্র ওইনা আই,এ, পরীক্ষা থাবদসু অনীরক ফেল ওইখি। অনৌবা নিয়মদা শেমদোক্লবা অঙ্কগী মহুত্তা অতোপ্পা বিষয় অমা লৌবা য়ারকপদগী চহী তরানিপাল লৈরবা মতুংদা ১৯১৬ ইংদা আই,এ, পাস তৌখি। প্রেমচন্দ ওজাগী শিনফম ওইনা বি,এ, পাস তৌখি। স্কুলগী ওজা ওইবগী শিনফম অসি পরতাবগঢ়, এলাহাবাদ, কানপুর, হমীরপুর, বান্দা, বস্তী, গোরখপুরনচিংবা মফমশিংদা ট্রান্সফর তৌখি। ১৯০৮ ইংদা মহাক স্কুলগী সব ডিপুটি ইন্সপেক্তরগী ফমদা প্রমোসন ফংখি। মহাক্কী অনীশুবা লুহোংবদু অঙাং ওইনা লুপ্তবী ওইখিবী শিবরানী দেবীগা লোয়ননা ইং ১৯০৬ তা লুহোংখি। শিবরানী দেবীনা অঙাং তরুক্কী মমা ওইখি। প্রেমচন্দ্রগী মফমদা বাল গঙ্গাধর তিলক্কী ভারত নিংতম্বগী ইহৌগী মমি কন্না তাখি। ব্রিটিস সরকারনা মাবু ইং ১৯০৮ দা মাগুলেদা লোই ওইনা থাখি। মাগী সোজেবতন, (Sorrows of Mother Land) ইরুবগীদমক দিষ্ট্রীক কলেক্টরনা কৌরগা অসুম্না হায়খি: "Your stories are full of sedition. It's fortunate for you that this is a British government. If it were the Mughal Empire, then both your hands would be cut off"

প্রেমচন্দগী পুন্সিদা অংগ্রেজী দিষ্ট্রীক মেজিস্ট্রেট অমগী ময়ুমদা মাগী ষন অমা চংখিবদা নোংমৈনা কাপকে তৌবদা মহাক্না ষনদুগী মনাক্তা চেনশিনখিদুনা ষনদু কনখি। থৌদোক অমনা এডুকেসন দিপার্টমেন্ট অংগ্রেজী আফিসার অমনা নুংতিগী মাগী ময়ুমদা ফাওদুনা চৎলম্মী। অংগ্রেজী আফিসার অদুনা সলাম তৌদে হায়না চৈখি। মদুদা প্রেমচন্দনা অসুম্না হায়খি:."What nonsense! After school hours I am my own master" প্রেমচন্দগী পুন্সিদা গেষ্ট্রীক অলসরনা নারকপদগী ড্রোপসি (ফুগাম) অমদি সিররোসিস (ফিরাক্কী লায়না) ওইরত্তুনা ওক্টোবর ৮,১৯৩৬ দা নোঙ্গাখিরম্মী।

**প্রেমচন্দগী সাহিত্য:** প্রেমচন্দ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা উর্দূ ফারসীদগী মপী লাইরিক তম্বা হৌখি। মহাক্না নবাবরায় হায়না কৌদুনা ইবা হৌরক্লগা মমৈথংদা উর্দূদগী হিন্দীদা ইবা হৌখি। প্রেমচন্দনা ১৯০১ ইংদগী উপন্যাস (নোবেল) ইবসু হৌখি। মহাক্না ইরম্বা উপন্যাসশিংদি প্রেমা, সেবাসদন, প্রেমাশ্রম, প্রতিঞ্জা, বরদান, রঙ্গভুমি, নির্মলা, কায়াকল্প, গবন, কর্মভূমি, গোদান, মঙ্গলসুত্র, (লোইশিলমদ্রবা) অসিনচিংবা। মহাক্না ৱারী মচা ১৯০৭ ইংদগী ইবা হৌখি। মহাক্না ইরম্বা ৱারীমচাশিং অসুম্না নৈনবা য়াই: (১) প্রেমচন্দগী অহে ইবা ৱারীমচাশিং- বড়ে ঘরকী বেটী, আত্মরাম, শংখনাদ, শান্তি, বৈরকা অন্ত, সৱা সের গেহু, মৈকু, সদগতি, ঈদগাহ, পুসকী রাত, দো বৈলোংকী কথা, শতরঞ্জকে খিলাড়ী, নমকা দারোগা, পঞ্চ পরমেশ্বর, সত্যাগ্রহ, দো ভাঈ, সুজান ভগট, পরীক্ষা; ব্রহ্মাগা স্বাংগ, গুপ্ত ধন, বুঢ়ী কাকী, কজাকী, ফাতিহা, রঙ্গীলেং বাবূ, শরাবকী দুকান, দফ্তরী, জুলুস, সুহাগকী সাড়ী,বেতোং ৱালী বিধৱা, ধমগুকা পুতলা, মনোবৃত্তি, লেখক অমদি জুর্মানা। (২) প্রেমচন্দগী লোকপ্রিয় (মীয়াম্না পাম্নবা) ৱারীমচাশিং- মন্ত্র, ভাড়েকা তট্টু

সোভাগ্যকোড়ে, নশা, খুদাই ফোজদার, বড়ে বাবু, দুনিয়াকা সবসে অনমোল রত্ন, মন্দির ঔর মসজিদ, মোতে রামজী শাস্ত্রী, বড়ে সাহেব, গুলী ডণ্ডা, রামলীলা, কায়র, গরীবকী হায়, ঘর জমাঈ, হোলীকা উপহার, বৌডম, দুখকা দাম, ধিক্কার, কৈদী, লাটরী, দো বহনেং, এক্টেস, নৈরাশ্য লীলা, সৌত, সতী, খুন সফেদ। (৩) প্রেমচন্দকী শিক্ষাপ্রদ ৱারীমচাশিং- রানী, সারন্ধা, ক্রিকেট মেচ, প্রেরণা, চকমা, চমৎকার, সভ্যতাকা রহস্য, মুক্তিধন, বিশ্বাস, দো কব্রেং, প্রায়শ্চিত্ত, দারোগাজী, মৃতক ভোজ, ডিক্রীকে রুপয়ে, রিয়াসতকে দীবান, পশুসে মনুষ্য, মুঠ, বিস্মৃতি, প্রারব্ধ, পূর্ব সংস্কার। (৪) প্রেমচন্দকী অমর ৱারীমচাশিং- আখিরী মঞ্জিল, নসীহ্ তোংকা দফ্তর, মিলাপ, অন্ধের, সির্ফ এক আৱাজ, অনাথ লড়কী, কর্মোংকা ফল, অমৃত, গৈরতকী কতার, পুত্র-প্রেম, নাদান দোস্ত, দেবী, খুদী, রাষ্ট্রকা সেবক, রোহনী, বন্দ দরৱাজা, তাঙ্গেৱালেকী বড়, দুসরী শাদী, শাদীকী বজহ, পৈপুজী, ধোখা, স্বর্গকী দেবী, শিকারী রাজকুমার, জুগনূকী চমক, স্মৃতিকা পুজারী, রাজা হরদৌল, জীবন সার, ন্যায়, ব্রজপাত, বিমাতা, লোকমতকা সম্মান, বিষম সমস্যা, বিধ্বংস, স্বত-রক্ষা, হারকী জীত, ঝাংকী, মর্য্যাদাকী বেদী, লাগ-ডার্ট, শেখমজু মদার, শোককা পুরস্কার, বিক্রমাদিত্যকা তেগা।

প্রেমচন্দ নাটককার অমা ওইনা সংগ্রাম, কর্বলা, প্রেমকী বেদী কৌবা নাটকশিং ইরম্মী। অনুবাদক অমা ওইনা ফ্রেন্স নোবেলিষ্ট অনা তোলে ফ্রান্সকী উপন্যাস থায়া (Thais) হিন্দীদা অহংকার, জোর্জইলিয়টনা ইবা 'সাইলাস মার্নর' (Silas Marner) 'সুখদাস' জোন, গেলসবর্দীনা ইবা 'জষ্টিস' (Justice) বু 'ন্যায়' সিলভর বোক্স (Silver Box) পু 'চাঁদীকী ডিবিয়া' অমদি ষ্ট্রাইফ (Strife) পুনা 'হড়তাল' হায়না অনুবাদ তৌখি। পণ্ডিত জৱাহরলালনা জেলদা লৈরিঙৈদা মচানুপী ইন্দিরা গান্ধীদা ইখিবা "Letters from a father to his daughter" হায়বসি হিন্দীদা 'পিতাকা পত্র পুত্রী কে নাম' অমদি জে,বি, শোগী 'Back to Methuse lah' বু সৃষ্টিকা আরম্ভ হায়না অনুবাদ তৌখি। মহাক্না মরৈবাক নিংবগী ৱারীমচাশিংসু ইরম্মী। 'সোজেবতন' (Sorrows of the Mother land) কৌবা অতোপ্পা ৱারীমচাগী লাইরিক ১৯০৯ ইংদা উর্দূদা ফোঙলম্মী। মসিদা উৎলিবদী লৈবাক অসিগী মনীং তম্বগী লানফমদা ঈ মচেৎ খরা তাবতনা ঙসিগী পৃথিবীদা খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা মণি হায়বসিনী।

প্রেমচন্দ ফিল্মগী সংসারদসু অচৌবা দান তৌখি। মহাক্কী 'সেবাসদন' উপন্যাস অসিসু ফিল্ম ওইনা নমখ্রে। টামিল লোনদা 'সেবাসদন' অসি ঈশৈ অমদি এক্টিংদা মমিং লৈরবী সুভালক্ষ্মীনা ফিল্ম কুমখি। মহাক্কী উপন্যাস অনি 'গবন' অমদি 'গোদান' ফিল্ম নমদুনা পুথোকখ্রে। মহাক্কী ৱারীমচাশিংগী মনুংদা 'দো বৈলোংকী কথা, (হীরা মোতী কৌদুনা) শতরঞ্জকে খিলাড়ী' মিল মজদুর (ফিল্মদা মজদুর) ফিল্ম নমদুনা পুথোকখ্রে।

প্রেমচন্দনা ১৯২৩ ইংদা 'সরস্বতী প্রেস' হৌদোকখি। মহাক্না 'প্রতাপ প্রেস' কানপুরদা লিংখৎখি। মহাক মশামক্না লক্ষনৌদা 'মাধুরী' কৌবা চেফোংগী ইদিটর ওইখি। মহাক্না হাপ্তাগী ওইবা 'জাগরন' কৌবা চেফোংসু ফোংলম্মী।

প্রেমচন্দগী উপন্যাস অমদি ৱারীমচাশিংদা মতমদুগী ধর্ম, রাজনীতি, অথনীতি অমদি সমাজগী থৌদোকশিং নীংথিনা উৎলি হায়বা য়াই। মাগী সাহিত্যগী খুৎইশিংদা খুঙ্গংগী পুন্সিবু নীংথিনা য়েকই। লাইরবশিংগী পুন্সি, ইনাক কৈরাক খুনবশিংনা লাইরববু ওৎপিবা, লুখ্রাবীবু অমুক হন্না লুহোংনবা হোৎনবা শক্তমশিং উৎলি। মহাক্না শিবরানী দেবী কৌবী লুখ্রাবী (অঙাং ওইরিঙৈদগী) অমবু মাগী নুপী অহল লৈত্রবা মতুংদা লুহোংখি।

প্রেমচন্দনা মাগী উপন্যাস অমদি ৱারীমচাশিংদা মীওইবগী মরক্তা শোক-পন্নবা য়াদবশিংগী মতাংদা নীংথিনা উৎলি। মহাক্কী মীৎয়েংদা দলিতশিংগীদমক শেন থুমগী ফিভমশিং ফহনগদবনি হায়না ফোংদোকখি। মহাক্না নুপা অমদি নুপীশিংগী মরক্তা মান্নবা খুন্নাই অমা লৈহনবসু পামখিরম্মী। মহাক্কী নারী জাতিগী অধিকার (ফ্রে: ১৯৩১ ইং) কৌবা ৱারেংদসু অসুম্না ফোংদোকখি - "নুপীশিংবু হীরম খুদিংদা নুপাশিংগা চপ মান্নবা অধিকার লৈহনগদবনি।" মাগী ৱারীমচা 'কুসুম এক দুখী বাপ' তসু অউনপোৎ হায়বসিনা নুপীশিংগী লুহোংবদা খুদোংথিবা থোকহনবসু শন্দোক্না উৎলি। মহাক মশামক খুঙ্গংগী পুন্সিদা হৌরক্লুনা লৈরকপনা মাগী অহানবা উপন্যাস 'অসরারে মুআবিদ' অমদি 'গোদান' দা পণ্ডা, মহন্ত অমদি শেন্দোইচাবশিংনা লাইরবা লৌমীশিংবু ওৎ নৈবগী শক্তমশিং উৎলি। প্রেমচন্দ রাজনীতিগী লমদসু সোসিয়েলিজমগী মায়কৈলোমদা অকনবা মীৎয়েং লৈখি। মহাক্না হায়খি- ভারত হায়বসি লাইরবশিংনা হেন্না লৈ, লাইরিক হৈতবশিংনা মজদুর ওইদুনা লৈরি। অদুনাসোসিয়েলিজম নত্তনা অতৈ উপায় লৈরোই। (ওক্টোবর, ১৯৩৩ ইং কংগ্রেস অমসুং সোসিয়েলিজম) প্রেমচন্দনা গোদান উপন্যাসতা য়াওরিবা মির্জাগী ৱাঙাঙদা অসুম্না ফোংদোকহনখি: "ঐখোয়না ডেমোক্রেসী হায়নরিবসি ইনাক খুনবা লল্লোনবশিং অমদি জমীন্দারশিংগী রাজ্যনি, অতৈ করিসু নত্তে।" ভোট হায়বসি শেন থান্নবনি। মাগী উপন্যাস 'কর্মভূমি' দসু পাত্র অমনা "গবর্নমেন্ট হায়বসি কান্নবা পোৎ নত্তে, লাইরিক লাইশু হৈবশিংনা লাইরবশিংবু নমথববুনি।"

ৱারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ

# অনুবাদকী সমস্যাশিং

-ব্রারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ

অনুবাদ হায়বসি লোন অমদা ইরম্বা হায়বদি হায়রিবা ব্রাফম অদুমক অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপদুনি। মসিগী কলা অসিদী চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী মালেম অসিদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা মীওইবগী সমাজসিদা থাদোক্লবা য়াদনা মরুওইনা মফম অমা কন্দুনা লাক্লিবনি। মীওইবগী সভ্যতানা অসুম অসুম হেনগৎলকপা অমদি মালেমসিদা লৈরিবা সংস্কৃতি খেন্নবা মীওই কাওলুপশিং অমগা অমগা অসুম অসুম হেন্না খণ্ডননিংবা অমসুং নকশিন্ননিংবগী ব্রাখল অসি হেনগৎলকই হায়বা য়াই। মসিগী মরুওইবা অমসুং কান্নবা অসি খণ্ডনরক্তুনা ভারত্তা নত্তনা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংদা অনুবাদ সাহিত্য অসিগী ডিপার্টমেন্ট হাংদোক্তুনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা তম্নবা কন্না চখনরক্লি। মণিপুর য়ুনিভরসিটি অমদি গৌহাটী য়ুনিভরসিটি হিন্দী বিভাগ ফাওবদা বিষয় অমা ওইনা হাংদোক্লবা ফাওবদা মণিপুরী অমসুং হিন্দী বিভাগতা নম্বর ১০০গী পেপর অমমম ওইনা হৌজিক হৌজিক মহৈরোইশিংদা তম্বীরি। মহাত্মা গান্ধী ইন্তরনেসনেল হিন্দী বিশ্ববিদ্যালয় ব্রার্ধা (নাগপুর) দসু হায়বসিদা এম,এ, (ট্রান্সলেসন) বিষয় অমা ওইনা হাংলে। ইন্দিরা গান্ধী ওপন য়ুনিভরসিতিদসু হিন্দী অমদি ইংলিস মেদিয়মদা ট্রান্সলেসন দিপ্লোমা কোর্সতা বিষয় অমা ওইনা হাংদোক্লে। অনুবাদ সাহিত্য অসিনা ঙসিগী মালেমসিদদি তোঙান তোঙাম্বা সংস্কৃতি খেন্নবা জাতিশিং অসিগী মরক্তা হেন্না নকশিন্নবগী অমসুং অমগা অমগা নুংশিন্নবগী লমদা অচৌবা থৌদাং য়ারি। মরম অসিমক্লা অনুবাদকী কলা সি হৌজিক্কী মতমদা য়াম্না পাক চাউরবা হীরম অমা ওইরক্লে। মসিগা লোয়ননা অনুবাদকী কলা অসিবু পাম্নবা অমদি মসিদা পূক্লিং চংবা হেনগৎলক্লে। মসিগী লমদা চাউখৎনবা অমসুং অনুবাদকশিংবু পূক্লিং থৌগৎনবগীদমক্তা সাহিত্য একাদমি, নিউ দিল্লিনা চহী খুদিংগী ভারতকী এইট সেড্যুইলদা চনবা লোন কয়াদা অনুবাদ তৌরিবা অফবা লাইরিক খনগৎতুনা 'ট্রান্সলেসন প্রাইজ' হায়না মিঙ্গৌদুনা লুপা লিশিং ২০ গা লোয়ননা সাইটেসন অমা পীরি। মসিমক অনুবাদ সাহিত্যবু য়োকখৎপা অমসুং মসিগী কান্নবসি খণ্ডদুনা একাদেমিনা পায়খৎপা অচৌবা থৌদাং অমনি।

পেপর অসিদা মরুওইনা নৈনজগদৌরিবা অসিদি সাহিত্যগী অনুবাদ খক্তনা থেংনরিবা তোঙান তোঙানবা সমস্যাশিং কয়া তাক্লবা হোৎনবনি। অদুবু মসিগী সমস্যাশিং অসি য়াম্না পাকচাউবনা পেপর অসি লোয়নমক নৈনবদি খুদোংচাদবদগী মরুওই হায়না খঞ্জবা সমস্যাশিং খরা খুদম পীদুনা নৈন্নবা হোৎনজবনি।

অনুবাদ অমনা অনুবাদ সাহিত্যদা মখল মথেল কয়াগী লোনগী সমস্যাশিং থেংন্দবা নত্তে। অনুবাদ সাহিত্যদা অনুবাদক অমনা থেংনরিবা খ্বাইদগী মরুওইবা সমস্যাদি লোনগী মতাং অসিনি। জাতি খেন্নবগী মতুং ইন্না লোন অমগা লোন অমগগী মরক্তা সমাজগী চৎনবীগী মতুং ইন্না মান্নদবা হায়বদি খেন্নবা কয়া লৈবসিনা লোন অমদগী লোন অমদা অনুবাদ তৌবদা অচৌবা সমস্যা অমা ওইরি। অনুবাদ তৌবদা লোনগী সমস্যাসি মখল অনী থোক্না খায়দোক্তুনা নৈনবা য়াই। অনুবাদ তৌবদা অর্থগী সমস্যা হায়বসিদা অর্থদু হোংদোক হোংজিন তৌরকপবুনি। শব্দানুবাদ (word for word) অমদি ভাবানুবাদ (Sense for sense) অনী অসিগী ওইবা অনুবাদকী মফমদা সমস্যা অচৌবা অমা ওইদবা নত্তে। ব্যাকরণদা নৈনরিবা ৱাহৈ, ফ্রেজ, উপবাক্য নচিংববু অনুবাদ তৌবদা খুদোংথিবা কয়া লৈরি। অর্থগী Structure অদু শন্দোক্না তাকপা অমদি চুনহনবা তাবনি। ৱাফম অসিমক স্কোলার Malinowski না Context for association হায়না নৈনখি। শব্দানুবাদনা (word for word) অর্থ থোকপা ঙমদবা লুহনবা অমদি ওন্ন-তৈনবা কয়া থোকহল্লি হায়বা য়াই। ভাবানুবাদ (Sense for sense) হায়বসিনা ৱাখল অমদি অর্থশিংগী অশেংবা মমি থোকহল্লি হায়না লৌনৈ। অনুবাদ তৌবা মতমদা থেংনরিবা লোনগী সমস্যাশিং খরদং খুদম মখাদা পীরি।

ইংরাজীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপা মতমদা হায়বদি 'It rains cats and dogs' হায়বসি 'নোংচুবদা হুই হৌদোং য়াওই' হায়না হন্দোক্লবদি অর্থদু চুন্নররোই। ইংরাজীগী 'It rains cats and dogs' হায়বা ফ্রেজগী অর্থ অসি অনুবাদক অদুনা ফজনা খঙবা চংই। ইংরাজীগী ৱাহৈ rice পু 'ফৌ' হায়না অর্থ হন্দোকপা তারবদা অরানবা ওইরোইদ্রা? 'White ants' হায়বসিবু মণিপুরীদা 'লৈশৌ' হায়না হন্দোকপগী মহুত্তা 'অঙৌবা ককচেং ' হায়না হন্দোকপদা অরানবা হায়বদি দোষ লৈবা অনুবাদ ওইগনি। 'transference' হায়বা ৱাহৈসি লন-থুম পীথোকপগী নত্রগা কর্মচারীশিংগী হোংদোক হোংজিনগী অর্থদা শীজিন্নরি। মসিগী শীজিন্নফম অসি হোংদোক হোংজিনগী অর্থনা হেন্না চুনৈ। ইংরাজীগী ৱাহৈশিং হায়বদি Middle East, Far East পু মমায় নোংপোক অমসুং অরাপ্পা নোংপোক হায়না অনুবাদ তৌবদা অকাইবা লৈ। মসিবু ময়ায় থংবা, নোংপোক এসিয়া হায়না অনুবাদ তৌবনা হেন্না চুনরোইদ্রা? হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপদসু সমস্যা কয়া থেংনরি। হিন্দীগী ৱাহৈপরেং 'ওহ গায় হৈ' হায়বসি অর্থ অনী লৈ, 'মহাক ষণবীনি', 'মহাক ষণবীনি' হায়বসিদা অহানবগী অসিনা 'শা ষণবী' অদুগা অকোনবগী অসিনা 'অপঙবা' অমদি ইচম চম্বা অর্থদা খঙনৈ। হিন্দীগী পাউরৌদা শীজিন্নরিবা 'অধজল গগরী ছলকত জায়' ঈশিং তংখায়গী সনাবুল মখোল থোকই' হায়না অনুবাদ তৌবা চুমলোই। 'থন্দবা চফুনা মখোল হৌই' হায়না অনুবাদ তৌবনা চুমগনি। 'নাচ ন জানে আঙ্গন টেঢ়া' 'গহরী পানীমে

পৈঠনেসে মোতী মিলতী হৈ' নচিংবা ৱাহৈপরেংশিং অসি মণিপুরী অনুবাদতা 'জগোয় শাবা হৈত্রগা শুমাঙদা তায়নৈ', খোঙ চোৎলগা চীন চোৎলি' হায়না হায়নরিবসিনী। হিন্দী কবি রহীমগী দোহা, "রহিমন পানী রাখিয়ে, পানী বিন সব সূন। পানী গায়ে ন উবরৈ, মোতি মানুষ চুন।" হায়বসিদা অর্থ অহুম থোক্লি-মতৌ (মঙাল) মানুষ (মী) চুন (শুনু হায়বদি ঈশিং)। অনুবাদক্না ৱাহৈ অহুমসি শিজিন্নবা খঙদ্রবদি অরানবা ওইগদবনিনা অচৌবা সমস্যা অমা ওইরি। হিন্দী মহাকাব্য 'কামায়নী, হায়বসিদা জয়শঙ্কর প্রসাদনা অসুম্না ইরি, অমবু ইংরাজীদা অনুবাদ তৌবদা সমস্যা ওইদবা নত্তে। খুদম ওইনা নৈনরবদা মখাদা অসুম্না পীজরি।

"নীচৈ জল থা উপর হিম থা,
এক তরল থা, এক সঘন থা,
এক তত্বকী হী প্রধানতা,
কহো উসে জড় য়া চেতন।"

ইংরাজী অনুবাদ অসুম্না তৌরি :-

"Below him was water, Snow above, Liquid the one, the other solid was, One element alone, dominian held, Call it inanimate or animate." জড় (inanimate), চেতন (animate) হায়বনি। খোঙ্হোক্না পীবা অর্থনা জগত (matter) , চিতি (Concious) অর্থথোক্নুনা ফিলোসোফিকেল ওইমনখিবনা অনুবাদ তৌবদা অৱাবা ওইরি।

হিন্দী উপন্যাসকার প্রেমচন্দগী গোদান, গবন, নচিংবা নিশাননা মণিপুরীদা অনুবাদ তৌরে। মহাক্না ভাবতীচরণ বর্মাগি 'চিত্রলেখা' মণিপুরীদা অনুবাদ তৌরে। খুদম ওইনা নৈনরবদা চিত্রলেখাগি তরাশুবা পন্দুপতা (লা: ৮৭) অসুম্না ইরি:

ইসবার চিত্রলেখা হংস পড়ী, "মুখসে কহ দেনা সরল হোতা হৈ, করনা বরা কঠিন কার্য হৈ।" সি, ঐস, নিশাননা অসুম্না মণিপুরী অনুবাদ তৌরি-"হন্দক্তি চিত্রলেখা নোক্লম্মী, চিন্না হায়বনা লাইবনি, থবক তৌবা হায়বসি লুবনি।" অনুবাদকনা "ইস বার, হায়বসিগী অনুবাদ লা: ৭৪ দা তৌবিরমদ্রে, অদুগা অনুবাদকনা অসুম্না অনুবাদ তৌবিবা ফদ্রা হায়বসিনী :- চিতলেখা নোকখি , "হায়বদি লাইবনি, তৌবদি লুরবা থবকনি।" হিন্দী উপন্যাসকার জৈনেন্দ্রকুমারগী 'ত্যাগ পত্র'গী অহানবা লামায়গী ৱাহৈ পরেং খর পীজরি। "নহীং ভাই, পাপ পূন্যগী সমীক্ষা মুছসে ন হোগী। জজ হুং, কানূনকী তরাজুকী মর্যাদা জানতা হূং।" মমিং লৈরবা মণিপুরী অনুবাদক

দীনমনিনা অসুম্না হন্দোকই: "নত্তে! পাপ পূন্যগী মরমদা থোইনা নৈনজরোই। ঐ বিচারপতি অমনি, অচুম-অরানগী সের ফালাবু মতিকচানা ইকাই খুম্নজে,...। ওজাসিগী অনুবাদ হায়জনিংবদি মখাদা পীরিবা অসুম্না হনবদি য়ারোইদ্রা? "নত্তে মরুপ, ইশামক বিচারপতিনী, অচুম-অরানগী নৈনবসু ঐঙোন্দগী ওইরোই। বিচারপতিনি, আইনগী খলগী ইজ্জৎ খঙবা মীশকনি।" ত্যাগ পত্রবু মণিপুরী লোন্দা 'তোকথোক চে' নত্রগা 'থাদোক চে' হায়না অনুবাদ তৌবনা চুন্নরোইদ্রা? হিন্দীদগী মণিপুরীদা অনুবাদকি চুনবা লোন থিবদা অমদি ভাব, ব্রাখল অমদি অর্থনচিংবা মাংহন্দনবা হোৎনবদা অনুবাদক্লা লোনগী অচৌবা খুদোংথিবা কয়া থেংনরি।

বাংলাদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবদা থেংনবা সমস্যা খরা খুদম ওইনা পীরি। মুতুম কোইরেংগী অনুবাদ 'কপালকুণ্ডলা, (১৯৪৮) (বঙ্কীমচন্দ্রগী) মতাংদা অনুবাদক কুঞ্জমোহননা অসুম্না ফোঙদোকখি।

বাংলাদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবদা থেংনবা সমস্যা খরা খুদম ওইনা পীরি ঃ

মুতুম কোইরেংনা বঙ্কিমচন্দ্রগী 'কপাল কুণ্ডলা (১৯৪৮) হন্দোকখি। বাংলাগী খৃৎই SL অমদি মণিপুরী অনুবাদ (TL) অনীগী মতাংদা অনুবাদক কুঞ্জমোহননা অসুম্না ফোঙদোকখি:-

"প্রায় দুই শত ব্যাসর বূর্ব্বে একদিন মাঘ মাসের রাত্রিশেষে একখানি যাত্রীয় নৌকা গঙ্গাসাগর হইতে প্রত্যাগমন করি তেছিল। পর্ত্তুগিস ও অন্যান্য নাবিকদস্যুদি গের ভয়ে যাত্ররর নৌকা দলবদ্ধ হইয়া যাতায়াত করাই তৎ কালের প্রথা ছিল, কিণ্ড নৌকা রোহীরা সঙ্গিহীন।"

বঙ্কিমচন্দ্রগী বাঙ্গালী উপন্যাস 'কপালকুণ্ডলা' অসিগী অহানবা পন্দুপকী অহৌবা শরুকপু অনুবাদক মুতুম কোইরেংনা মথক্কী পরেং অসি অসুম্না হন্দোকই- "চহী চনি য়াংখৈরোমগী মমাঙদা নোংমগী নুমিত্তা অহিং মমৈ ওইরক্লবদা মী তোংদুনা চৎপা হি অমা গঙ্গাসমুদ্রদগী হল্লক্লম্মী। পর্ত্তুগিস অমসুং অতোপ অতোপ্পা হিরোই ডাকুশিংবু কিবনা মী তোংদুনা চৎপা হিনা শঙ্গু ওইনা চৎথোক চৎশিন তৌবসি মতম অদুগী চৎনবী পথাপ ওইনা তৌরমই, তৌইগুম্বসুং হি অসিনা চৎলিবা মীশিং অসি মরুপ মপাং কায়নরমম্লে।"

তুংদা লাকপা অনুবাদক লৈখিদ্রবা অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা মসিবু অসুম্না হন্দোকই: "চহি চনি য়াংখৈরোম মমাঙদা নোংমা ব্রাকচিং থাগী থেঙলবা অহিঙদা যাত্রীকশিং তোংবা হি অমখক গঙ্গাসাগরদগী, হল্লকই। পর্ত্তুগিজ অমসুং অতৈ অতোপ্পা ঈশিংগী ডাকুশিংবু কিবনা যাত্রীগী হিশিংদু খোঙবু ওইনা চখোক চৎশিন তৌনবসি মতম অদুগী চৎনবী ওইনা তৌই; অদুবু হিসিদা তোংলিবা কাঙবুসিগীদি খোঙলোয় অমত্তা য়াওরমদে।"

বাংলাগি উপন্যাস শ্রীকান্ত, দুর্গেশনন্দিনী নচিংবা অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা মণিপুরী

অনুবাদ তৌরে। শরতচন্দ্রগী 'দেবদাস, রঘুমনি শর্ম্মনা 'বিপ্রদাস, তসলিমা নাসরিনগী উপন্যাস 'ফেরা' (হল্লকপা) মণিপুরী অনুবাদ তৌরে।

সংস্কৃতগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবদসু সমস্যা কয়া থেংনদবা নত্তে। 'অভিজ্ঞান শকুন্তলমগী ৭শুবা অঙ্কদা তাপসীনা সর্বদমনগী মফমদা হায়খিবা ৱাঙাং "পশ্য শকুন্তলা বন্যাম" অসিবু 'য়েংজৌ ফজরবা উচেকসে' হায়না অনুবাদ তৌরবদি ফজবা মাংনি। মরমদি শকুন্তগী 'শকুন্ত', লাবন্যমগী 'লা'গা অনিনা তিন্নদুনা অঙাং ওইরিবা সর্বদমনগী থম্মোয়দা মমা শকুন্তলাবু নীংশিংহন্নবগী শব্দ শেম্মী। অদুনা অনুবাদক ব্রজবিহারী শর্ম্মনা য়াম্না হৈশিংনা- 'য়েংঙু শকুন্তলাসিনা ফজরিবসে' হায়না রূপান্তর তৌরি। লাঃ ১২৫

মণিপুরীদগী অংগ্রেজী হন্দোকপা লাইরিকশিংগী মনুংদা ইলাবন্ত য়ুম্নামগী শৈরেং লাইরিক "নুংশিৎ শিৎলি উনা লেঙলি" হায়বা অসিদা য়াওরিবা 'অতিয়া নঙ ঐগী' শৈরেংগী অহৌবা পরেং

ঐদি ওজা নাতৎপনি শেল পায়দবা অদুগসু লৈশি লৈথোল্লদুনা হায়জৈ মীওইবনি। লাঃ ১৩

মথক্কী পরেংসিবু রোবিন এস, ঙাঙোম্না ইংরাজীদা অসুম্না হন্দোক্লিঃ

I am a teacher, with a torn ear penniless. In spite of that, in flowery language I plead that I am a human being".

Anthologies of contemporary)

Poetry from the North East (Page 110)

নাতৎপগী অর্থ 'নীংখিবদা হোংদবা' নত্রগা 'লাইরবনা পৎ তৎপা' হায়বনি। অদুবু ইংরাজীদা 'a torn ear' হায়দুনা 'না শেগাইবা'গী ৱাহন্থোক্তা হন্দোক্তুনা কবিনা ফোঙদোক্লিবসিগী তাইয়োনহল্লি।

থাংজম ইবোপিশক্কী শৈরেং, "মায়াদেশ" তা য়াওবা 'ডালি, হুসেন নত্রগা মঙগী মনম' নুংশিৎকী মচু হায়বা শৈরেংদা, গিরিশ কার্নাদ, ঐগী নূপীনা নঙগী 'চেলুবী ওল্লম্ববা।' লা ঃ৩০

শৈরেংসিদা এলুজন (Allusion) ওইনা শিজিন্নরিবা কার্নডকী নাটক অমগী লমচৎ 'চেলুবী' অসিবু অনুবাদক্না নুপাদা চেল্লুরবী নুপী (a stranger woman) হায়না ইংরাজীদা হন্দোকই।

Indian Literature (Journal)

মণিপুরী ৱাহৈ 'থোংগ্রা', 'পোলাংখোক' নচিংবা ইংরাজীদা ৱানা থোক্লি। অখণ্ড

অহৈশিংনা থোংগ্রাবু Narrow Jetty হায়না চানবা ৱাহৈ থিদুনা হনা তাই' মসি থিবদা অনুবাদকী মফমদা অৱাবা ওইদবা নত্তে। শৈরেংগী হন্না শেম্বদুনি। ফোর্সনা শৈরেংগী অনুবাদপু অসুম্না ফোঙদোকখি-"Poetry as the untranslatable element in a language".

অংগ্রেজীদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবদা থেংনরিবা সমস্যাশিংদা লোংজম জয়চন্দ্রনা নট হামসনগী 'পান, ইলিয়টকি' 'দি ৱেষ্ট লেন্দবু' 'যৌগংলবা' লমদম হায়বসিদা থেংনরি। হেমেংৱেগী 'দি ওল্ড মেন এন্দ দি সি' বু রাজকুমার মনিনা 'হনুবা অমসুং সমুদ্র' হায়না অনুবাদ তৌরে। রাজকুমার মধুবীরনা এ ফিয়ারৱেল টু আর্মস নচিংবসু মণিপুরীদা অনুবাদ তৌরে।

সংস্কৃতি খেন্নবগী মতুং ইন্না ৱাহৈগী শীজিন্নবদা হায়বদি অনুবাদ তৌবদা থেংনরিবা খুদোংথিবগী খুদমখরদং মখাদা পীরি। ইংরাজীগী 'Good morning' হায়বসি মণিপুরীদা হন্দোকপদা 'অফবা অয়ুক' হায়না হন্দোকপা য়ারোই। মসিগী মণিপুরী সমাজদা চংনরিবদি 'খুরুমজরি' হায়বা তাবনি। ইংরাজীগী 'Son-in-law' অসি মণিপুরীদা হন্দোকপদা মতাং মতাংগী মতুং ইন্না নুপীগী মপানা কৌবা তারগা 'মমাক' মমানা কৌবা তারগনা 'ময়া' হায়বগী চংনবী অসিগী মতুং ইন্না অনুবাদ তৌবা তাই। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা হেক তৌখিবদা মণিপুরী সমাজগী চংনবী অদু কায়রে অমদি অনুবাদক অদুনা TL গী সংস্কৃতিদু খঙদে হায়না লৌগনি। য়ুরোপকী লমশিংদদি মচানা মপাগী মমাগী ময়াম্বগী মমিং মথা অসি হেক্তা কৌনৈ। অদুবু ভারত অমদি মণিপুরদদি মসিগী চংনবীসু লৈতে। মরম অদুনা অনুবাদ তৌবা মতমদা ইরল্লিবা লাইরিক সাহিত্যদুগী (SL) গী ভাব, ৱাখল অদু মাংহন্দনা TL গী চংনবী অদুসু থুগায়দনা অনুবাদ তৌবা তারকই। মসিনা তাকপদি অনুবাদক অদুনা মমুৎ তানা TL গী সংস্কৃতি খঙবা তাই। করিগুম্বা মমুৎ তাদনা খঙদনা অনুবাদ তৌরবদি অনুবাদকী পোথোক অদু কৈদৌঙৈদসু অফবা ওইরোই। অপাবশিংনসু পাম্নরোই। মরী মতা খঙনবগী অনুবাদ তৌবদা অনুবাদকতৌনা খুদোংথিবা কয়া থেংন্দবা নত্তে। মণিপুরী 'মাম্মা' হায়বা ৱাহৈসিগী খেন্নবা অর্থ অহুম লৈ। হিন্দী ঙাংনবা সমাজদদি 'মাম্মা' অমখক্তা লৈ হায়নৈ। হিন্দীদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবদা করম্বা মাম্মনো খন্দোকপদা অরুবা ওইদবা নত্তে। হিন্দী ঙাংনবা জাতিশিংদদি 'চাচা' হায়বসি ব্যবহার তৌবা ৱাহৈনি। অদুনা 'চাচা নেহরু' হায়বসি নেহরুবু ব্যবহার তৌবা ৱাহৈনি। 'চাচা নেহরু' গী অনুবাদ তৌবদা 'মাম্মা নত্রগা খুড়া নেহরু' হায়না অনুবাদ তৌবদা SL অদুগী চংনবীদু মাংহল্লি।চংনবীদু মাংহন্দবগীদমক্তা 'চাচা নেহরু' হায়না অসুম থম্বনা হেন্না চুনবা ওই। অদুবু মলয়ালম লোন্দা মসিবু অনুবাদ তৌবা তারবদি 'মাম্মা নেহরু' হায়বনা হেন্না চংনৈ। ফোকলোরগী শক্লোন শিংগী মনুংদা মিথ (লাইতীন) গী ৱারীশিং লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপদা অনুবাদক অদুনা য়াম্না চেকশিনবা চংবদা নত্তনা জাতি অমগী লৈরিবা মিথকী ৱারী অদুগী অচুম্বা স্ত্রকচর অদু থুগায়বা য়াদে। মদু হেক থুগায়দুনা

হন্দোক্লবদা মিথ ওইররোই। অনুবাদক অদুনা তৌবদা transcreation তৌরিবনি হায়দুনা ৱারী অদুগী Sequence থুগায়বা য়াদবদা নত্তনা মরুওইবা চরিত্রদুগী শকওং শাদা হোংবা য়াদে। মরমদি মিথনা জাতি অমগী চৎনবী থাজনবীবু অচুম্বনি হায়না প্রমান তৌনরিবনি অমদি তাক্লিবনি। মরম অদুনা জাতি অমগী মিথ অনুবাদ তৌবদা অনুবাদক অদুনা জাতি অদুগী সংস্কৃতি ময়েক শেংনা খঙবা চংই। মসিদনি অনুবাদক অদুনা থেংনরিবা সমস্যা অসি। মণিপুরী সমাজগী থাজ ৱারী (লেজণ্ড) খুদম ওইনা খম্বা থোইবীগী ৱারী অসি ইংরাজীদা হন্দোকপদা ৱারীসিদা য়াওরিবা মণিপুরী সমাজগী চৎনবী, থাজনবী, হরাও কুম্মে কয়াশিং অসিগী মশকশিং অসি কায়হন্দনা হন্দোকপা তাই। হেক কায়হল্লুবদা ৱারী অসিগী ফজবা অমসুং মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিগী তোপ তোপ্পা মশক অদু মাঙখিগদৌরিবনি। অসিদসু নত্তনা খম্বা নোংবানগী চরিত্রদা করিগুম্বা অনুবাদক অদুগী অপাম্বা মতুং ইন্না হেক্তা ৱারীদুদা য়াওরিবদু হোংদোক্নুনা অনুবাদ তৌবা য়াদে। মসিমকসু অনুবাদক অদুনা থেংনরিবা সমস্যাশিংগী মনুংদা অমনি।

Example :

পাম্বে পাউরৌঃ মণিপুরী পাউরৌ 'য়ুমহোং তোয়রগা লায়র তাল্লি' হায়বসি ইংরাজীদা হন্দোকপা তারবদি 'A rolling stone gathers no moss" হায়নবা তাই। অতোপ্পা খুদম খরনা 'থবক ফবদা মৌ অনৌবীগুমই' হায়বসি ইংরাজীদা অনীথোক্না হন্দোকপা য়াইঃ A new broom sweeps clean নত্রগা Fish and visitor are known within three days, অসুম্না হন্দোক্নুনা translation literation ওইনা হেক হন্দোক্লবদা পাউরৌ 'ফম্বা কল্লগা ফমেল ফমই' হায়বসি ইংরাজীদা "Bearing of patience sits phamel" হায়না হন্দোকপা তারবদি অর্থ থোক্তে। মরম অদুনা ইংরাজী দা চুনবা হায়বদি "Patience is bitter but its fruit is sweet' হায়না অনুবাদ তৌরবদি অচুম্বা অমদি চান্নবা ওইগনি। মণিপুরী পাউরৌ 'ৱাতোন্না ৱাংলগা ক্বাক্রা ফমদেকই' হায়বসি ইংরাজীদা Prides will have a fall' হায়না হন্দোকপা তাই। মতৌ অসুম্না হিন্দীদগী মণিপুরীদা, ইংরাজীদগী মণিপুরী, বংলাদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবদা অনুবাদক অদুনা সমস্যা কয়া থেংন্দবা নত্তে। মসিনা তাকপদি (SL) অমগী সংস্কৃতিগী মশক খঙদনা অনুবাদ তৌবা য়াদে। অনুবাদ তৌবদা (SL) অমদি (TL) দা লৈরিবা অভিধানশিং য়াওদনা অনুবাদ তৌবা ওইথোক্তে।

মথক্তা পঞ্জখ্রিবা খরা অসিদগী ময়েক শেংনা তাক্লিবদি অনুবাদ সাহিত্যদা অমনা তোঙান তোঙানবা সমস্যাশিং থেংনরি। পনখ্রিবা খরা অসিদা নত্তনা তোঙান তোঙানবা সমস্যাশিং পেপর অসিদা পন্দবা কয়া লৈরি। পেপর অসি হেন্না চাউথোকখিগনি খঞ্জবদগী খরতমক খুদম ওইনা পীজরিবনি।

## য়াওফম তাকপা

# য়াইফবা ইমুংগী নিংঙোল

বেনীমাধব সিংহ গৌরীপুর খুঙ্গংগী লমগী মপু অমদি শীংথানরবা মীশক ওইরম্মী। মহাক্কী মপুবোকতু মতম অমদা য়াম্না মরল মথুম লৈবা মীশক ওইখিরম্মী। হৌজিক্তি শেমজিনবদা খুদোংথিরবা, খুঙ্গংগী পক্কা চনবা পুখ্রি অমদি লাইশং অনি অসি মহাক্না থল্লম্বা মিংচৎ য়ুম্বীনি। হায়নৈ, লাইশংগী থোঙজিন্দ শামুনা হাই-হুম্না লৈখিরম্মী। হৌজিক্তি শামুদুগী মহুত্তা ময়াং কংলবা শরু-পোলাংতনা ওইরবা অহল ওইরবী ইরোই অমোম অমা লৈরি। অদুবু ইরোই অমোমসি শঙ্গোম য়াম্না থোক্লিবনা মাগী মনাক্তা চফু পায়দুনা মীশক অমা নত্রগা অমদি শঙ্গোম শুমগদবগী শেন্নদুনা লৈখিরম্মী। বেনীমাধব সিংহনা মাগী মরল মথুম তস্থায় অমা হেন্না উকিলশিংগী মফমদা কংথোকখ্রে। হৌজিক মহাক্কী লাক্লিবা শেম্থোকতি চহীগী ওইনা লুপা লীশিং অমদগী হেন্দ্রে। ঠাকুর সাহেব মচা নুপা অনি পোকখি। অহনগী মিংনা শ্রীকন্ঠ কৌখি। চহী কয়া হোৎনরবগী মতুংদা মহাক বি,এ, পাস তৌরে। হৌজিক মহাক ওফিস অমদা থবক তৌরে। মচানুপা অতোনবা লালবিহারী সিংহ হকচাং শাবালগী নীংথিজবা পাখং ওইখিরম্মী। মায়থোঙ য়েংবদা নীংথিজে, থবাক ফল্লি। অয়ুক্কী য়াহৌরকপদা ইরোই শঙ্গোম সের অনীদী থকতোকই। শ্রীকন্ঠগী ফিভমসি লালবিহারী সিংহগা য়েংনবদ শাবাল পুম্না খেন্নে। য়েংবদা নুংঙাইবা গুনশিংবু শ্রীকন্ঠ তসেংহনা বি,এ, হায়বা ময়েক অনিসি ফংনবা হোৎনবদা কংথোকখ্রে। ময়েক অনিসি ফংনবা হোৎনবদা মহাক্কী হকচাংবু মকা লামহনখিদ্রে। মশা শোনবনা মহাক আয়ুর্বেদ হিদাকশিংগী মরমদা ইবা লাইরিকশিং পাখি অমদি থাজখি। অয়ুক নুমিদাংবাইরমদা মাগী কাদা নুংতেক্কোৎতা হিদাক শুবগী মখোল তাখি। লাহোর অমদি কলকত্তাদা লৈবা মাইবশিংগী মফমদা চিঠি ইথোক ইশিন তৌনখি।

শ্রীকন্ঠসি অংগ্রেজী বি,এ, ডিগ্রী ফংলবা ওইজরবসু সাহেবকী অংগ্রেজী সমাজগী চৎনবীশিং পামজরমদে, অদুগা মহাক্না অংগ্রেজীগী পুক্সি খুলেনবু শুকয়া

য়াজখিদে। মরম অসিনা খুঙ্গংগী মীশিংনা মাবু য়াম্না ইকাইখুম্নরম্মী। দশহরা কুম্মৈগী মতমদা মহাক্না থব্রায় য়াওনা রামলীলা শান্নবা য়াওখি অদুগা লীলা শান্নবদা শক্তম অমা নত্রগা অতোপ্পা অমা শোয়দনা কুমখিরম্মী। মহাক গৌরীপুর খুঙ্গংদা রামলীলা হৌদোকখিবসু অহানবনি। থায়নগী হিন্দু সভ্যতাগী মতিক মগুন নৈনবা মহাক্কী ধার্মিক ওইবা মিৎয়েংনি। মহাক্কী অপান্দবী অপুনবা ইমুংগী পুন্সি খুলেনগী চৎনবী অসিনি। হৌজিক্কী মতমদা ইমুং অমদা নুপী কয়ানা পুন্না লৈমিন্নবনা নুংঙাইতবা পুন্সি খুলেননি লেন্নরিবসি মহাক্কী মফমদদি জাতি অমসুং দেশ অনিমক্কী মাংজবনি হায়না মহাক্না লৌরম্মী। খুঙ্গংগী নুপীশিংনা মহাকপু থীনা ঙাঙনখি। কনাগুম্বা কনাগুম্বী খরনা মহাকপু য়েক্লবা ওইনা খন্নরম্মী। মহাক মশাবু য়ুমগী নুপীমক্না য়ানিংখিদে। য়ানিংদ্রিবদু মাগী নুপীনা মনেম মকু, মনাওনুপা অমসুং মতৈবু তুক্কচবগী ব্রাফমদি ওইদে। মহাক্কী ব্রাখলদি খাঙবা কনবা অমদি ফত্তবশিংবু পাম্বে কয়ানা খন্নবা হোৎনরবা ফাওবা ইমুংগী মীওইশিংনা পুন্না লৈমিন্নবা য়ারক্রবদি তুংগী খৎন চৈনদুনা পুন্সিবু অমাঙবা পুরক্কদবদগী শরুক মশামক্কী তোঙান্না চাবনা খ্বাইদগী ফৈ হায়বসিনি।

আনন্দী য়াইফবা শাগৈ অমদা পোকপী নিংঙোলনি। মাবু পোকপা মপাবুং অদু অপিকপা লৌচা অমগী লমগী মপুনি। পাক চাউরবা য়ুম-কৈ, শামু অমা, হুই অহুম, শিকার খুনুখরং, য়ুমথক্তগী য়ান্থবা মোমবতী পরেংগী চৈখোক, ওনরেরী মেজিষ্ট্রেটকী ফক অমদি পুথোকখিবা শেন্দোননচিংবা মমিং লৈরবা লৌচা মপু অমদা লৈফম থোকপা পোৎচং অমসুং ইজ্জৎ খুদিংমক মাগীদা ব্রাত্তনা লৈখি। মমিংনা মহাক্কী ভূপসিংহ কৌই। য়াম্না থৌজাল হৈবা অমদি মতিক মগুন লৈবা মীশক্কি; তৌইগুম্বসুং লাইবক থিবদগী মচানুপা অমত্তা মমিত্তা উখিদে। মচানুপী তরেৎ পোকখি অমসুং লাইবক ফবদগী মচানুপী লোইনমক হিংখি। অহানবদা মহাক্না মচানুপী অহুমদি পুকচেল শেংনা লুহোংকৈহোংবিখ্রে, অদু লুপা লীশিং তরামঙা কূনগী শেন্দোন তোনখিরম্মী; অদুদদি মহাক মীকপ থোকখি, শেন চাদিং হন্থনবা খলখি। আনন্দী কৌবী নুপীমচা অসি মহাক্কী মরীগুবা মচানুপীনি। পোকমিন্নবীশিংগী মরক্তা মহাক্না খ্বাইদগী শকহেনবী অমদি মতৌলৈবীনি। মসিনা মপাবুং ভূপসিংহনা মচানুপীবু হেন্না লুন-চান্ন তৌখি। শক ফজবা মচা মশুবু মমা-মপা ওইবশিংনা হেন্না লুনা তৌজে। ঠাকুর সাহেবনা হেন্না ব্রারিবদি মচানুপীগী লুহোংবসি কদায় কনাদা থাজসিগে। মচাগী লুহোংবগীদমক মীঙোন্দগী শেন্দোলগী অরুম্বা পোৎলুম পুবসু মহাক্না পামজরমদে অমদি মচানুপী অসি লাইবক



থিরবী অমগুম মপুক্লিংদা খনখিগদৌবা অদুসু পামজরমদে। নোংমা শ্রীকন্ঠ ভূপসিংহগী য়ুমদা করিগুম্বা অমগী শেনখায়বা লাকখিরম্মী। মতাংদুদা নাগরী প্রচারগী শেনখায় ওইরমানে। ভূপসিংহনা মাগী লমচৎ-ব্যবহার উবদা পেনখি অমসুং শ্রীকন্ঠ আনন্দীগা লোয়ননা লুহোংবিখ্রে।

আনন্দীনা অনৌবা য়ুমসিদা লাকপা মতমদা মফমসিগী ফিভমদু ইতোপ তোপ্পা উখি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৈনজরক্লবা সেবা তৌবগী সংসার অদু মফমসিদদি মমিংতগী ওইবা ফাওবা লৈরমখিদে। শগোল শামুগী ব্রাফমদি লাইরদনা নীংথিনা লৈতেংলবা পর্দা হাপ্পা ষনগাড়ী অমা ফাওবা লৈরমদে। মহাক্কী য়ুমদগী রেশমগী স্লীপর পূরকই, অদুবু মফমসিদা লৈকোলদি কদায়! য়ুমসিদসু থোঙনাও পান্দে, লৈমায়দা ফিদা লৈতে, থোঙথক্তসু ফোটোনচিংবা থেৎলমদে। য়াম্না চন্বা লব্রায়গী পুক্সিগী য়ুম্বাননি। অকে অমৌগী পোৎশিং মাগী পুক্সিদা উরক্ত্রিবগুম নুমিৎ খরগী মনুংদা আনন্দীনা অনৌবা ইমুংদুদা ওইরিবা ফিভমগা চুশিন্নদুনা লৈখ্রে।

২

নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা লালবিহারী সিংহ উচেক অমা পুরক্লগা মতৈমদা হায়খি "ইতৈমা উচেকসি থুনা থোংউ ঐহাক চাক য়াম্না লাল্লে। আনন্দীদি চাক লোইরদুনা মাবু লাকপা ঙাইরম্লিবনি। হৌজিক মহাক্না অনৌবা এক্লাং থোংনবা থৌরাংখ্রে। মহাক্না ঘী চফুদা য়েংলুবদা ঘী পৌব্রা অমদগী হেন্না লৈরমদ্রে। নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী নিঙোন্নি, ঘী য়ামদনা শিজিন্নবা মাদি কদাইদগী খঙলুনি? মহাক্না ঘী পুম্নমক শা থোংবদা ঙৌশিনখ্রে। লালবিহারীনা চাক চানবা হেক ফমথরকপদা হব্রাই থোংবদা ঘী য়াওরমদবদু উবদা হায়রকই "হব্রাই থোংবদা ঘী করিগী হাপত্রিবনো?"

আনন্দীনা খুমখি -"ঘী লোয়নমক শা থোংবদা হাপখ্রে।" লালবিহারীনা খোল কন্না হায়রকই "ঘী লৈরকপদি নহানতা ঙাইরি, অসুক থুনা কদায়দা লোইথোকখ্রে?"

আনন্দীনা খুমখি - ঙসিদি ঘী পৌব্রামুক্তা লৈরমখি, ঐনা শাথোংবদা লোইনা ঙৌথোকখ্রে।

অকংবা উনাশিংনা থুনা চাকপগুম চাক লান্নবা কঙাওনরবা মীসু করিসু লৈতবা ব্রাফমদা খর হেক্তা শাউই।

লালবিহারী মতৈমগী মতা চাদবা ব্রাঙাং অদুদা ফত্তনা লৌখি, শাউরপ্পা খুমখি-

"নপামদদি ঘীগী তুরেল চেলহল্লিনিদে!"

নুপীওইবীশিংনা চৈনা খাওবা ঙম্মী, ফুবসু খাওবা ঙম্মী, তৌইগুম্বসুং মপামগী মরমদা নিন্দা তৌবদি মখোয়না খাওবা ঙমদে। আনন্দীনা মমায় ওস্থোক্লগা খুম্মকখি- ফনা লৈত্রবসু অৱাৎপা লৈতে। ইপামদদি ঘী পৱামুকসিদি নুমিৎ খুদিংগী মীনাই ফাওবনা চানে।

লালবিহারী শাউখিরম্মী, পুখম থাঙ্গৎলগা লওখিরম্মী অদুগা হায়রকখি - নরৈদু চিংঙগা ককথৎসনি।

আনন্দী য়াম্না শাউখিরম্মী, মাগী মায়থোঙ মকশিল্লম্মী অদুগা হায়রকখি- মহাক লৈরম্লবদি ঙসি হেন্না নুংঙাইগদবনি।

হৌজিক লাইরিক লাইশু হৈতবা, লমহেনবা ঠাকুরগী মফমদা তৌফম খঙখিদ্রে। মহাক্কী নুপীসু ইচম চম্বা জমীন্দারগী মচানুপী ওইখিরম্মী। মহাক্না নিংঙকপদা ফুবা চৈবসু তৌরম্মী। মহাক্না খুরুম থাঙ্গৎলগা আনন্দীগী মায়কৈরোমদা কন্না লংশিল্লকখি অদুগা হায়রকখি, নাপলনা থুমহৎলবা মহাক অমসুং নহাক খঙগনি।

আনন্দীনা মাগী মখুৎনা খুকমদু ঙাকখি, কোকতদি শোকহৌদ্রে, অদুবু খুদোম্বীদুদি খর শোকখি। নুংশিৎ শিৎপদা উনানা হাইবগুম আনন্দীনা শাউরদুনা মাগী কাদা চংখ্রগা লেপ্তুনা লৈখিরম্মী। নুপীগী পাঙ্গল, থৌনা, ইজ্জৎ অমসুং ইকায়খুম্নবা মপুরোইবদা লৈ। মহাক্না মপুরোইবগী পাঙ্গল অমদি নুপা থোকপদা নাপল তৌজরম্মী। আনন্দী হেন্না থোইনা শাউদুনা লৈরমখি।

৩

শ্রীকন্ঠ সিংহ থাংজ নুমিত্তা ময়ুমদা হল্লকখি। খৎনখিবা থৌদোক্তি শগোলশেন নুমিত্তা থোকখিবনি। আনন্দী নুমিৎ নিনিচুপ্না শাউদুনা লৈরমখি। মহাক করিমত্তা চা- থক্তুনা করি তৌগদগে হায়না লৈখি। অরোইব থাংজ নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরমদা শ্রীকন্ঠ য়ুমদা লাকখি, য়ুমদা ফল্লগা ৱারী-ৱাতায়, মতমগী থোক্লিবা ঈ-পাউ অমদি আইনগী ৱাথোক্লচিংবগী মতাংদা য়ুমদা লাক্লিবশিংগা ৱারী শান্নখি। ৱারী শান্নবসি নুমিদাংগী পুং তরা ফাওবা চৎথখি। খুঙ্গংগী মীশিংনা মহাক্কী ৱা ঙাওবদা নুংঙাইবা পোকখিদুনা ময়ুমগী চাবা থকপা ফাওবা কাওখি। শ্রীকন্ঠ মশামকসু পুমকাও কাওখি। আনন্দীসু পুং অনী অহুম চঙনা শ্রীকন্ঠবু ঙাইবদা ৱাখিরম্মী। চাব-থকপগী মতম



ওইরকখি। ফম্লম্বশিং হৌগৎনখি। মীশিং লৈত্রবা মতমদা লালবিহারীনা হায়খি- "তাচৌ, ইতৈমাবু ৱারকপীয়ু, ৱা ঙাংবদা খর চেকশিলহল্লগা ঙাংহনসি নত্রবদি নোংমদি ফত্তবা তাজনি।"

বেনীমাধব সিংহনা লালবিহারীগী মীচং চঙদুনা শাক্ষী ওইনা হায়খি- ইচা ইমৌশিংগী ৱাঙাং শাজৎ নুপাশিংগী চিন্থক্তা খুম্বসি অফবা নত্তে।

লালবিহারী - ইতৈমাদি ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচানুপীনি, ঐখোয়দি ঈশিং দোলাই পুবা অতোনবা জাতিদি নত্তে।

শ্রীকন্ঠনা নুংবংনবা খোঞ্জেলদা হংখিরম্মী- তৌনরিবা ৱাফম্না করিনো? লালবিহারীনা হায়খি- করিসু নত্তে, তাচৌনা করিমত্তা ভাব তাদ্রে। নুপীমপামগী মমাংদা ঐখোয়সি করিমত্তা কান্নদ্রে।

শ্রীকন্ঠ য়ুমগী চাবা থকপা লোইরগা আনন্দীগী মনাক্তা চংলগা ফমথখি। মহাক ৱারৌনা ফমলম্মী । মমিং লৈরবা নুপা অসি অকিবগী মশক ওইরম্মী। আনন্দীনা হংখি- পুক্কীং পেল্লব্রা?

শ্রীকন্ঠনা য়াম্না নুংঙাইরি হায়না খুমখি অদুগা আনন্দীনা ইমুং অসিদা করম্না উপদ্রব থোকহল্লিবনো হংখি ?

আনন্দী হেন্না শাউনিংবা পোকখরে, মসিনা মাগী হকচাংদা মৈরী থোকখ্রে। হায়রকখি- নঙোন্দা মৈ চুখৎলিবদো মৈচাক ওইহল্লু।

শ্রীকন্ঠ- অদুক শাউরিবদু করিগীনো, ৱাফমদু হায়দোকউদনা।

আনন্দী- করিবু হায়গনি, ঐগী লাইবক্তা তম্মশ্বনি। লৱাইমচা, অফিসকী পিওনগী ব্যবহার ফাওবা লৈতবা মহাক্না ঐবু খুরুম্না থাগেকা তৌরিপোৎনি।

শ্রীকন্ঠ- থোকখিবা থৌদোকশিংদু হায়য়ু, খঙহল্লু। ঐহাক করিসু খঙদ্রে।

আনন্দী-নহাল নহাক্কী নুংশিরবা ননাউনুপানা ঐবু শা থোংউ হায়। ঘী চফুদু পৌৱাদগী হেন্না লৈরমদ্রে। ঐনা শা থোংবদা ঘী লোইনমক শিজিন্নখ্রে। চাক চাবা হৌরকপদা হৱাই থোংবদা ঘী হাপত্রিবা করিগীনো হায়রকখি। মহাক্না ইপামগী মরমদা অফ-ফত্ত পন্দুনা চৈরকখি। ঐ খাঙবা ঙমখিদে। ঐনা ইমুংগী ঘী অয়াম্বা ঈশিং দোলাই পুবনা লোইনা চাথোকখ্রে হায়না খুমখি। অসুম্না খুম্মুবগীদমক অরানবা মহাক্না ঐঙোন্দা খুরুম লংশিল্লকখি। ঐগী খুৎনা ঙাকলমদ্রবদি কোক কায়রমগনি। ননাউদা ঐনা ঙাংলুবসি চুম্লা লানব্রা হংউ।

শ্রীকন্ঠ খওশাউ শাউরকখি। হায়রকখি মসিদা থোকখ্রবকো, অঙাং মাগুম্বগী থৌনা।

আনন্দী নুপীশিংগী হৌনবী কপ্পা হৌরকখি। পিনা মাগী মীত্তগী তারক্তুনা চেম্থরকখি। শ্রীকন্ঠদি য়াম্না ইং তপচবা মীশক ওইরম্মী। মঙোন্দা শাউনিংবা পোকলকলিবসি নুপীগী মমিত্তগী মপি তাবনা নুপাগী মফমদা শাউনিংবগী মৈরি পোকহল্লি। অহিংচুপ্পা তুম্বা য়াখিদে। শাউনিংবনা মিৎ উইশিনবা য়ারমদে। অয়ুক্তা মপা বেনীমাধবকি মনাক্তা চৎলগা হায়খি- দাদা, ঐহাক হৌজিক য়ুম অসিদা লৈবা ঙম্মরোই।

মতৌ অসুম্না য়েক্লবগী ৱাহৈ-ৱাতা ঙাংবসি শ্রীকন্ঠনা কয়ারক মাগী তিন্নরিবা মরুপশিংবু ফত্তে হায়না চৈখি। অদুবু লাইবকথিবনা ঙসি মহাক্কী মচিন্দগী ঙাংবা তারে। অতোপ্পশিংবু পাউতাক পিবসি য়াম্না লায়।

বেনীমাধব সিংহ ঙকচানরগা হৌগৎখি অদুগা হায়রকখি, কৈদৌনরবগে?

শ্রীকন্ঠ- ৱাফমদি ঐহাক ইশামক্কী ইজ্জৎকী ৱাফমনি। পাবুং ইমুংসিদা হৌজিক চুমদবা অমদি নিংঙাইগী খৎন চৈনবা থোক্লে। অহল লমনগী ইজ্জৎ য়েংবা ফবনি, অদুবু মহাক্তি ঐখোয়গী কোকথক্তা কারে। ঐ অতোপ্পা মীগী মীনাই ওইরে, য়ুমদসু লৈবা নত্তে, য়ুমসিদা ঐ লৈত্রিঙৈদা নুপীদা খুরুম্না থারে, খোংঙুপ লঙশিল্লে। খোন কন্না ঙাংবগীদি করিসু চিংনদে। ৱাহৈ অমা অনী ঙাংনবসু খাঙবা ঙম্মী।ঐঙোন্দা খোংপাক্লা কাওবা  অমদি থৱায় মাংঙু হায়বসিদি য়ানিংদে।

বেনীমাধব সিংহনা করিমত্তা খুন্নমদে। শ্রীকন্ঠ সিংহ মতম লৈবা খিবিক্তা মপাবুং লুনা তৌজে। মহাক্লা শাউনিংবগী মওং উরগা অহল ওইরবা মপাবুং তুমিন্না লৈখি , মপাবুংনা হায়খি- ইচা ইবুংঙো! নহাক্কুম্বা লৌশিং লৈরবা অমনা অসুম্না ঙাংবা হৌনব্রা? নুপীশিংতনা ইমুং মনুং মহি লাংহনবা ঙম্বী। মখোয়না নুপাগী কোকথক্তা কাহনবসি ফত্তে।

শ্রীকন্ঠ- ঐহাক হেন্না খঙঙী, অদোমগী থৌজান্দগী অদুগুম্বা অশাউবা মীওই নত্তে। অদোমনা খঙবিরিবদুনি ঐহাকনা তম্বী তাকপীবদুনা খুঙ্গংগী য়ুমথোং কয়াগু লৌশিং তান্নখ্রে। নুপীশিংগী ইজ্জৎ সন্মানগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা পাউখুমজরি,- মখোয়গীমফমদা চুমদবা অমদি শাগী শাজৎ চৎপদু ঐহাক খাঙবা ঙমজদে। পাবুংনা থাজবীয়ু, ইশাগীদি করিসু অৱাৎপা লৈজদে, অদুবু লালবিহারীবু খর ৱারক ৱাতেম্বা

তৌদবা হায়বসে।

হৌজিক বেনীমাধবসু শাউগৎলকখি। শ্রীকন্ঠগী ব্রাণ্ডাং শণ্ডাং তাবা ঙমলক্রে, মহাক্না হায়রকখি- লালবিহারী নহাক্কী ননাউনি, মহাক্না অরানবা তৌখ্রবসু ব্রারকউ। তৌইগুম্বসুং ........

শ্রীকন্ঠ- লালবিহারী ঐগী ইনাও ওইনা খনদ্রে।

বেনীমাধব- নুপীগী মীচং চঙলিব্রা?

শ্রীকন্ঠ- নুপীগী খুজিন্দা চত্তে। মহাক্কী মীনুংশি খঙদবা, ব্রাখল য়াওদবগী মরমননি।

মপা মচা অনীমক মতম ঙাইহাক তুমিন্না লৈনখি। ঠাকুর সাহেবনা মচানুপা শ্রীকন্ঠগী অশাউবদু ইংথহনবা পামখিরম্মী, অদুবু মহাক্না লালবিহারীনা মথোং হুক্তবা থবক তৌখ্রে হায়বসিদি য়ানিংখিদে। তাঞ্জাসিদা খুঙ্গংগী অহল লমনশিংনা হিদাক মৈখু থক্লবা শাশিন্নদুনা লাকখিরম্মী। নুপীশিংনা শ্রীকন্ঠনা নুপীগী মীচংদা মাগী মপাগা খৎন-চৈনবদু তাবদা হরাওনখি। মপা মচাগী ঙাংনবিবা ব্রাণ্ডাং তানবগীদমক মখোয়গী পুক্লিংদু হরাওখি। ঠাকুরগী শাগৈ অসিনা নিংথিনা লৈমিন্নবা পুন্সিদা উরগা পুক্লিংদা কল্লকখিবম্মী। মখোযনা ঙাংনবম্মী শ্রীকন্ঠনা মপাবুংগী মফমদা খৎনবা হৌরি, মরম অসিনা মহাক অসি অশোনবা মীনি। মহাক্না তমলকপা মহৈদি লাইরিক পংপাদা পাবা লাইশু য়াওদবনি। বেনীমাধব সিংহসু পাউতাক য়াওদনা থবক অমত্তা পাঙথোকপা ঙমদ্রিবসি অপঙবনি। মখোয়গী অনীংবা ব্রাখল্লোনদু ঙসিদি মপুং ফানা উৎথোকলে। কনানা হিদাকসু থকপগী মিংদা অমদি লৌ ইংখোলগী খাজনা উৎশিন্নদুন ফমথরকখি। বেনীমাধব সিংহ থায়নগী শিংখ্রবা পুন্সি লেনবা মীওই ওইরমখি। ময়ামদুনা মপুক্লিংদা খল্লিবদু মহাক্না লোয়না খঙখি। অদুবু মী ফত্তবশিংনা নোক্লখিবা য়াবগী খুদোংচাবদি পীখ্ররোই খন্দুনা মহাক্না অমেংবা ব্রাহৈনা হায়খি হৌজিক্তি ননাওনা লাল্লেদনা।

ব্রাখল খন্তদ্রবা অশাউবনা থুহৎখ্রবা এলাহাবাদকী গ্রেজুয়েট অসিনা মপানা ঙাংলিবদুগী অর্থ লৌশিনবা ঙমখিদ্রে। ডিবেটিং ক্লবতা মাগী ঙাঙলিবদুগী চুম্নবা য়েৎপদি মহাক্না য়াম্না হৈশিংখি। মপানা উৎলিবা অরোনবা ব্রাফমদি মহাক্না করম্না খঙবা ঙমগনি? মপানা থৈদোক্লবা ব্রাহৈশিংগী মনুংগী অর্থ মহাক খঙবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না হায়খি- "ঐ হৌজিক য়ুম অসিদা লালবিহারীগা লোয়ননা লৈমিন্নবা ঙল্লোই।"

বেনীমাধব- ইবুংঙো অশিংবা মীশিংনা অপঙবশিংনা ঙাংবশিংদা পুক্লিং

চঙদে। ননাউসি অপঙবা অঙাংনি। মহাক্না অরানবা তৌখ্রবসু মহাকপু নঙনা ঙাকপিয়ু। শ্রীকন্ঠ- মহাক্না তৌখিবা ফত্তবশিংবু ঐহাক কৈদৌঙৈদসু খাঙবা ঙল্লোই। য়ুমসিদা মহাক লৈগে হায়রগা লৈরসনু নত্রগা ঐ লৈয়ু হায়রগা লৈরগে। বাবানা মহাকপু হেন্না নুংশিবা ওইরগনা নচাবু বিদায় পীবিয়ু, ইশাগী দায়িত্ব পুম্নমক ইশানা পুজরগা চৎখ্রগে। ঐবু য়ুমসিদা লৈয়ু হায়রগনা মঙোন্দা চৎনীংবা মফম অমদা চৎখ্রো হায়বীয়ু। মসি ঐগী অরোইবা ৱারেপনি।

লালবিহারী সিংহ থোঙজিন্দা তুমিন্না লেপ্তুনা ময়াম্বনা ঙাংলিবশিং তাদুনা লৈরম্মী। মহাক্না ময়াম্ববু থোইনা হেন্না ইকাইখুম্নজরিবসি মহাক্না কৈদৌঙৈদসু কাংথোন্দা ফম্লগা হীদাকফু থকপা নত্রগা ক্বা চাবা ঙমজপোৎ নত্তে। ময়াম্বগী মফমদা উৎলিবা ব্যবহার অদুগুম মপাবুংগী মফমদদি উৎপা নত্তে। শ্রীকন্ঠসু মনাও নুপাবু তশেংনা লুনা তৌরম্মী। মহাক্না মনাওনুপাবু কৈদৌঙৈদসু থীনা চৈখিদ্রি। মহাক্না এলাহাবাদতগী লাকপদসু মতম লৈবা খিবিক্তা মনাওগীদমক্তা পোৎশক অমা নত্রগা অমদি শোয়দনা লৈবিরকই। উগী গদা জুরা অমা মহাক্না মনাওগীদমক শাবিরকখি। হৌখিবা চহীগী নাগপঞ্চমী নুমিত্তা লালবিহারীনা মঙোন্দগী চহী অমা অনী হনবা মুক্না শান্নরোয় অমবু শান্নবদা মায়থীবা পীখি। মদুদা শ্রীকন্ঠনা হরাউমনখিদুনা মুক্না শান্নফমদা চেনশিল্লগা মনাও নুপাবু চেজেৎ কোনখি। লুপা মঙা চৎপী অমসু লংখত্তুনা নুংঙাইবা ফোংদোকখি। ঙসি ময়াম্বগী মচীন্দগী ঙাঙথোরক্লিবা থম্মোয় কায়নীংঙাইগী মশক ওইরবা ৱাহৈশিং তাবদা লালবিহাবীগী পুক্লিং য়াম্না নুংঙাইত্রে। মহাক হিক হিক কপলকখি। মহাক্না তৌখিবা শাজৎ খন্থরুরগা মহাক কোন্না নীংঙল্লক্তে হায়বসি অচুম্বা ৱাফমনি। ময়াম্বা লাক্কদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদগী হৌনা মঙোন্দা করি হায়রগদবা খনবদা মহাক্কী মিহুল চোংখিরম্মী। “তাদগী মমাঙদা ঐ করম্না চঙগনি, মাগা করম্না ৱারী শাগনি, মাগী মমাঙদা ইমায়সে করম্না থাঙ্গৎকনি?” মহাক্নদি ময়াম্বনা কৌশিল্লগা মতুংদা তৌদনবা নীংথিনা ৱারক্কনি। ঙসিদি মহাক্না খল্লম্বা ৱাখলগী ওন্ন-তৈনবদা ময়াম্ববু মহাক্না নুংশি হৈতবগী শকওং ওইনা উরক্লে। মহাক্তি অপঙবনি, মাগী মফমদা ময়াম্বনা চৎলিবা শাজৎ অদুদি লাল্লি হায়না মপুক্লিংদা খনজরম্মী। থৌদোকতুগীদমক শ্রীকন্ঠনা করিগুম্বদা লোন্না কৌশিল্লগা ৱাহৈ অনী মরী ঙাংদুনা চৈরম্লবা, অদুদসু নত্তনা খুবাক্না অনী মরীরক থারম্বা তারবা ফাওবা মহাক নুংঙাইতুবা তৌরম্লোইদবনি। অদুবু , ‘ঐ হৌজিক মাগী মশক য়েংনীংদ্রে হায়বা ময়াম্বগী ৱাঙাও তাবদা লালবিহারী খাঙবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না কপলদুনা ইমুংদা চঙলক্লে।



কাদা চঙলগা মফি মরোল শেংচিল্লে। মহাক্না ঙসাইমখৈ কপলম্মী হায়বদু কনামত্তা খঙখিদনবা মপিদু তৈথোক্লমখি।' অদুগী তুংদা আনন্দীগী থোঙজিন্দা চঙলক্লগা হায়রকখি - "তাদনা ঐগা য়ুমসিদা পুন্না লৈমিন্নরোই হায়না ব্রারেপখ্রে। হৌজিক তাদনা ঐগী ইশক ফাওবা য়েংনীংদ্রে হায়রে। অদুনা ঐহক হৌজিক চৎলে, তাদগী মফমদা ইশক অসি অমুক হন্না উচ্চররোই। ননাওনা লানখিবদো ইতৈমনা ঙাকপীয়ু।

মসি হায়রগা লালবিহারীগী খৌনাউ ফুনগৎখিরম্মী।

## ৪

লালবিহারীনা কোক নোন্থরগা আনন্দীগী থোঙজিন মপান্দা লেপ্লিঙৈদা শ্রীকন্ঠসু শাউরদুনা মপানলোমদগী চঙলক্লম্মী। মনাওনুপানা লেপ্পুনা লৈবদু উবদা তুকচ্চনা মমায় লৈথোকখিরম্মী অমদি মনাওগী মমিদগী থাপ্পা নানথোক্লবগুম থৈদোরক্লগা চৎখিরম্মী।

আনন্দীনা লালবিহারীগীদমক শ্রীকন্ঠদা ব্রাকৎখিরম্মী, হৌজিক মশামকসু মপুক্লিংদা নীংঙম্লক্ত্রে। মহাক্কী লমচৎতা থৌজাল হৈবীনি। করিসু নত্তবা ব্রাফমসিনা মপুরোইবনা করিগী শাউরিবনো হায়না মাগী মপুক্লিংদা ব্রারৌখি। আনন্দীনা কিজরম্মী মদুদি "ইপুরোইবনা ঐঙোন্দা এলাহাবাদ চৎলসি হায়রক্লবদি ঐ করম তৌগনি?" তাঞ্জাসিদা লালবিহারীনা মাগী থোঙজিন্দা লেপ্পরগা হৌজিক ঐ চৎলে, ঐঙোন্দগী অরান-অহুই য়াওখ্রবসু ঙাকপিয়ু হায়বসু তাখি, মনাওগী মফমদা ব্রারৌরম্বা পুম্নমক মাঙখ্রে। মহাক কপখৎলক্লে। পুক্লিংগী অমোৎপা চাথোক্লবগীদমক মীৎকী পিদগী হেনবা পোৎশক অতৈ লৈত্রে।

শ্রীকন্ঠ উরগা আনন্দীনা হায়খি- লাল মপান্দা লেপ্লগা য়াম্না কপ্লে।

শ্রীকন্ঠ- ঐনা কৈদৌসিগে?

আনন্দী- ইমুংদা কৌশিনগে। ঐগী ইচিনসিনা থোকহনবনি, ঐনা কদায়দগী খৎনহল্লিবনো?

শ্রীকন্ঠ- ঐ কৌশিল্লোই।

আনন্দী- নীংঙম্লক্লোই। মহাক ব্রারৌরে, চৎহল-লাকহনবা য়াবা পোৎ নত্তে। শ্রীকন্ঠ হৌগৎলমদে। অকোনবদা লালবিহারীনা মতৈমগী মফমদা ইতৈমনা তাচৌগী মফমদা খুরুমজরকই হায়না পাউদম্বীউ, তাদনা ইশক অসি য়েংনিংদ্রবনিনা তাদদা ইশক অসি উচ্চররোই।

লালবিহারী তুংওইননা হন্দোকলকখি অদুগা থুনমক থোঙজাওরোমদা থোক্লকখ্রে। মমৈথংদা আনন্দী করোমদগী থোরক্লগা মাগী খুৎ পায়দুনা খাম্লরে। লালবিহারী তুংওইননা য়েংথোরকখি অদুগা মীৎফম অনীমক পিনা থুমহৎলগা হায়রকই- "ঐবু থাদোকপিরো।"

আনন্দী- কদায় চৎতৌরিবনো?

লালবিহারী- ঐবু কনানসু উরোইদবা মফমদুদা।

আনন্দী- ঐনা নঙবু শুংচৎ চৎহল্লোই।

লালবিহারী- ঐসে নখোয়গা লৈমিন্নবদা মতিক চাদবনি।

আনন্দী- ইতৈমনা হায়রিবসিনি হৌজিক নহাক খোঙথাং অমা ফাওবা চৎপা য়ারোই।

লালবিহারী- তাদনা ঐবু ব্রারৌরিবসে হেক নেমথদ্রিফাওবা য়ুমসিদা শুকলৈ লৈরোই।

আনন্দী- ঐনা ঈশ্বর পন্দুনা ব্রাশক্লিবসিনি, নঙোন্দা ইতৈমনা ব্রারৌবা নুংঙাইতবা অমত্তা লৈতে।

হৌজিক্তি শ্রীকন্ঠগী মপুক্লিংদু তেথরম্মী। মপান্দা থোরক্লনা মহাক্না লালবিহারীবু চেজেৎ কোনশিন্নীরম্মী। মচিন মনাও অনীমক হিক হিক লাওনা কপমিন্নখি। লালবিহারীনা হীক্লা কপ্লদুনা হায়রকখি- তাদ! তাদনা ননাও ঐঙোন্দা ইশক য়েংনিংদে হায়বদুতদি অমুক হন্না হায়বিগনু। ব্রাঙাং অসি নত্তবা নহাক্না পীবিবা দন্দি পুম্নমক ননাওনা হরাও-হরাও লৌজগনি।"

শ্রীকন্ঠনা তনিকপা খোন্থোক্তা হায়রকই "লল্লূ, ঙাংখিবা ব্রাহৈশিংদু লোইনা কাউথোকখ্রো। ঈশ্বরনা চানবিরবদি অসিগুম্বা মীৎকুপ অমুক হন্না লাক্তবা ওইরসনু।"

মতম অদুদা বেনীমাধবসিংহসু মপাল্লোমদগী হঞ্জিল্লকলম্মী। মচিন-মনাও অনীনা লেঙগোন্নবা মতৌ উরুরগা মপুক্লিংদা হরাওরম্মী, মহাক্না হায়রকই-"য়াইফবা ইমুংগী নিংঙোল হায়বসি মসি ওইরেকো! মখোয়দি মচোই তারগদবা ইমুং অমবু কায়হন্দনা অফবা ইমুং অমা ওইহন্বা ঙম্মী।

ব্রারী অসিবু তারুবা খুঙ্গংগী মী খুদিংমক্না আনন্দীগী পুকচেল চাউবা মতৌ অদুবু থাঙ্গৎনখি। "য়াইফবা ইমুংগী নিংঙোল হায়বসি মসি ওইরেকো।"

❋

# তুরোন্নবী

পণ্ডিত দেবদত্ত লুহোংখিবা মতম কয়া হৌখ্রে, অদুবু মহাক মমিত্তা মচা অমত্তা উদ্রি। মহাক্কী মমা-মপা হিংলিঙৈদা মঙোন্দা মতমচুপ্পদা অতোপ্পা লুহোংনবগীদমক তকশিনখি, অদুবু মহাক্না যানিংখিদে। মহাক্না ময়ুমগী নুপী গোদাববীগী মফমদা লেঙদবা মতমচুপ্পগী নুংশিবা লৈখি। মচা উবদগী নুংঙাইবা পোকপনা মহাক্না হৌজিক্কী ইমুং মনুংগী নুংঙাইবা মাংহনবা পামজবমদে। অসি যাওদনা মহাক অনৌবা খ্রাখলগী মীওইবা নত্তে। মহাক্না হায়রম্মী , মচা পোকপদগী মমা মপাগী দাযিত্বশিং হেনঙ্গৎলি। মীওইবদা তৌবা ঙমদবা লৈতে মদুদি মহাক্না মীওইবগী অফবা মখলগী য়োকফদবা অমসুং মহৈ তম্বীবা অসিনচিংবা পাঙথোক্তুনা মচাশিংগী মপাশিংনা দেশ, ভক্তি অমসুং মশাগী খরা ফাওবা অফবা তৌবা ঙমদে। ইহান হানবদা করি কবিগুম্বদা অঙাংশিংবু নোক্ক-শান্নবদা উকরগা মখোয়গী থম্মোইদা নুংঙাইতবা পোক্কম্মী। তৌইগুম্বসুং হৌজিক মশাগী চাউনা দেশগী মচিন মনাওশিংগী মতৌগুম্না মখোয়না হকচাংগী লায়নাশিংনা অৱাবা ফংলবা ওইরক্লে। হৌজিক ৱাবীশিংগী মহুত্তা ধার্মিক লাইবিকশিংনা মখোয়গী হেন্না নুংঙাইজবা ওইরম্মী। হৌজিক মপাশিংগী খ্রাখল খনবদা মহাক অকিবা পোকখি।

তৌইগুম্বসুং গোদাবরী য়াম্না থুনা নিংবা কায়বদি ওইরমদে। ইহান হানবদা মহাক্না লাই তীন, মন্ত্রনা লং কিশি কিবা অমসুং যন্ত্র মন্ত্রনচিংবা শিজিনরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্না খঙলম্মী মদুদি হিদাকশিংনা থবক খর তৌবা ঙমদে। মহাক অনা-অয়েক্কী ঙাকথোক্কবনি খ্রাখলদা নহা ওইহনবগী হিদাক্কী অৱাৎপা লৈরমদে। মহাক্না মপুক্লীংবু য়াম্না ফাজিল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং পুক্লীংগী খ্রাফম মহাক্না করিগুম্বদসু ফোঙদোক্তে। মহাক্না অতোপ্পগী ফনবা থাদোকই। মপুরোইবসু নুংশিরম্মী তাংলবা মণিসু মহাক্না লোয়ননা ওইহল্লি। তৌইগুম্বসুং মসি করি ওইবা য়াবগে চহী তরামঙা ফাওবা নুংশিবগী পাম্বী থাদুদা সেবা তৌখি, মসি মহাক্না নুংশিবগী উপালনসু খাঙবা ঙমগদ্রা?

গোদাবরীনা অরোইবদা মশাগী কল্লবা ব্রাখলগী মমাংদা মকোক লুকথখি। হৌজিক তু-রোন্নবী ওইরক্লবগি মহাক খুজিল - থৌরাংলম্মী।

২

পণ্ডিত দেবদত্ত গোদাবরীগী হায়জবা ব্রাফম তারগা ঙক্লম্মী। মহাক্না লৌখিরম্মী মদুদি মসি নুংশিবগী চাংয়েং তৌরি নত্রগা ঐগী পুক্নীং খঙদোকপা পাম্লিবনি। মহাক্না মাগী ব্রাদা নোক্লগা লৈথোকখি। গোদাবরীনা চীংলেম্বা ব্রাখলদা হায়খি, "নহাক ঐবু ফাগীনি লৌনু, ঐনা থম্মোইনুংদগী ইচাগী মায়থোঙ য়েংনবগীদমক ঐহাক ফোংনা লোন্নবীগি অব্রাবদু খাঙলবনি", অদুদা দেবদত্তনা চিংনখিরম্মী। অসুক ব্রাংখ্রবা অমদি শেংলবা ব্রাখলনা থল্লবা গোদাবরীবু মহাক্না কোনশিলখি। অদুগা হায়রকখি ঐঙোন্দা মসি ওইথোক্লোই। ঐহাক ইচাগী অপাম্বা লৈতে।

গোদাবরীনা পাঙ্গল থোক্লা হংখি - নহাক কনা নত্তে, ঐমকনি। নংগী মরমনা ওইদ্রবসু নহাক্না ঐগী মরমনা থবক অসি য়াবা তাবনি।

পণ্ডিতগী ইচম চম্বা লমচৎকি মীশক ওইরম্মী। য়াবদি মহাক্লদি তৌখিদে, হন্না হন্না হায়রকপদগী খর খর য়াবা ফাওরক্লে। মায়কৈ অদোমদগী মসিগী থিন্থবা ওইখি করিগুম্বা অমত্তা মহাক্না তৌখিদে। গোদাবরীগী হৈশিংবনা থবক পুম্নমক মাগীদমক থবক পাংথোকখ্রে। মহাক্না থবক অসিগীদমক মাগী মনাকতগী শুপ্নগী পৈশা লৌথোকখিদ্রে, তৌইগুম্বসুং মশাগী লিক-কোল অমদি ফিরোল কায়থোকখি। মীনা থিনা ঙাংনবা অকিবা লম্বী অসিনা খ্বাইদগী চাউবা অপনবা ওইখি। দেবদত্ত মপুক্লিংদা ব্রাখল খল্লকখি। মহাক্না লুহোংবগী কোয়েৎ উপ্পা উরবদি মীনা করি হায়গনি। ঐগী অফিসকী মীশিংনা নোক্লগনি অমদি মিৎচিনা ঐগী মায়কৈরোমদা য়েংলক্কনি। মখোয়গী মিৎয়েংনা ছুড়ীদগী হেন্না থৌগনি। মতম অদুদা ঐহাক করি তৌগনি ?

গোদাবরীনা মাগী খুঙ্গংদা চৎলগা থবক অসি পাংথোক্লবা হৌখি। অমদি অপনবা থোকতনবা লোইশিনখি। অনৌবী মৌ ময়ুমদা লাকখি। গোদাবরী হরাউনা লৈখি, মচানুপাগী নুপী লুহোংবগুম্না মহাক য়াম্না ঈশৈ শক্নুনা হরাউ তয়াম্না লেনখি। মহাক্না করি খঙগনি, থুনমক ঈশৈ শক্নুনা নোকমিনবগী মহুত্তা কপপক্কনি।

থা কয়া হৌখ্রে। গোদাবরী মহাক্কী লোন্নবীগি মথক্তা হুকুম তৌদুনা লেনখি মাগী মনেমবোককুম। অদুবু মহাক্না মসি অমদি কৈদৌঙৈদসু কাউরমদে মদুদি ঐ তশেংনা মাগী মনেমবোক নত্তে। অসোমদনা গোমতীসু মাগী ফিবমদা মপুং ফানা ব্রাখল লৈজখি। মহাক্কী মনেমবোক শাসনগী মতৌগুম্না অব্রাবা লৈত্রবসু গোদাবরীগী শাসন মহাক্না

পামজখিদে। মহাক মশাগী ইচম চম্বা দরকারগীদমক গোদাবরীদা হায়বদা চিংনজখি।

৩

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা গোদাবরীগী লমচৎতা থোইদোক হেন্দোকপা অহোংবা অমা উৎলকখি। মহাক্না পণ্ডিতজীবু য়ুমদা হল্লকপা মতমদা হেন্ন অকনবা মিৎয়েং উৎপা হৌরকখি। মহাক্কী মহৌশাগী চীংলেম্বা হৌজিক্তি মাংখিবগুম তৌরকখি, করিগুম্বা ইচম চম্বা ৱাফমবু মহাক্কী পুক্নীংদা লোইশিনবা ওইদ্রে। পণ্ডিতকী অফিসতগী হল্লকপদা গোদাবরী মহাক্কী মনাক্তা পুং কয়া ফমলগা গোমতীগী মরম তাহল্লম্মী। অসিগুম্বা মরমগী ৱাঙাংদা থোইদোক হেন্দোক্না ইচম চম্বা ৱাঙাং-ৱাতা ঙাংলি। ৱা ঙাংবা লোইরকপদা পণ্ডিতকী পুক্নীংদা পুবা থাংবা ঙমদবা খলহন্‌খি। গোদাবরী করিগীদমক অথোৎপা ৱাহং-ৱাতা ঙাংলকলিবনো হায়বসিগী মরম খঙবদা লুনা থোকলি। মহাক্না হৌজিক গোমতীদা কিবসু ওইরম্বা তাই। মহাক্কী ফজবা মহাক্কী নহা ওইজবা, মহাক্কী ইকাইজগনবা মিৎয়েং-নায়েং মহাক মশাবু মায়থিজবনী খলখি। ঈশিংগী খোং কায়হল্লগা ঈশিংগী ঈচেলবু লৈপাক মতুমশিংনা থিংবা পামখি।

নোংমা গোদাবরীনা গোমতীদা রক্ষাবন্ধন নুমিত্তা অথুম্বা ক্ষীর থোংনবা হায়খি। গোমতীনা চীনি লৈতে হায়না খুমখি। গোদাবরীনা ৱাঙাং অসি তাবদা ঙকখি। চীনি অদুক য়াম্বদো কদায়দা থুনা লোইথোকখ্রে। মসি থম্মোই শেগায়রগা তানবনি, মসি তাবদা অৱাবনি, চারিবনদি করি খঙগনি?

পণ্ডিত অফিসতগী লাকপা মতমদা করিসু লৈতবা ৱাফম অদুনা অচৌবা ৱাথোক ওইরদুনা পণ্ডিতগী মফমদা য়ৌখি। মতম ঙাইবগী ওইনা পণ্ডিত পুক্নিংদা চিংনবা পোকখি। মহাক গোমতীবু করিগুম্বদসু চাক লাম্বগী লায়না লৈবা ওইরোইদ্রা হায়না চিংনখি।

অসিগুম্বা থৌদোকসি অমুকসু থোকখি। অপংবা পণ্ডিতবু নুংশংগী লায়না লৈরম্মী, পণ্ডিতজী মোরোক হেন্না চারমদে। গোদাবরীনা ইঞ্জাং শেমলম্মী, মহাক্না চাকথোংবদা মোরোক থাকলমদে। গোমতীনা নোংমা হৱাই থোংবদা মোরোক অঙাংবা হাপল্লম্মী। পণ্ডিতনা হৱাই খজিক্তং চাখি। অদুবু গোদাবরীনা মোরোকপু হন্না-হন্না থাকই হায়খি। শাওরপনা হায়খি লৈ প্রোক প্রোক চাকতে হায়দ্রিবনো?

৪

পণ্ডিতজী য়াম্না চম্বা মীশক্নি। অফিসতগী লাক্লগা, চাক চারগা হেক চঙলগা

ফমুংদা তুমখি। মহাক চয়োল অমগী খবর লৌখি। মহাক্না করিগুম্বদসু থা কয়াগী লৌবগী ফিবমসু তৌদে। করিগুম্বা থবক অমগী খজিক্তং অৱাবা নত্রগা থবক শুবদা মহাক্না মাইল কয়া চৎখি। করি করিগুম্বা মাগী অফিসতা থিয়েটরগী পাস লেম্না ফংখি অদুবু পণ্ডিতজীনা মখোয়গী পাস ফংলবসু চৎখিদে অদুনা অতোপ্পা মীশকনশু মঙোন্দগী পাস লৌরগা চৎলি। রামলীলা নত্রগা অতোপ্পা মেলা মহাক্না থবক তৌরিবা মতুংদা কৈদৌঙৈদসু য়েংবা চৎলুদে। গোদাবরীনা মাগী লমচৎ নিংথীজনা খঙখি। পণ্ডিতসু হীরম খুদিংদা গোদাবরীগী মত মতুংইন্না চৎপদা মহাক্কী হৈ-শিংবা মতৌ লৌখি।

তৌইগুম্বসুং লশীংগুম্না থোৎপা পোৎশকসু কন্না নমশিল্লবদি অকনবা ওইহনবা য়াই। পণ্ডিতপু নোংমগী মনুংদা পহর নিপালগী মতম চবেং চবেং ঙাংবসি তাবদা খাঙবা ঙমলমদে। করি করিগুম্বদশু পুক্নীংদা নুংঙাইতবা পোকখি। অনিংবা শক্তি নুমিৎ কয়ানিফাওবা অরেম্বদা লৈবদগী পাঙ্গল শোন্থখি। হৌজিক খরদি কনখৎলকখি।

পণ্ডিতনা মসি লৌখি গোদাবরীনা লোন্নবীবু য়ুমদা পুরকপনা য়াম্না মশাগী ওইজবা থাদোক্লে। মাগী থাঁদোকপা পুন্সি অঙকপনি লৌবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মাগী থাদোকপগী অরুম্বসি ঐঙোন্দনি, গোমতীদনা কয়াদা থৌজাল ঐগীদমক গোমতীদা কয়াদা নুংশিহৈবা ওইরিবা মফমসিদা মহাক কনাদা নুংঙাইরি মসিগীদমক মহাক চৈহৎপা ওইনা মাঙবা। মপুরোইবা ফংলে, মহাক অমুক অমদি মতমচুপ্পগী অনৌবা য়ুম ফংলে; মহাক অসুম্না থবক তৌদ্রবদি চোপ্পবদি হয়েং চাকখুম মুৎলে। ফিবম অসিদা গোদাবরীগী মীনুংশি লৈত্রবা ৱাঙাং মহাক য়াম্না মতিকচাদনা লৌখি।

গোদাবরীগী মিৎয়েং য়াম্না ফত্তবা ওইরম্মী। মহাক্না পণ্ডিতকী পুক্নীংদা ৱারিবসি খঙবা ঙমদে। মহাক্না পুম্নমক গোদাবরীগী মায়থোঙ য়েংবদগী উবা ফংখি। মহাক্কী থম্মোইদা মায়কৈ অমগী গোমতীগীনি। পুক্নীংদা খন্বনবগী মৈরী চাকখি। অতোপ্পা মায়কৈদনা পণ্ডিত দেবদত্তদা নুংশিহৈতবা অমদি মশাগী নুংশিবগী দোষ ওইখি। ফলদি অসিনী পুক্নীংগী নুংঙাইতবা নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকখি।

৫

গোদাবরীনা তপ্না - তপ্না পণ্ডিতজীদা গোমতীগী মরমদা ৱারী-ৱাতায় শাথশু তোকখি মাগী মনাক্তা গোমতী য়ুমদা লৈত্রবগুম। মাগী চাবা থকপগী নীংশিংবা তৌদ্রে, ফিরোলগী লমদসু তৌদ্রে। নুমিৎ কয়ানিগী চরা ৱানবা মফমসু করিমত্তা ফংদ্রে। ত্তনবা জীব ওইখি। মহাক্না ওৎ-নৈরিবা পুম্নমকসি য়েংদুনা লৈখি। মহাক্কী অচুম্বা পামজবা

ঈশ্বরদা হেন্না উপদ্রব শন্দোক্লবগী কিবদগী কন্নাগী মফমদা করিমতা হায়খিদে, হৌখিবা পাঙ্গলবু মখোয়গী মরাল খংবগী মাংহল্লগা নোংমা মহাক্না গোদাবরীদা কিনা কিনা হায়খি হৌজিকসি চরা-ব্রানবগী মিঠাইনচিংবা লৈজব্রা?

গোদাবরীনা শাউনা পাউখুম পীরকখি, নহাক্লদি লৈরকতনা? নত্রবদি কদায়দগী ঐনা মিঠাই লৌরুনি? দেবদত্তসু গোদাবরীগী অকনবা ব্রাঙাঙ তাবদা তেন্না পানব গুম তৌখি, ওসি ফাওবা গোদাবরীনা মাগী মফমদা অশাউবা ব্রাঙাঙ কৈদৌঙেদগু ঙাংখিদ্রি।

মহাক্না হায়খি, ইংনা হায়উ, লাউনা-চৈনবগী ব্রাফম লৈতে। গোদাবরীনা মিংফম লুকথরপ তৌরগা হায়খি; ঐঙোন্দা থোকপদুনা ঙাংলিবনি। অতোপ্পশিংগী নিংথীবা ব্রাঙাঙ কদায়দগী লৌরুনি ?

দেবদত্ত খর শাওরপনা হায়খি হৌজিক্কী মতমদা ঐহাক নহাক্কী মওং খঙবা ঙমদে। ব্রাঙাঙ খুদিংগী খংনবা হৌই।

গোদাবরী মায়থোঙ শাউনা ঙাংখি। মহাক ফমদুনা লৈখি, লেপখংখি। মহাক্না ঙাংখি, ঐনা ঙাঙবা পুম্নমক হৌজিক নহাক্না ফনা লৌররোই, হৌজিক ঐহাক মতোন্দগী মখা ফাওবা অরানবাশিংনা থল্লবনি। হৌজিক মীশিংনা নহাক্কী পুক্নীংগী থবক তৌবদি ঐহাক্তি ঙমজরোই। উপুগী শো অসি লৌরো। নহাক্কী শেনথুম য়েংলিবা নুংতিগী বেরা ঐগী নত্রে। দায়িত্ব লৈরম্বদু হৌজিক্তি দায় লৈতে।

পণ্ডিত দেবদত্ত ব্রান্থবগুমখি। শান্তি কায়রবা অসিগী মহাক কিজখি। মহাক্না হেন্না অঙকপা অকিবা মওং লৌরগা মাগী য়ুম মনুংদা চংখি। মহাক ব্রা ঙাংখিদে। মতম অসিদা মহাক্না ব্রা য়াম্না ঙাংবনা ব্রা হেনগংলক্কনি কিরম্মী। মহাক থোরকলমখি অদুগা ব্রাখল খনখি, ঐনা মহাক্কী মফমদা করম্বা মতিকচাদবা অরানবা অশোয়বা লমচং চংশ্লবনো ? মহাক্কী পুক্নীংনা খল্লমদে, গোদাবরীনা য়ুমগী শিনবা থবকশিং করম্না ওইংথোক্কনি । শেম্ভোক খজিক অসিনা মহাক্না করম্না শিলগদৌরি। করি করি উপায় তৌবা তাবা? হৌজিক করি তৌগনি? গোমতীনা করি তৌবা ঙমগনি ? য়ুমগী পোংলম ঐগী ইথক্তা লোইনা তারগনি য়াম্না খুদোংথিবা তাবা।

অদুবু পণ্ডিতজীগী অনীংবা পুম্নমক মায়পাকখিদ্রে। উপুগি শোদু মহু চেল্লবা লিন অমোমগি মতৌগুম্না মাঙ্গোলদা নুমিৎ হুমনি ফাওবা অদুম তাদুনা লৈরম্মী, কনামতা মনাক্তা চংশিলুবগী থৌনা লৈরমদে। মরিনী চনবা নুমিত্তা পণ্ডিতনা থব্রায় ফাওবা খুবাক্তা হাপ্লবগুম উপু অদু লৌথোকখি। মতম অদুদা মঙোন্দা খনখি মহাক্কী মকোকতা অরুম্বা থাঙগংলগা থম্বগুম্মী। অতনবা মীওইশিং মশাগী নিয়মগী লম্বীদগী থোইদিং মুক লৌথোকপগী য়াম্না অরুম্বা থবক ওইখি।

পণ্ডিতজী খঙখি মহাক্না অফিস কাবনা থবকশিং য়েংশিনবদা ঙম্মোই ৱাদৌরি, মঙোন্দা হঙ্গোইবা তৌখিদে মদুদি শো অসি গোমতীদা পিবা । মহাক্না অফিসকী থবক কাবনা য়ুমগী থবকশিং য়েংশিনবা ঙম্মোই খঙখি। মহাক্না থম্মোইদা শো অসি গোমতীদা শিন্নবা পামখি। অদুবু গোমতীগী য়েংবগী ৱাফমতদি। শো অসি মনাক্তা লৈরম্মী, থবক পুম্নমক্তি গোমতীনা তৌবা তাখি। অসুম্না য়ুমগী শিনদোক-শিনজিলগী থবকশিং গোদাবরীগী মখুত্তগী তোকখি। য়ুমগী ইজ্জৎ ওইরম্বা গোদাবরী মনাক্তগী শো লৌখরে। য়েংনা য়েংনা মাগী মবেম্মা অমদি লৈমা নুপীশিংগী ৱারী-ৱাতায়দা য়াম্না খেন্নবা ওইখি। গোদাবরী হৌজিক ফমতারবী রানীগুম লৈখি। মহাক্কী অধিকার হৌজিক শুপ্নগী অতোপ্পগী মীনুংশিতনা ওইখ্রে।

৬

য়ুমগী থবক ইনখাংদা অহোংবা লৈরবদা গোদাবরীগী লমচৎ অমসুং ৱারিদুনা অহোংবা ওইখ্রে। কল্লকপা ৱাখল পুক্নিংদা লৈবগী পোৎতি লৈবা নত্তে। পহর নিপাল লৈকাইগী য়ুমথোং খুদিংগী ৱারী ওইনখি । য়েংন্নবদা মসিবু করম্বা মথৌনো। লাইবকথিবীনা খৎন-তক্লদুনা লুহোংনৈ, খঙনা খঙনা মশাগী মাংনবা তৌরে শিনজরে; মশাগী লিক্কোল ফিরোল শিজিন্নদ্রে; হৌজিক কপ্পা কপ্পা ফীজি চোৎলে। লোন্নবীনা লোন্নবী ওইরে, মপুরোইবনা মহাকপু লাপথোকপিদুনা থওইবীদ্রে। খঙনা হৌজিক মিনাইগী মতৌগুম্না য়ুমদা লৈনা লৈনা হিংদুনা লৈরে। অসুম্না হিংবসিবু অহিংবা হায়বদুরা?

মীনুংশি থন্না য়াওবা ৱাহৈশিং তারগা গোদাবরী অশাওবগী মৈরীসি চাকপা হেঙ্গৎলকখি। মহাক্না অৱাবা শরুকশিং অসি পুক্নীংগী ফিবমনা পোকহনখি, অতোপ্পগী অমাঙবা অমদি অৱাবদা থোইদোক্না নুংঙাইবা পোকই।

গোদাবরীসু ৱাফমসিগী মপুংফানা থাজবা অমসুং পণ্ডিতজীসু মশানা য়াম্না কিজরম্মী, মহাক করিমতা থওইখিদ্রে। হোয়, ৱাখল খনবা ওইদবদগী ৱাখল য়াওদবনা পণ্ডিতজীগী থৌরাং গোদাবরীগী থৌরাং অফবদি ওইদ্রে। য়ুমগী খরচ হেঙ্গৎলকখি, অদুবু থবক্তি নিংথীজনা চৎথখি। হোয়, গোদাবরীনা গোমতীগী থবক পুম্নমক অশোইবা উরকখি। কল্লকপদা মৈ ওই। তৌইগুম্বসুং মীগী মগুন মসিদা য়াওদে। মহাক থম্মোইবু ফহনবগী মহুত্তা অমদি খুদোংথিবা পীরি। হৌজিক য়ুমদা খরা মাংজবদগী গোদাবরীবু

অৱাবগী মহুত্তা নুংঙাইবা ফংলি। নোংজু থাগী মতম ওইরম্মী। নুমিৎ কয়ানিফাওবা নুমিৎ মশক উখিদ্রে। উপু মনুংদা থন্নিবা ফিরোলশিংদা কোকফাই কারম্মী। থাওগী অচার মওং কায়খি। গোদাবরীবু পুম্নমকসি উরুরগা পুক্লিংদা অৱাবা পোকখিদে। হোয়, তশেং-তশেংফাওবা অনি অহুম অশোয়বা খঙবগা খুদোংচাবা মহাক থাঙ্গশেংনা ফংখি! যুম্নুরেম্বী ওইনবা লাকই যুম্নুরেম্বীগী থবক তৌনবসু!

পণ্ডিত দেবদত্তগী ফিবমদসু হৌজিক অনৌবা মওং লাকখি। গোদাবরী মশানা যুমগী মথৌ পুম্নমক পুরিঙৈদদি মঙোন্দা পোৎ খুদিংগী অৱাৎপা লৈখিদে। মসিফাওবা মহাক কৈথেল ফাওবা কাখিদে। অদুবু হৌজিক্তি গোদাবরীনা মহাকপু নোংমদা কয়ারক কৈথেলদা কাবা উখি। যুমগী যুম্বানবগী খুজিল থৌরাং নিংথীনা চখদবদগী অয়াম্বা মতমদা তৌদ-য়াদ্রবা পোৎলমশিংগী মহাক বাজার চৎপা তাখি। গোদাবরীনা দেবদত্তনা তৌরিবসি উর-তারগা হায়খি মহারাজ অসিনা হেন্না অৱাবা পোৎলুম পুরে। হৌজিক য়েংঙিবসি নোংমদা মতম তরারক কৈথেলদা লেপ্পুনা লৈরে। হৌজিক ঐ মাবু কৈদৌঙৈদসু মসি হায়দুনা তাহল্লোই। ঐগী ঙাংঙু শকউবদা অমাংবা ওইগনি।

পণ্ডিতজী কৈথেল নোংমাই কাবগী থবক্তা হৈথোই শিংথোইদ্রে হায়বগী ৱাফমসি গোদাবরীনা খঙখি। মরম অসিনা মহাক্না ফিরোলগী দরকার ওইরবদি মহাক্না যুম থংনবগী হনুবা লালা সাহেবতগী লৌরম্মী। পণ্ডিতজী ৱা অসি কাওখিরম্মী, গোদাবরীবু ফিরোলশিংগী দরকার ওই হায়বসি। মহাক্না কোকতগী অরুম্বা কয়াসি লৌথোক্লবদি অদুক্কী মতিক অফবা ওইগনি। মশামক্না শেৎলিবা ফিরোলসু গোদাবরীনা লৈরগা মঙোন্দা থোনবনি। পণ্ডিত অনৌবা ফেসন অমদি অনৌবা ফিরোলশিংগী খঙবসু ওইরমদে। অদুবু হৌজিক ফিরোলশিংগীদমক মহাক বাজার চৎপা তাখি। ফরিগুম্বদা গোমতীগী মনাক্তা শেৎনবা ইনবশিং লৈরমদে। পণ্ডিতজী বাজার চৎলগা য়াম্না ফবা পোৎতা গোমতীগীদমক লৈরকখি। ফী য়োনবা মীনা পাম্বা মমল পীরে। মীনা পুরকপা পোৎচৈ পণ্ডিতজী খরা ফাওবা চিংনবা তৌখিদে। গোমতীনা জুড়া অদু গোদাবরীদা উৎখি। গোদাবরীনা উখি অমসুং মমায় লৈথোক্লগা শাউরপনা ঙাংখি, ফরে নহাক্না মঙোন্দা ফি পুরক্লবা তম্বীরে। ঐদি চহি তরাতরুক হেন্রে, মহাক্না পুরক্লগা ফি অমা ফাওবা ইনমদা থোনবা লাইবক ফবা ওইখিদ্রি।

অসিগুম্বা থৌদোকশিংনা গোদাবরীগী কল্লকপগী মৈরী হেনগৎখি। মহাক্না থাজখি, পণ্ডিতজী লমচৎতা হৈনদবা ওইবদা মহাক য়াম্না পেনজখি। অদুবু হৌজিক

মহাক্কী অনৌ অনৌবা ঈপোম উকবগা মহাক্লা খঙখি। অসিগুম্বা নুংঙাইবসিবু ঐনা মশীং লাকঙমদনা থেংনদুনা ফংবা ঙমদ্রে, মহাকপু অনৌবীসিনা শুপ্লতগী অনৌবা পুক্লিংনা ঙমগ্রে। গোদাববীনা খনখি ঐনা মসিবু অচুম্বা নুংশিবনি লৌবম্বনি, মহাক তশেংনা লৌনম তৌবে। মহাক ফনা মশাগী ওইজথিবী ওইবকখি।

লাইগী নোংদমনি নুমিৎ কয়ানি গোমতী নাদুনা লৈখি। মঙোন্দা হৌগৎ ফমথগী শক্তি লৈবমদে। গোদাববী চাকখুমদা এঞ্জাং শেম্বা চঙলম্মী। গোমতী থাঙ্গৈশেংনা নাবে হায়বসি লেপচবমদে, থাজবমদে। মহাক্লা খনখি মাবু চাক থোংহন্নবগীদমক অনী অসিনা তৌশিন্নবিবনি। লৈকায়গী নুপীশিংনা ওক্তবী ওইবদা অশোইবা কয়া লৈ হায়না হায়খি। পণ্ডিতজী হৌজিক্তি চাবা থকপদা মহাক্লা হাথু হাথুনা চাবম্মী। গোদাববীগা অচিকপদা ব্রাবী - ব্রাতায শাবদা কবিগীদমক কিবিবনো খঙদে। মহাক অকনবা ব্রাঙাঙ অমদি থম্মোই কাযবা যাবা ব্রাঙাঙ তাবব্রা খঙদে। মতম অসিদা মহাক্লা কিজবম্মী অকিবা মতম থেংনদবনা ফৈ। গোদাববীগী অকনবা মীৎয়েংনা মাগী ব্রাখল খঙবা ঙমখি অদুবু পুক্লিংদা শাওনিংবা পোকখি।

নোংমদি মহাক খাঙবা ঙমখিদে। মহাক্লা হায়খি ঐঙোন্দা ব্রাঙাঙবগী যাদবা লৈব্রা? যেংঙিবনি, কবিগুম্বদা অহিংচুপ্লা ব্রাবী শাবগী অদুবু ঐগী মাংদা ইচিল অসি ঙাংনবগী ব্রাশকখ্রবগুম থবক পুম্বা নহাক্কী অপাম্বগী মতুংইন্না চথদ্রিব্রা?

পণ্ডিতজীনা কোক নোম্থবগা পাওখুমখি হোয়' খল্লিবদু ওইবিদনা। ব্রাখলদুদা কবিগী থব্রায় ব্রাদৌবিবনো? নহাক্লা য়ুম অসি মাংহনবা পাল্লিবা অদুদগী ঐগী কবি হক লৈবিবগে?

মসিদা গোদাববীনা খোন কন্না ঙাঙখিবম্মী। ব্রা কনখৎলকখি। পণ্ডিতজী চাকশঙদা ফমলম্বদগী হৌগৎলকখি। গোদাববীনা মহাকপু ফমহনবা পামখি, অদুবু মহাক মফমদুদা মিৎকুপ ফাওবা পোত্থাখিদে। মহাক্লা চাকলুক থাঙখৎখিবম্মী। মীওই লোইনা চবা হেনবা তাখি।

গোমতীগী মফমদা অঙকপা গুন অমা লৈখি। মহাক কল্ল-কল্লবা ব্রাঙাংশিং খাঙবা ঙমখি। অদুবু মহাক চবাহেনবদি য়াম্না মঙমদ্রে। মবমসিনা মহাক চবা হেনখিদে। হোয়, তায় হায়নৈ জন্মাষ্টমী নুমিৎ পাঙথোকখি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা হকচাং ঙমউদবনা মহাক চানিং থকনীংবা পোকখি। নুমিৎ য়ুংবা মতম ওইবকপদা চানবা কৈথেলদগী ফংদবনা ব্রাবদুনা কৈথেলদগী মিঠাই লৈখি। মহাক্লা গোদাববীবু শাওনবগী কুম্মৈ তৌবিব্রা মবমদি কনামত্তনা চাক চবা অমা চাদবদা শিদে। গোদাববীবু কোকতগী খোং ফাওবা শাওখিবম্মী। গোমতীনা থুনমক মিঠাইশিং পুবকখি। চহি কয়াগী মতুংদা

ঙসি মহাক্লা পুকথন্না মিঠাইশিং চাখি। পুম্নমকসি কল্লক খম্বনবগী কুস্মৈনি।

গোদাবরী নুমিৎ য়ুংবগী মমাঙদা মচিন্দা ঈশিং ফাওবা থক্লমদে। হৌজিক অয়ুক্কী চরা ৱানবা খরা তৌদনা লৈবা ঙমলমদে। মতম লৈবা খিবিক্তা অথুম্বা থাউ তৈরম্মী, হৌজিক অথুম্বা থাউনা মহাক্কী মকোক্তা অৱাবা ফাওখি, ক্বা চাবদা মহাক অনৌবা লমচৎ হৈনবী ওইখি। কল্লক খম্বনবনা মহাক অনৌবা লমচৎ ফজবা নুপী ওইহল্লে।

জন্মাষ্টমীগী অফবা নুমিৎ লাকখি। পণ্ডিতজীগী লমচৎ নুমিৎ নিনী থক্কীদমক্লা অঙকপা ওইখি। মহাক মথৌনাগা লোয়ননা য়েংবা হৌরকখি। গোদাবরী ব্রত তৌবসি ঈশিং য়াওদনা পাংথোক্লম্মী। অমদি পণ্ডিতজী অতনবা কৃষ্ণ নিংজবা গোমতীনা ঈশিং য়াওদনা ব্রত তৌবগী থৌনা পাঙথোকখি। মহাক য়াম্না ঙকলমখি। য়ুমগী মবেম্মা গোদাবরী লাক্লগা মঙোন্দা হায়খি ব্রত ঈশিং য়াওদনা লৈবা ঙমদে মাগীদমক্তি উহৈ ৱাহৈ পীবিয়ু।

নুমিদাংৱারমগী মতমদা গোদাবরীনা মানমন্দির চৎনবগী গাড়ী তোংনবা হায়জখি। গোমতীনা গোদাবরীনা হায়জরিবসি ফত্তনা লৌখি। ঙসিগী নুমিৎ অসি গাড়ী ভারা য়াম্না হেনগৎখি। মান মন্দির চৎপসি অরাপ্পা ওইরমদে। গোমতীনা হায়রকখি, অরেম্বদা পৈশা করিগী তিংহনগদৌরিবনো? য়াথং পীবদি লায়,ৱারিবদী মহাক্লা শনগী মতৌগুম্না পৈশা তাল্লিবনী।

চহি অহুমগী মমাংদা গোমতীনা অসুম হায়না ঙাঙবসে গোদাবরীগী মচীন্দগী তাখি। ঙসিদি পৈশাগী গোমতীগী মফমদগী অসিগুম্বা ৱাঙাং তারে। মতমগী খোংচৎ!

নুমিৎ কয়ানি গোদাবরী য়াম্নমক নুংঙাইতবা ৱাখলনা চাক থোঙলম্মী । পণ্ডিত অফ-ফত্ত চিঞ্জাক্কী মরমদা হৌজিক মহাক হান্নগী মতৌগুম চিন্তা লৈরমদে। নোংমদি মহাক্লা য়ুমগী মবেম্মদা হায়খি চাউরাক্লা মসালা লৌথোকলগা তকউ মসালা হৱাইদা হাপদা মোরোক খরা হেন্না হাপই। কিরদুনা পণ্ডিত করিমত্তা চাখিদ্রে। অতোনবা অতনবা মীগুম মোরোক মখল পোৎশকশিং মহাক্লা হেন্না পামজখি। তৌইগুম্বসুং মহাক নাবনা চাখিদ্রে। গোমতীনা ৱাঙাং অসি তাবদা শুকতোক্লগা হায়খি হনুরবা মতমদা ৱাঙাংসি য়াম্না চাওনা ঙাংবরা?

অসিগুম্বা অকনবা ৱাঙাং গোদাবরীনা অমুক হন্না হায়খি। ঙসি মহাক্কী পালী তাবগী ৱারী ওইরে।

৭

ঙসি গোদাবরীনা গঙ্গাদা শিজনবা লাকখি। চহি অহুম শুরে। মহাক্না বর অমসুং বধুবু লোয়নরগা গঙ্গাদা লৈ অমসুং ধুপ কৎনবা লাকখি। ঙসি মহাক মশাগী থব্বায় কৎথোক্লবা লাকলি। ঙসি মহাক গঙ্গাগী নুংঙাইরবা ঈচেলনুংদা পোথাবা পামখি।

গোদাবরী হৌজিক যুম অসিদা মিৎকুপ অমা ফাওবা খাঙবা ঙমখিদে। যুম অসিদা রানী ওইদুনা লৈরম্বনি, মসিদা মিনাই ওইনা লৈবা অসিদা নাপল তৌবী নুপীসিগীদমক ওইথোকলমদ্রে। হৌজিক যুম অসিদগী গোদাবরীবু নুংশিবা মতমগী কুইরবগী থৌরিগুম্না ওইখি, হন্না হন্না পুনশিল্লবসু কদাযদনো অমদি তৎলকখি। মহাক্না গঙ্গাগী ঈশিংনুংদা চঙজবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈখিদে।

নুমিৎ কয়ানি মহাক্কী মচিন্দগী হন্না হন্না থব্বায় থানবগী ধমকা তাবদা পণ্ডিতজীনা শাওনা হায়খি নহাক কবিনো অমা তৌবগা শিজবো! গোদাবরীনা হ্চেল্লবা ব্রাঙাংশিং হৌজিক ফাওবা কাউরমদে। থম্মোই শোক্লবা ব্রাহৈশিং মহাক্না শুককাউ কাওবমদে। ঙসি গোমতী মাবু অদুগুম্বা ব্রাঙাংদা মহাক্না য়াম্না খাঙলবা মতুংদা অকনবা ব্রাহে হাযখি। গোদাববীদা মাগী ঙাংখিবা কাওখিবম্মী, শুপ্নগী গোমতী অমসুং পণ্ডিতজীবুদি মাগী নাকোংদা ঙঙদুনা লৈখি। পণ্ডিতনা মঙোন্দা চৈখোৎখিদে। ঐঙোন্দা অসিগুম্বা অকনবা চুমদবা অমদি মখোযনা ব্রাকৎ অমত্তা হায়হননিংদবতনি।

ঙসি মী পুম্নমক্না তুমনরিঙৈদা গোদাবরী যুমদগী মপাল থোরকখি। আকাশতা অমুবা নোং শন্দোকলমখি। নোং তত্তনা চুখি। সোমদনা মহাক্কী মিৎলুদা পিগী ঈচেল চেন্থবকখি। নুংশিবগী থৌবী কয়াদা থোৎলবা অমদি চেৎখ্রবা! অথোৎপা অসি মায়থিবগা পাংখকনী খাযনবগী মমাংদা গোদাবরী থোংজিলমক্তা লেপ্ল লেপ্লদু না পুং কয়াফাও যুম মপালদা লৈখি, হৌখিবগী ব্রাফম কয়া নিংশিংলকখি। করিগুম্বদা মহাক্কীদমক নুংশিবা লৈখি, নিংজবা লৈরমখি, নুংশিবগী নুংঙাইবা ওইখি। থুনমক পণ্ডিতজী কল্লবা ব্রাঙাঙ মহাক্না নিংশিংলকখি। পিৎলুদা পিগী ঈচেল চেন্থরকখি। গোদাবরী যুমদগী থোরক্লগা লেপখি।

মতমসিদা পণ্ডিত দেবদত্ত কোক তাংলবা; খোংউপ তোংদ্রবা খোংনা ঈশিংদা চোৎলগা চেল্লগা লাক্লবদি অমসুং গোদবরীবু নিক্লবা খুৎপু পায়দুনা মাগী নিক্লবা থম্মোইদা কোনশিল্লগা হায়রবা ‘‘চান্নবী’’ মসিদগী হেন্না অমদি করিসু ঙাংদনা গোদাবরী মহাক্কী ব্রাখল তপথবা ফাথবা ঙল্লমগদ্রা?

লাংবলগী থা ওইরম্মী। অহিংদা গঙ্গাগী ঈচেলনা ঙংনা মখোল য়াম্না অকিবগী

মশক ওইখি। লোয়ননা নোংথাংগী মঙাল হৌরিবা ঈথক্লা মঙালনা লঙখিরম্মী, মঙালনা ঙাওরবা শামুগী শক্তম লৌরদুনা হরাওরম্মী। পুন্সি লান্থেংনবগী য়াম্না চাওরবা দৃশ্য মিৎয়েংগী মমাংদা লাকখি।

গোদাবরীগী পুক্লিংদা মতম অদুদা ৱাখলগী ঈচেল কয়া কন্না হৌরকখি, অমগা অমগা য়ৈশিন্নরদুনা অমদি শাউরদুনা মাঙখিরম্মী। কদায়দা অমম্বদা!

ঙংদুনা চেম্থরদুনা গঙ্গা গোদাবরীবু শান্তি পিবা ঙমলিব্রা? মহাক্কী ঈচেলদা অমৃতগুম্বা খোঞ্জেল য়াওখ্রে অমদি থৈজিনবগী পাকচাওরবা লৈত্রে। মহাক মতমসিদা অকিবা লৈতবা অমদি থৌজাল লৈতবগী কিরবা মূর্তিগী মওং লৌখি। গোদাবরী তুরেল মপান্দা ফমদুনা করি খনখি, কনানসু হায়বা ঙমলোই। হৌজিক মহাক চিংনবা পোক্কদ্রা পণ্ডিত দেবদত্ত লাক্লরোইদ্রা? নুংশিবগী থৌরী হায়বসি কয়াদা মপাঙ্গল কনখ্রবা?

অমম্বা অসিদা কল্লবা নুংশিহৈতবা অমদি নিংবা কায়রবগী ওইরিবসি লাইবক চাউবী মহাক গঙ্গাগী ইরোলনুংদা চোংথখিরম্মী। ঈচেলনা লাকশিনখি অমদি লুপখিরম্মী।

অয়ুক ওইরকখি। গোদাবরী য়ুমদা লৈরমদে। মহাক্কী ফমুংদা চিঠি তাদুনা লৈখিরম্মী।

"স্বামিন, সংসারসিদা অদোম নত্তনা ঐগী কনা লৈরিবগে? ঐনা ইশাগী লৈজবা পুম্নমক অদোম্না নুংঙাইনবগী পিজরম্লে। হৌজিক অদোমগী নুংঙাইবা অসিদা ঐনা সংসার অসিদগী মাঙজরি। মরম অসিনা থব্রায় অসি অদোমগী মফমদা কচ্চরি। ঐঙোন্দগী অরানবা খরা ওইখিবশিং ঙাকপিগনি। ঈশ্বরনা মতম লৈবা খিবিক্তা অদোম নুংঙাইনা থম্বীসনু। পণ্ডিতজীনা চিঠি উবদা ৱাম্থখি। গোমতী কপখি। অদুবু মখোয়গী তেংথাবদা পি তাখিবরা?

❋

# লৈবাকমচা তাবগী দণ্ডি

ইচম চম্বা মীগী মতৌগুম্না শাহজহাঁপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট ইঞ্জিনিয়ার সরদার শিবসিংহদসু অফবা অমদি ফত্রবশিংগী গুন অনীমক লৈখি। অফবনা মহাক্কী মফমদা অচুম্বা অমসুং থৌজালদা কনামত্তা খেন্নবা লৈখিদে। ফত্তবা ওইখিবদি মতম লৈবা খিবিক্তা কল্লকতবা অমদি মশাগী ওইজবা থিদবগীনি। অফবনা মখাথাবা কর্মচারীশিংনা কিদবা অমদি থবক শুনিংদবা, ফত্তবনা মরম ওইদুনা আফিস অসিগী কর্মচারীশিংনা মহাক্কী থৱায়গী য়েক্লবা ওইহনখি।

অয়ুক ওইরম্মী। থোং অমা য়েংনবগীদমক মহাক থৌরাংদুনা লেপ্লমখি। তৌইগুম্বসুং শগোল থৌবা অদুদি হৌজিক ফাওবা নুংঙাইনা তুমখুল হুন্দুনা লৈরমখি। অহিংদু মহাকপু নিংথীজনা চেকশিন্না য়েংশিনহন্দুনা নোংঙানদ্রিঙৈদা গাড়ীগী থৌরাং তৌ হায়না। অদুবু অয়ুক ওইরক্লবসু নুমিৎকী মৈশা ফাওরক্লম্মী অদুবু শগোল পান্নবগী তুম্বদি হৌজিক ফাওবা মীৎকপ থোক্ত্রি।

সরদার সাহেব লেপ্লা লেপ্লা চোকথরদুনা চৌক্রি অমগী মথক্তা ফমথখি। শগোল পান্নবদুনা উচিন নাচিন্না হৌগৎলে, চৎকদবশিংদি লাকত্রি। চিঠী লৌনি হায়না চৎখিবা মখোয় অদুসু লাইগী মন্দিরদগী চরনামৃত লৌবা ঙাইদুনা লৈথোকখ্রে। ঠিকাদার কৌবা চৎখিবদুনা বাবা রামদাসকী সেবাদা গঞ্জা থক্তুনা ফমথখ্রে।

নুংশা য়াম্লা শারম্মী। সরদার সাহেব শাওরদুনা ইমুংদা চংলকখি, অমসুং মাগী নুপীদা হায়খি, নুমিৎ থেঙজিল্লক্লে, হৌজিক ফাওবা চৎপগী অমা ফাওবনসু লাকপা উদে। মখোয়না অসুম তৌদুনা ঐবু ৱাহল্লি।

মাগী নুপীনা ফক্লাংদা ওনশিল্লগা হায়রকখি- পুম্নমকসে মখোয়বু নৱাংহনবগী ফলনি।

সরদার সাহেবনা লাউনা খুমখি করি তৌরুনি? ফাঁসী পীগদবদা মঙ্গ্যুরে? সরদার সাহেবকি তোংনবা গাড়ীদি লায়রদনা ফিটিন (মখোঙ মরি পানথা গাড়ী)

ফাওবা লৈজরমদে। মহাক্তি শগোল গাড়ীনা পামজবা মীওইনি। মনাইশিংনা মদুবু দোলাই অপাইবী হায়না মিংথোল্লি। সহরগী মীনদি মদুবু য়াম্না ইকাই খুম্নবা মিংখে অমা থোল্লুদ্রবা ছকড়া (ষনগাড়ী) হায়না কৌবনা মতিকচায় হায়না লৌনৈ। মতৌ অসুম্না সরদার সাহেব হিরম কয়ামরুমদসু হেন্না চাদিং তৌরমদে। মনাওনুপা অনী এলাহাবাদতা লাইরিক তমহনখি। বনারসতা লৈবা মমা লুখ্রাবী অমসু মহাক্না য়োকখিরম্মী। মচননুপী লুখ্রাবী অমসু য়োকখিরম্মী। অসিগীসু মথক্তা লৈত-লায়র অঙাংশিংবু ছাত্র বৃত্তি পীরম্মী। মরমশিংসিনা মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা নংনা-ৱানা পাল্লি। মাগী ফিজেৎ-চাকচা ফাওবনা নংবগী খুদম তাকলম্মী। অদুবু অৱাবশিং মাইয়োক্ন দুনসু কল্লকমিহৌবা হায়বদুদি মাগী মশাদা পক্লে। মাবু নুংশিজবা মীশকশিংনা মাগী পুকচেল শেংবগী মতৌ অসিদা থাগৎলি অমদি মখোয়না মাবু ঈশ্বরনি হায়না লৌবা য়াওই। মহাক্কী পুকচেল শেংবা মতৌসিনা মখোয়দা করিসু কায়দ্রগা মহাক্না মরী লৈননা থবক তৌমিন্নবা মীওইশিংগী মফমদদি অমাংবা ওইরম্মী। করিনা হায়ববু মাগী নুপীদগী ফাওবা করি করিগুম্বদা য়ানিংদবা ৱাঙাঙ তাখি।

নোংমা মহাক আফিসতগী কুন্নক্লম্মী। মাগী নুপীনা নুংশিনা হায়রম্মী। মহাক্কী পুকচেল শেংবসিনা করি তৌনগদৌরিবা, জগৎ পুম্বনা নঙবু ফত্তে ঙাংনরবদা।

সরদার সাহেবনা পুক্লীংতপ্না খুমখি, জগৎনা ঙাংনিংবা মখৈ হায়জসনু ঈশ্বরনা উবিরিদনা।

রামানা অসুম্না খুমলকনি হায়বসি মাংজৌননা খঙলিবনি। মহাক্না হায়রকই, ঐ নঙোন্দা চীন্দা পাউদানবদি নত্তে, তৌবতবু মশাগীদা পুক্লিংদা ৱাখল খল্লগা য়েংউ নঙগী অচুম্বসিনা মী কয়াদা করি কান্নরি ? নহাক্তি তলব য়াম্না চাউনা ফংলিবনী। নহাক্না থবক তান্নবা তৌদ্রবসু নহাক হিংবা ঙম্লোই হায়বদুদি থোক্ত্রি। নহাক্কী অফংবা তলবতি ফঙখিগনী। লুপা মঙা তরাদা চাজবা চপ্রাসী, মুহোরীশিং, দফ্তরী মরাইবক থিরবশিং করম্না হিংগনি? মখোয়গী মচা মশুশিং হিংলিবনী, য়ুম্বাল কৈবাল লৈজরিবনি। লুহোং - কৈহোংবা, কুম্মৈ-ফিয়োং মখোয়সু তৌদবা য়াদবনি। অফবা মী ওইবনা করিসু কান্নদে। হায়উ, মখোয় করম্না হিংগনি! হৌজিকতা রামদীন চপ্রাসীগী নুপী লাকলম্মী, কপ্না কপ্না মপিদু তাখি। মচানুপীদু মপুং ফারক্লে, লুহোংবা তারি হায়রম্মী। ব্রাহ্মননিনা লুপা লীশিং লীশিং চঙবা তারিবা। হায়রকউ মহাক্কী মপিদু কনাগী মথক্তা তাবা তাগনি।

ৱাফম পুম্নমকসি অচুম্বা ঙাক্তনি। সরদার সাহেবনসু য়াদবা ঙম্লমদে। মহাক্না

ব্বাফমসি কয়ারক হন্না খনগ্নবনি। মরমসিনা মাগী মখাগী মীওইশিংদসু থোৎন-নৌনা ব্যবহার তৌরিবসিনী। ইচম চম্বা অমদি লৈবাকমচা তাবা হায়বসি থব্বায়গী অপেনবা ওইরকই, লন থুমগী মায়কৈদদি মমল ব্বাৎলি। হায়রকলম্মী নঙগী ব্বাদু অচুম্বা ঙাক্তনি অদুবু উপায় লৈতে, ইশাগী শিনফমবু ইশানা করম্না ককথৎকনি। ঐনা তৌবা ঙমববু ঐনা মখোয়গী তলব হেনঙ্গৎহনবা। ঐ ইশামক্লা হুবা, মখোয়বু হুনবা হায়বসিদি ওইথোক্তে।

রামানা নোকক্রেমন্না হায়খি, হাৎতোকপশিংগী মরাল কনানা?

সরদার সাহেবনা শাওরপনা পাউখুম পীখি। মশাগী মরল অমদি লাক্লিবা শেনফম তলবকি ব্বাংমদা খরচ তৌনিংবা মীশিংনা মরাল পুজগনি। অদালী ওইরগা করিগী উকীলগী ইমুংগী মচা লুহোংগে খল্লিবা? ওফিসতা লৈবা দফতরীনা মিনাই থম্বা পান্নবদি পাপ তৌবা নত্তনা করি ওইগনি? ঐগী শগোল গাড়ী থৌরিবগী নুপীনা লুপা মরী শিনিংলবা, মদু মাগী অপঙবনি। লান্না অচাওরম কানিংবগী দায়িত্ব ঐ পুবা ঙম্মোই।

২

ইঞ্জিনিয়ারশিংগা থিকাদারশিংগা লৈনবা মরী অসিদি হয়িংখোইগা লৈশিংগা লৈনবা মরীগুম্বনি। মখোয়গী ফংফম থোকপা শরুক্তগী হেন্না ফংগে হোৎনবদা কনানা মখোয়গী মরমদা ব্বাকৎকদগে? অথুম্বা মহাওশিংগী কমীশন খঙনরিবসিনী। শেনচাবা অমসুং লাইরৈবাক অনীবু মাঙহল্লি। মসিদা অকিবা হুরাম্বা, বদনামী হায়বসিনা লৈরিবনী। কমীশন হায়বসি পুক্লিংহুরবা লৈকোননি। মসিদদি মী লাই কিবগী ব্বাফম লৈতে। মফমসিদা আত্মাদা লোৎলিবা পাপশিং ব্বাখল লৈতে। বদনাম লৈরবা মিৎনসু য়েংবা ঙমদে। মসি বলিদান মপোৎগুম্বনি, হাৎলবা ফাওবা ধর্ম্মগী শরুক অমনি। অসিগুম্বা ফিবমদা সরদার শিবসিংহ মশাগী অরংবা লমচৎপু ফজবা দাগ মক্তনা অমদি মদুদা চাউথোকচবা অসিমক্লা মহাক ঙাকপিবা য়ারবা মীশক ওইরে।

মার্চ থা লোইরমদাইদনি। চীফ ইঞ্জিনিয়ার সাহেব জিলা অদুদা য়েংশিন্নবগী লাকখিরম্মী। মতমসিদা য়ুম কয়াশিং শাবা লোয়শিল্লমদে। লম্বীশিংসু শাথীনা ফৎলমদে। থিকাদারশিংনা লৈপাক, কংকৃক য়ুম অমত্তা থারমদ্রি।

সরদার সাহেবনা নুমিৎ খুদিংগী থিকাদারশিংদা মাংজৌননা খন্নরিবা অদুবু করিসু কান্নখিদে।

নোংমদি মখোয়শিংবু কৌরগা হায়রম্মী নখোয়না পাম্মলিবসি ঐবু জিলা অসিদা বদনাম ওইহনবসিগীরা ঐনা নখোয়গীসু মাংনবা তৌখিদ্রি। ঐনা পান্নবদি নখোয়গী থবক লৌথোক্লগা ইথন্তনা তৌবা য়াই। ঐনা নখোয়বু মাংনবা শিনবা মতিকচাদে খল্লি। মদুগীনি ঐনা দণ্ডি ফংগদৌরিবসি। ফরে।

থিকাদারশিংনা মফম অদু থাদোক্লবা মতুংদা ৱারী শান্নবা হৌরক্লম্মী। মিস্টর গোপালদাসনা হায়রকই-হৌজিক্তি মহাক মরাইনা খুদোংথিবা লাক্লনি হায়বগী ভাব তাজরনি।

শাহবাজখাঁনা হায়রম্মী, উপায় অমা তৌদুনা মাবু হাক্তোক্লবদি মফমসিদা.......

সেঠ চুন্নীলালনা হায়রকখি, চীফ ইঞ্জিনিয়ারদি ঐনা হেন্না খঙনৈ, ঐহাক মহাক্কা থবক তৌমিন্নরকপনি। মহাক্কা মাবু য়াম্না ঠীক তৌবা শোয়দ্রবনি।

মসিদা অহল ওইরবা হরিদাসনা পাউতাক পীখি- নুংশিরবা মরুপসা, ওইজবা থিবগী ৱাফমনি, নত্রদবু মসি তশেংবনি মহাক অসি মী নত্তে, লাইনি। অফবসিবু ওইরমদ্রবদি চহিদা কমীশন ওইনা লীশিং তরাদি কমীশন শোয়দ্রবনি। অমসুং য়ামখ্রবা পৈশাবু ভিক্ষাগী পাত্র ওইনা খনবসি অরায়বা ৱারো? ঐখোয়না অমতা ওইনা শোল খরসিদমত্তা ইজ্জৎ য়োম্ন্থোকলি। অসিগুম্বা পুকচেল শেংবা নুপাসিনা ঐখোয়দগী পাই অমা ফাওবা পামদবা, মখল খুদিংগী অৱাবা খাঙলগা মাগী অনিংবদা য়েংদনা লৈরিবা, মীঙোন্দা পুকচেল পীকপা ৱাঙাং শিজিন্নদ্রিবা ঐখোয়গী লাইওইখিবা নত্তনা করি ওইনি ?

শাহবাজখাঁনা হায়খি - হোয়, মসিদা চিংনবা লৈতে, নিপাসি অফবগী লাইদুত নি।

সেঠ চুন্নীলালনা চীংলেম্না হায়রম্মী সাহেব! নঙনা হায়রিবা ৱাফমদু চুব্বা ,অদুদা করি করিবু তৌবা য়াই অচুম্বনদি থবক ওইবা য়াদে, জগৎসি মীনম শোরিবা নমথাক ঙাক্তনি।

মিষ্টর গোপালদাস বী, এ, ক্লাসনি। নাপলগা লোয়ননা হায়বদা মহাক্লা ফিভম অসুম্না লৈগে খল্লবদি করিগী থবক তৌবা থীবনো? কনানসু খঙদে অফবা লমচৎ ফৈ হায়বসি। মসিমক্লা অতোপ্পা কনাগুম্বগী মফমদা মাঙনিংঙাই ওইবসিদি য়েংবা তাইনা। ঐখোয়না অসিগুম্বা মীশক পাম্মী মশাসু চাবা অদুগা ঐখোয়বুসু পীজবা। মশা মতোমতনা হলুৱা চারগা ঐখোয়বু তলগং পীজবা। লুপা অমগী কমীশন লৌবদা মহাক্কী

মফমদদি মঙা কাল্লগদৌরিবনী। মখোয় অসিগীদি করিনো? মায় অসিনা মখোয়শিংনা পাম্বা তৌখিবা ঐদি মাবু য়াবা ঙমজদে।

শাহবাজ খাঁনা হায়খি-হোয়, অচুম্বা অমদি পুকচেল শেংবা দরকার ওইবা অফবা পোৎনি, অদুবু মসিনা মীগী থব্বায় লৌহনবদি চুল্লা?

অহল ওইরবা হরিদাসগী ব্রাঙাংবু য়ানিংলম্বা কাংবুদু গোপালদাসকী ব্রা তাবদা চুম্মী হায়না তুমিন লৈখি। অশোম্বা থব্বায়শিংগী মফমদা অচুম্বনা ঙানবসি তন্দনগী মওংগুম্বনি।

৩

সরদার সাহেবকি মচানুপী অমা লৈরম্মী। মহাক অসি মেঢ়ঠকী উকিল অমগী মচা নিপাদা লুহোংবগী থাজবা তাখি। নিপামচা লমচৎ ফজবা, শাগৈ জাৎ অফবসু ওইরম্মী। মহাক সবদার সাহেবনা থা কয়া চঙনা, নোংজু নুংশা খাক্তনা লুহোংনবা থিজবনি। ব্রা পুম্নমক লেপ্লখিরম্মী, ব্রারোইপোৎ পুগদবা মঙায়রবনি। ঙসি উকিল সাহেবতগী চিঠি অমা লাকই। মহাক্সু ব্রারোইপোৎ পুবা হায়বসি থাজনবা আশা অমদি হায়নখিবগী মায়োক্তা লেপ্লরে। অহানবদি জিলা অমগী ইঞ্জিনিয়ারগী মফমদা করি মখলগী পোৎশক পঙহায় হায়রুবগী মথৌ ওইদ্রে লৌখিবম্মী, ইচম চম্মা পুকচেল চাউবা উৎথোক্লরুবনি, ইকাই নিংঙাই ওইববা অমগী তুক্কচববা চৎনবীসি মহাক য়াজদবনি। অদুবু য়াম্না থিজিল্লবা মতুংদা সবদার সাহেবকি শেন থুমগী ফিবম খঙলদুনা অউনপোৎকি লেপনবা দবকাব ওইরক্লে। সরদাব সাহেবনা চিংনদনা মখুৎনা চিঠি হাংদোক্লমখি। লুপা লিশিং মঙাদগী তানা লুহোংদবা য়াবোই। হৌজিক উকীল সাহেব য়াম্না ব্রানা অমদি ইকাইনা ব্রাফম অসিদা ফোংদোক্লম্মী উপাই লৈখিদে। উকিল সাহেবকী ব্রাফম অসি ইনবা তাবনি, ইকাইবা অমদি অব্রাবা পোক্লবসু মাগী ইমুংগী অহল অমা ব্রাখল য়াওদবা মশাগী ওইজবদা মিৎ তাংলবা মীশিংগী মপুক্তা তাখিরম্মী। মহাক্কী পাঙ্গল লৈজরমদে , মব্রাসু লৌবিরমদে। ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনা নুংশাশ্বর শাংনা হোলম্মী। আশা পুম্নমক অবেম্বা তাখি। খলম্বনা অমা তৌথোবকপনা অমা! নুংঙাইতনা মহাক কাদা কোয়চৎ চৎলম্মী।

মহাক্না ঙাইহাক্কী মনুংদা চিঠি অদু পুরদুনা ইমুংদা চঙলকক্লে। খল্লকখি চিঠি অসি ময়ামদা তাহনখিবা অদুবু ব্রাখল খলখি। মঙোন্দগী মীনুংশিগী আশা লৈতে।

করিগী ইশাগী অশোনবা উৎথোক্কনি? করিগীদমক অপঙবা ওইগনি? কান্নদবদা মহাক্কা ৱারী শারোই। ৱাখল খল্লগা মহাক মাঙ্গোলদা অমুক হন্না থোরক্লমই।

সরদার সাহেবকি লমচৎ অসি য়াম্না থৌজাল হৈবা মীশক্তি, থোৎলবা থম্মোয়দি খুদোংথীবা মতমদা লেঙদনা লৈবা ওমদে। মহাক্কা অৱাবা অমদি নুংঙাইতনা খল্লকখি। ঐহাক্না করম্বা ফত্তবা থবক তৌরুবনা ওসি ফল ফংলিবনো। চহি কয়া কোয়চেন চেল্লবা মতুংদা থবক অমা মঙ্গল ওইরে, অদুবু মীৎকুপ্তা মাঙখ্রে। হৌজিক্তি মদু ঐগী শক্তিগী ৱাঙমদা লৈখ্রে। ঐনা মদু নীংথিনা ঙাক শেন্না থম্বসু ঙমদ্রে। মায়কৈ মরি অমম্বা ঙাক্তা ঙায়খ্রে। আশাগী মঙাল অমত্তসু উখিদ্রে। মহাক্কী মীৎলু অনী পিনা পুমচোৎ চোৎখ্রে।

মমাঙদা মেজদা থি কাদারশিংগী বিলশিং তাদুনা লৈরি। চয়োল কয়াগী মমাংদগী অসুম্না তাদুনা লৈরক্লিবনি। সরদার সাহেবনা মখোয় অদুবু হাঙদোক্লুবা তৌখিদে। হাঙদোক্তুনা য়েংলুদে। ঙসিদি থৱায় নুংঙাইতবা অমদি নীংবা কায়বগী ফিভম অসি লাক্লবদা মহাক্না বিলশিংদু খৌরাংলবা মীৎয়েংদা য়েংখি। ইঙ্গিৎ খরদা খুদোংথিবা পুম্নমক কোকহল্লবা য়াবনি । চপ্রাসী অমদি কেরানী খুদিংমক ঐনা হায়বা য়াগনি। মচিন কাঙলপকি ৱাঙাং লৈতে, ঐঙোন্দা ইকায়বা নংগদবসু লৈতে। ৱাখলশিং অসি য়াম্না য়াওদ্রে, মদুদি মহাক্না তশেংনা বিলশিং অদু লৌখৎলগা মুন্না য়েংখি অদুগা কয়াম ফংবা য়াবগে হায়বগী হিসাব য়েংখি।

অদুবু থুনমক মহাক্কী আত্মানা মহাকপু মীৎকপ থোকহল্লম্মী। ঐ কয়াদা চুমদবা ৱাখল চুরুরবা? ঐনা পুন্সি চুপ্পগী তাঞ্জরক্লবা থম্মোয়গী অশেংবা লনবু শুপ্পগী শেল খরগীদমক কৎথোকপা তারবা? ঐনা মরুপ মপাংশিংগী মমাঙদা নাপল তৌদুনা চৎচরম্বা, কার লোইবা ইচিন ইনাওশিংনা ঐগী মফমদা মমীৎনা হনঙ্গৎনা য়েংবা ঙমনদবা, ঐনা ঙসি ইশাগী ইজ্জৎতা, লেমজরম্বা ইশাগী থম্মোয়গী লন অদুবু ঙসি লুপা লীশিং মঙা তরাগীদমক্তা থাদোকপা তারবা? মসি কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্রোই।

ফত্তবা ৱাখলনা খুদুম চল্লম্বা, মিৎকুপ খরদা জয় ওইরকখি, অচিকপা কা অদুদা খেক্লা খেক্লা নোকখিরম্মী। মাগী মীনোক অদু বিলডিং অমদি কা[illegible] ফক্লাংশিংনা তারমদবদি য়াই অদুবু থৱায়নদি থাঙ্গেশেংনা তাখি। আত্মাবু অরুবা পরী[illegible] অমা মায় পাক্লবদা মহাক্না হেন্না নুংঙাইজখি।

সরদার সাহেবনা বিলশিংদু লৌখৎলগা টেবল মখাদা থাদখি। অদুগা মখোঙনা চবেৎ-চবেৎ নেৎশিলখি। মায়পাকপগী মোমোন নোক্লদুনা মহাক ইমুংদা চঙখি।

৪

অচৌবা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবতুনা হায়নখিবা মতমদা শাহজহাঁপুরদা থুংলখি। মহাক্কা লোয়ননা সরদার সাহেবকি লাইবক থিবসু লাক্লে। জিলাদুগী থবক পুম্নমক লোইশিন্দনা লৈবা উরে। মহাক্কী ট্রেজররনা হায়রম্মী, হুজুর! করম হায়না লোইনি? সরদার সাহেবনা থিকাদারশিংবু য়াম্না ৱাহল্লে। হেড ক্লার্কনসু আফিসকী হিসাবতা অশোয়বা অমদি অক।ওবশিং থম্বা কয়া থেংনরে। মখোয়দা সরদার সাহেবকি মায়কৈদগী পার্টি তৌখিবসু লৈতে, খুদোল পোৎ পীখিবসু লৈতে। মখোয়না অরানবশিং পুথোকফম থোকত্রা সরদার সাহেবকি মরীমতাসু নত্তে।

জিলাদুগী থিকাদারশিংনা মমল য়াম্বা লৈ চরোং অমা লৈতেংলে অদুগা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকি মনাক্তা লাকখি। মখোয়না হায়খি, ইবুংঙো, ননাইশিংবু নোংমৈনা কাপথোকপীয়ু, অদুবু সরদার সাহেবকি ওৎপা নৈবা হৌজিক খাঙবা ঙমজদ্রে। হায়বদুদি কমীশন লৌদে, তশেংবা হংলবদি থৱায়দি লৌরে।

চীফ ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনা ইন্সপেক্টসনগী মতাংদা ইরমখি - " সরদার শিবসিংহ য়াম্না পুকচেল শেংবা মীশক্নি। মাগী লমচৎ ফজে, অদুবু অসুক চাউবা জিলাসিগী থবক্তি পুবা ঙমদে।"

মসিগী ফলনা মহাক অপিকপা জিলা অমদা ট্রান্সফর তৌবিরে অদুগা মফমসু হন্থহনখ্রে। সরদার সাহেবকি মরুপশিং অমদি মাবু নুংশিবীবশিংনা অচৌবা চাকলেন অমা থৌরাং তৌরম্মী। মসিদা মাগী ধর্ম্মদা থাজবা, অমদি নীংতম্না হিংবগী পামজবা অদু থাগৎনখি। সভাপতি মমিৎতা পি তারদুনা, অনিকপা খোঞ্জেলদা হায়খি - সরদার সাহেবকা কায়নবগী অৱাবসি ঐখোয়গী থম্মোয়দা মতম চুপ্পগী অৱাবা ওইরদুনা লৈহৌরগনি। অশোকপা অসি কৈদৌঙৈদসু ফবা ঙম্লরোই।

অদুবু কায়নবগী চাকলেনদদি খাঙলে, হাউর - হাউরবা অচা-অথকশিংগী মমাঙদা কায়নবগী অৱাবা অসি খাঙবা ঙমদবদি লেপখিদে।

থাদোক্তুনা চৎকদবগী শেম শাবা লোইরে। সবদার সাহেবনা পার্টিদগী হল্লকপদা রামানা মাবু য়াম্না নীংবা কায়বা অমদি মায়থোং লাঙশিন্না উখি। মহাক্না হন্না হন্না হায়খি - অচৌবা ইঞ্জিনিয়ারগী ট্রেজররদা পৈশা পীজৌ, হেড ক্লার্কপু চাক কৌ অদুবু সরদার সাহেবনা মাগী নুপীগী ৱা লৌখিদবনি। মরম অসিনা ফম হন্থরে অমদি



ট্রান্সফর তৌরে, মহাক্কী নুপীনা তাবগা মপুরোইববু করেম্নখি। অদুবু মতমসিদা মহাক্না ফংবা ইরাল মহাক খাওবা ঙমলমদে। হায়রকলম্মী, কৈদৌবগী নুংঙাইত্রিবনো? সরদার সাহেবনা পাউখুম পীখি, করি তৌনি? নোক্কদ্রা? রামানা চিংলেম্না হায়রক্লম্মী, নোক্কদবনি। কপকদবদি মহাক মশানা শেল লুপা অমগীদমক্তা মশাগী আত্মাবু লৈখা তাহল্লবা, মশাগী ধর্ম্মবু শেলগীদমক য়োম্থোক্লবা। মসি ফাওবা তৌবগী দণ্ডি নত্তে। মসি অফবা তৌবগী অমদি পুকচেল শেংবগী দণ্ডিনি। মসি থোইনা হরাওনা খাওগদবনি।

মসি হায়রগা মহাক্না মপুরোইবগী মায়কৈরোমদা য়েংখিবদা মীৎলুদা শেংলবা নুংশিবগী ঈরানা থুমহৎলম্মী। সরদার সাহেবনা মাগী মায়কৈদা নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংবিরম্মী। মহাক্কী ফনবা থম্মোয়গী মবেম্মগী থম্বাল মানবা মায়থোঙ অদু শাৎকায়রম্মী। মাবু কৌশিল্লগা হায়রম্মী রামা! ঐহাক নহাক্কী মীনুংশি অদুতনি দরকার ওইরিবসি, হৌজিক ঐ দণ্ডি অসি হরাউনা খাওগনি।

❋

# পঞ্চ পরমেশ্বর

জুম্মন শেখ অমসুং অলগূ চৌধরী লুনা তিন্নবা মরুপ ওইরম্মী। শরুক পুন্না লৌ উমিন্নখি। লৌথোক লৌশিনসু তৌনরম্মী। অমনা অমবু অহোংবা লৈতনা থাজনখি। জুম্মননা হজ চৎপা মতমদা মাগী ময়ুমদু অলগূ গী মফমদা য়েংশিন্নবা শিন্নরমখি অমদি অলগূনা করিগুম্বদা অথাপ্পা লংফৈ চৎপা তারবসু জুম্মনদা মাগী ময়ুমদু শিন্নরম্মী। মখোয় অনিগী মরক্তা চাব-থকপগী ব্যবহার ঙাকপগী নিয়ম লৈরমদে, ধর্ম্মগী ৱাফম লৈনদে, শুপ্নতগী ৱাখল মান্নরম্মী। মরুপকী মতৌ ওইবগী মরুওইবা মন্ত্র হায়ববু মসিনি।

মবানী লুনা তিন্নবা মরুপ ওইখিবসি মখোয় অনিনা অঙাং ওইরিঙৈদা জুম্মনগী মপাবুং জুমরাতীনা মখোয় অনিবু লাইরিক তম্বীখি। অলগূনা ওজা ইবুংঙোগী সেবা য়াম্না নীংথিনা তৌখি। পুখম কয়া ফেংলকখি, তেঙ্গোৎ কয়া চাম্মকখি। ওজাগী হিদাকফু অদুনা মীৎকুপ অমা ফাওবসু পোখাহনখিদে। মরমদি হিদাক ঙাম্থক অমা হানবা খুদিং পুণ্থায় অমা চঙখি অমসুং লাইরিক তম্বদগী নাম্থোকখি। অলগূগী মপাবুং অসি থায়নগী ৱাখল্লোনগী মীশক ওইখিরম্মী, মহে মশীং তম্বদগী মহাক্না ওজাগী সেবা তৌবনা অথোইবনি হায়না থাজরমখি। মহাক্না হায়খি মহে হায়বসিদি তম্বতনা হৈগদবা নত্তে, গুরুগী থৌজানতনা হৈগদবনি। অদুনা মহে তম্বদা গুরুগী থৌজান অমা চঙ্ডী। মরম অদুনা অলগূগী মফমদা জুমরাতী শেখকী থৌজান নত্রগা অফবা সঙ্গগী ফল ফংদ্রবসু, মহাক্না পেনজরিবদি মহে তম্বগীদমক মহাক্না ঙম্বা মখে হোৎনখি হায়না ৱা অমত্তা ওইনা পেনজখি; মহে হায়বসি মহাক্কী মরাইবক্তা তমলমদ্রববু করম্না হৈগদৌরিবনো?

জুমরাতী শেখ মশামক্তি ওজাগী থৌজানগী ৱা লৌরমদে। মহাক্না মশাগী চৈ অচৌবা অসিদা হেন্না থাজরম্মী চৈ অচৌবা অসিগী মপাঙ্গলতনা ঙসি মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গংশিংদা জুম্মনবু পুজা তৌনরম্মী। মহাক্না ইরকপা কোপিকী দলিন নত্রগা লৈবা য়োনবগী দলিনদা সরকারগী কেরানী ফাওবনসু ইবা ঙমলমদে। খুঙ্গংগী

ডাকপিওন, কনস্তেবল অমদি তহসীলগী চপ্রাসী ফাওবা মহাক্কী থৌজানগী মীৎয়েং অপাম্বা লৈখি। মরম অসিনা অলগূবু মীয়াম্মা ইকাইখুম্নবগী মতাংদি মাগী মরল মথুম য়াম্না লৈবদুগীনি, অদুগা জুম্মন শেখপু মীশিংনা ইকাইখুম্নরিবগী মরম্না মাগী মমল নাইদ্রবা মহৈ অদুগী মপান্দগীনি।

## ২

জুম্মন শেখক্কী অহল হনুবী মন্দোমচা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী লন থুম খরা লৈজরম্মী, মহাক্কী মরীমতাশিং লৈজরমদে। জুম্মনন্না হেন্না ৱাশক্নুনা মন্দোমচাগী মরল অদু মহাক্কী মমিংদা পানশিনখিরম্মী। মমিং মথা ওন্দ্রিঙৈগী মতমদা মন্দোমচাবু লুনা তৌরম্মী। অহাউ অহাউবা চিঞ্জাক পীজরম্মী। হলুৱা-প্লাউ হৌদুনা মরাং কায়না পীজরম্মী। মমিং ওন্থোকখিবদগী নহানমখৈ লুনা সেবা তৌরম্বা পুম্নমক সীল নম্বগা পাংখক ওইখ্রে। জুম্মন সেখকী নুপী করীমননসু চাক চাবা মতমদা থম্মোয় শোকপা অথিবা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাংবা হৌরকখি। জুম্মন শেখসু নুংশিহৈতবা মীশক ওইরক্লে। হৌজিক্তি লাইবক থিরবী মন্দোমচাদু নুমিৎ খুদিংগী অকনবা অয়াকপা ৱাঙাং তাবা ফংলক্লে।

হনুবী অসি কৈদৌঙে ফাওবা হিংদুনা লৈখিগনি হায়বসু খঙদে। লৈহাও য়াওদবা অনী-অহুমগী লম পীরবনি খন্দুনা মানা ঐখোয়বু লৈরবগুম খল্লে। তলগা নিংথীনা চাউ হায়বসু য়াদে। মাবু য়োক থাকপদা চঙখিবা পৈশাশিং অদুনা পুনশিল্লবদি হৌজিক্তি খুঙ্গং অমা লৈবসু য়াররনি।

নুমিৎ খরদি খালাজাননা ৱাহৈশিং তাদুনা খাঙখি, খাঙবা ঙল্লকত্রবদা জুম্মনদা ৱাকৎলকখি। জুম্মনন্না ৱাফমদু য়ুম্নুরেম্বী খুজিল থৌরাং তৌরিবী অদুগী মায়োক্তা খুৎ থিংজিনবা ওইগনি খন্দুনা তুমিন লৈশিনখি। অসুম্না হনুবীদু নুমিৎ খরদি উপায় তৌদুনা ৱানা লেনখি। মমৈদা নোংমদি খালাজান্না জুম্মনদা হায়রক্লম্মী, ইচানুপা! নহাক্কা লোয়নন্না ঐহাক লৈনিংদ্রে। নহাক ঐঙোন্দা পৈশা ওইনা পীরো, ঐ ইতোমতা তোঙান চারগে।

জুম্মনন্না নুংশিদবগা লোয়নন্না পাউখুম পীখি -" পৈশা কদায়দগী পীগনি?" খালাজান্না তোম্থুনা তপ্না হায়খি, ঐহাকসিবু অরেম অখাক খরা চাহৈদ্রবরা? জুম্মনন্না চীংলেম্না হায়খি, ইন্দোমচানা অশিবগা খৎনরগা লাক্লবনিনা শিররোই হায়বসি ঐদি নহানখৈ খঙদ্রি।

খালা মপুক্লিং ব্রারৌখিরম্মী। মহাক্লা পঞ্চায়ত্তা ব্রাকৎলগনি হায়না ধমকা তৌখিরম্মী। জুম্মন নোকখি, মদুদি শাফাবগী লাংদা শজিনা চেনশিনলকপা উরগা মপুক্লিংদা নোকপগুম। মহাক্লা ঙাংখি, হোয় শোয়দনা পঞ্চায়ত্তা ব্রাকৎলু। ব্রায়েলহল্লু, ঐহাক অহিং নুংথিলগী খৎন-চৈনবা অসি কয়া পামদে।

পঞ্চায়ত্তা কনাগী মায়পাকপা ওইগনি হায়বসি জুম্মননা করিসু চিংনরমদে । খুঙ্গংগী অকোয়বদা লৈরিবশিংনা মহাক্কী মীনুংশিগী লমন তোনদবা মী কনা লৈরিবগে? মঙোন্দা য়েক্লবা ওইবগী থৌনা ফবা ওইনা মঙোন্দা মায়োক্লবগী থৌনা কনানা ওইগনি ? স্বর্গগী লাই ফাওবা পঞ্চায়ট তৌবদি লাক্লবোইনা!

৩

মসিগী মতুংদা নুমিৎ কয়ানি চঙনা খালানা মখুত্তা চৈশু শুরদুনা অকোয়বদা লৈরিবা খুনশিংদা কোয়চেন চেনখি। মখ্বাং কোন্থরদুনা লীরুংগুম কোনবীনি। খোঙথাং অমমম থাংদুনা অথাপ্পদা চৎলম্মী অদুবু তঙায়ফদ্রবা মতাং লাক্লে, ব্রাফমগী অতাবী অমা লেপথোক্তবা য়াদ্রবনি।

হনুবী অদুবু অব্রাবগী মমিত্তগী পি চেন্থবসি উদবা মী কনামত্তা লৈবম্লোই। কনাগুম্বনদি মচীন্দা হোয় হোয় হায়রগা হনখি। কনাগুম্বনদি হৌজিক্কী মতমবু থীনা চৈবদুনা হায়খি- “কব্রদা মখোঙ তিংথোক্লবনি, ঙসি শিনি হয়েং শিনি খঙদে, অপাম্বগী শরুক লৈত্রে। নঙবু হৌজিক করি পান্নিবনো? নবুক থন্না চাউ, অল্লাহ মিংথৈ শোল্লু। হৌজিকপু লৌ ইংখোলগী করি খল্লিবনো?” কনাগুম্বা ভদ্রলোকশিংনা মঙোন্দা ফাগী জুগাইসু তৌবিরম্মী। “মখ্বাং কোল্লবী, , খজাই কংশিল্লবা মায়থোং, চোইজান্নরবা শম, মহাকপু হন্না য়েংবদা নোক্লীংবগী মশক করিগী ওইদনি!” অসিগুম্বা অচুম্বা পাম্বা থৌজাল, লাইরববু নুংশিবা মীশক য়াম্না ব্রাৎলম্মী। মখোয়না মরাইবক থিরবীগী অব্রাবদু মুন্না তাবিবা অমদি মাবু থেমজিনবীবা তৌবিরমদে। মায়কৈ মরী কোইরগা মরাইবক থিরবী অসি অলগূ চৌধরীগী মনাক্তা লাক্লম্মী। চৈশু থাদরগা নুংশা শ্বর হোনদোক্লগা হায়রক্লম্মী - ইবুংঙো! নহাকসু ঐগী পঞ্চায়ট তা মীৎকুপ অমত্তং লাকউকো।

অলগূ - ঐহাকপু কৌরগা করি তৌদৌরিবনো? খুঙ্গংগী মীশিং লাক্কদবা লৈরিসিদি।

খালা - ঈশ্বরগী অব্রাববু পুম্নমক্কী মমাংদা কপতুনা হায়খিবনি। হৌজিক লাকপা লাকতবা হায়বসিদি মশা মশাদা লৈবে।

অলগূ - লাকপবুদি লাক্কে অদুবু পঞ্চায়টতদি ৱা ঙাংজরোই।

খালা - করিগীনো ইবুংঙো?

অলগূ - হৌজিক করিগী পাউখুম খুমগনি ঐগী অপান্বা! জুম্মন ঐগী তিনরকপা মরুপনি। মাগী কায়নবা ঐহাক তৌবা ঙমলোই।

খালা - ইবুংঙো, করম্বা অকিবা লৈদুনা অচুম্বা ৱা হায়ররোইদ্রা?

ঐখোয়গী ধর্ম্ম জ্ঞান লম পুন্নমক মাংখ্রবদা শাস্ত্র অসি করি অমত্তা খঙদে; তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা থৌগৎপা মতমদদি জ্ঞান খংতা তারকই। অদুগা মঙোন্দা জয় তৌবা ঙমদে। অলগূনা ৱাহং অসিগী পাউখুম পীবা ঙমখিদে অমসুং খালানা ঙাংখিবশিংদু মহাক্কী থম্মোইদা অদুম ঙংদুনা লৈখ্রে। "করি অশোইবগী কিবনা ধর্ম্মগী অচুম্বা ৱা ঙাংঙোইদ্রা?"

৪

নুমিদাংৱাইরম উ অমগী মখাদা পঞ্চাযট ফমলম্মী। শেখ জুম্মননা হান্নদগী লৈমায়দা ফিদা থারম্মী। মহাক্না ক্বা, ইলায়চী, হিদাকপুনচিংবা থৌরাং তৌদুনা থমখিবম্মী। মহাক মশামক চিংনবা লৈতনা অলগূ চৌধরীগা লোয়নননা খরা লাপলপনা ফমলম্মী। পঞ্চায়ট মফমদা লাক্লিবশিংবু নোল্লুক্না সলাম তৌরদুনা মহাক্না তরাম্না ওকলম্মী। নুমিৎ তারকপদা পঞ্চায়ট ফম্লিবা উগী মথক্তা উচেকশিংনা নুংশিরবা মখোল খোংলকপদা মীনা ফম্বা হৌরকখি। থারিবা ফিদাদুগী মীনা কৃক্ কৃক্ ইন্নখিরম্মী, অয়াম্বনা অয়েংবা ভাবোক ওইরম্মী। বার্ত্তন ফংলিবশিংনা মখোয়না জুম্মনদা লমন খুম্নীংবগী তাঙ্গা ঙাইবা মী কাচিন অমদা মীওই ঙাক্তা তিলম্মী। শমককপা অমনা তত্তনা ঙাম্বক্কী হীদাক্তু চিংলম্মী। কারিবা মৈখুদু অকংবা শম্বী চাকপগীরা নত্রগা হীদাক ঙাম্বক চিংবদগীরা হায়বা অরেপ্পা খঙবা ঙমখিদে। অঙাংশিংনা য়েৎ-ওইগী মায়কৈদা কোয়চেন চেল্লম্মী। কনা অমনা অমবু খৎন-চৈনবগী ৱাঙাং ঙাংনরম্মী, কনা অমনা কপলম্মী। মায়কৈ মরীমক ইরাং লাংলম্মী। খুঙ্গংগী হুইশিংনা মীয়াম পুন্না লৈববু অচা-অথক চানবগী থৌরাং ওইরবোই খন্দুনা মপৈ মপৈ পুল্লম্মী।

পঞ্চশিং ফমলম্মী, হনুবী খালানা মখোয়গী মফমদা নোল্লুক্ন হায়খি ।

" পঞ্চো! ঙসি ফাওবদা চহি অহুম শুরে ঐনা ইশাগী ললথুম ইচেগী মচানুপা জুম্মনগী মমিংদা পানবিখ্রে। মসি ময়াম্মা খঙবিরব্লগনি। মহাক্না ঐনা হিং লিঙৈদা চানবা চীঞ্জাক শেৎনবা ফিরোল পীবা হায়না য়ানখি। চহিচুপ্পা ঐনা মহাক্না লোয়ননা কপ্পুনা লেপ্লে। হৌজিক নুমিৎচুপ্পা কপ্পুনা লৈবসি খাঙবা ঙমলক্লে। ঐহাক চাবা ফংদ্রে, শেৎনবা ফি ফংদ্রে। ঐদি হন্না য়েংবদা উপায় লৈত্রবী লুখ্রাবীনি। লৌরুং শঙদা ঐদি চৎপসু ঙমদ্রে। নখোয় ময়াম নত্তনা কনাদা ঐগী অৱাবসি লীরুগনি? নখোয়না ঐগী লম্বী তাকউ, অদুগুম্বা লম্বীদুদা চৎচগে। ঐঙোন্দা কনাগুম্বনা অরানবা থেংনরবা ঐগী ইমায়দা খুবাক্না থাউ। জুম্মনদা অরানবা লৈরমলগনা মাবু ভাব তানবা ৱারকউ। ময়াম্মা ৱারকপিয়ু। করিগীদমক উপায় লৈত্রবা ঐবু অৱাবা তাহল্লিবনো। তাবিরম্বা য়াথং অদো ইকোক্না হাপচগনি।"

রামধন মিশ্র, জুম্মননা মাগী খুঙ্গংদা লৈহনখিবা, হায়রকই - জুম্মন মিয়া মীওই কনাবু পঞ্চ ওইহনসি হায়বগে? হৌজিক য়ান্নবা লেপথোকসি। পঞ্চনা হায়বা ৱাফম খুদিংমক ইনবা তাবনি।

মতম অদুদা তিল্লিবা মেম্বরশিংগী মরক্তা জুম্মনগা মরম অমা নত্রগা অমদগী য়ান্নদবা মীনা অয়াম্বা ওইখিরম্মী। থোইদোক্না অকায়বা মীওইশিংনা। জুম্মননা হায়রকলম্মী - পঞ্চশিংগী মফমদি অল্লাহগী হুকুমনি। খালাজাননা অপাম্বদু তৌসনু ঐঙোন্দা করিমত্তা লৈতে।

খালানা লাউরগা হায়খি- হে অল্লাহগী অচানবশা! পঞ্চগী মীদু হেক হায়বদি কৈদৌবগে? নংনা হায়গদৌরিবা মীশিংদু কনা কনানো হায়বা ঐবু খরা খঙহৌনিদনা।

জুম্মননা শাউনা হায়খি, হৌজিকমক্কী ওইনদি ঐগী ইচিন অসি ঙাংররোই। ইন্দোমচানা তৌবদু অদুম তৌবিয়ু ওইহন্নীংবা ওইহল্লু।

খালাজান জুম্মনগী অয়াকপা ৱাদু খঙখিরম্মী, মহাক্না হায়রকলম্মী - ইচানুপা, খুদাগী মফমদা কিয়ু, পঞ্চ হায়বসি কনাগী মরুপ, কনাগী য়েক্লবা নত্তেদো। নহাক্না কনাদসু মরুপ থাজদ্রবদি অদুম তৌজৌ; অলগূ চৌধরীবু নঙ য়ানিংলেদনা? ঐহাক মাবু সরপঞ্চ ওইনা হাপ্লবনি।

জুম্মন শেখ হরাওবনা লোইরম্মী, অদুগা ৱাখলদা লোৎশিল্লগা হায়রকলম্মী - অলগূবু ফৈ, ঐদি রামধনমিশ্র অলগূসু খেন্নবা লৈতে।

অলগূনা খৎন চৈনবগী ৱাথোক কয়া অসিদা য়াওবা পামলমদে। মহাক্না মফম অদুদগী নাম্থোকপা পামলম্মী। হায়রকখি খালা, নহাক্না খণ্ডলিবদুনি ঐদি জুম্মন হায়বসি হেন্না তিন্নবা মরুপনি।

খালা চীংলেম্বা ৱাহৈদা হায়রকখি - ইচানুপা, মরুপকীদমক কনাগুম্বগী ইজ্জত য়োনদে, পঞ্চকী থম্মোইদা অল্লাহ লৈবনি। পঞ্চকী মচিন্দগী ঙাংথোরকপা ৱাহৈ খুদিংমক খুদাগী মায়কৈদগী ঙাংথোরকপনি। অলগূ চৌধরী সরপঞ্চ (পঞ্চ মকোক) ওইরে। রামধন মিশ্র অমদি জুম্মনবু য়ানিংদবা মীশিংনা হনুবী অসিবু মপুক্লিংদা য়াম্না ৱারৌখি।

অলগূ চৌধরী হায়রকখি - জুম্মন শেখ! ঐ অমসুং নহাক থায়নগী মরুপনি। করিগুম্বা থবক অমা লাকপদা নহাক্না ঐগী মতেং পাংবি। ঐহাক্না করিগুম্বা থোকপদা নংগী সেবা তৌরি। হৌজিক নঙ অমসুং হনুবী খালা অনীমক ঐগী মীৎয়েং চপ মান্নে। নহাক্না পঞ্চশিংগী মফমদা হায়নীংবা ৱা লৈরবদি হায়উ।

জুম্মননা মপুংফানা পুক্লিংদা থাজরম্মী হৌজিক ৱা ঙাঙননবগী পালি লাক্লে। অলগূনা ঙাংলিবশিং অসি হায়দ য়াদবগী মপান্থোংদা হায়বিরকপনি। মরম অদুনা জুম্মননা ইংনা তপ্না হায়রক্লম্মী - পঞ্চো, চহি অহুম শুরে খালাজাননা মাগী মরল মথুম ঐগী ইমিংদা দান ওইনা পীবিরকখিবা। ঐনা মহাকপু পুন্সি চুপ্পা মাগী চানবা চীঞ্জাক শেৎনবা ফিরোল পীগনি য়াখি। খুদানা সাক্ষিনি। ঙসি ফাওবা খালাজানবু ৱাহন্দ্রি। ঐনা মাবু ইমামক্লি খল্লি। মহাক্কী সেবা তৌবনা ঐগী ইথৌনি। অদুবু হোয় নুপীশিংগী মরম্না মহাক্না পুক্লিং নুংঙাইনদবদি খরা লৈ; মসিদা ঐগী করি তৌগদবনো? খালাজান ঐঙোন্দগী থা থাগী খরচ তোঙান্না পিনবা হায়রি। ইন্দোমচাগী লম অসি কয়াম য়াম্বনো হায়বসিদি পঞ্চশিংনসু অদুম খণ্ডবিরবনি। পঞ্চশিংদা লোৎপসু নত্তে। মসিদগী হেন্না কান্নবসু নত্তে - থা থা খুদিংগী খরচ পীবসু দান-পত্র অদুদা য়াওদে; নৎলমদ্রবদি ঐহাক কাওদুনা মসিগুম্বা বেরা শিকা অসিদা চেন্নজরম্লোইদবনি। ফরে, ঐগী হায়জনীংবা লোইরে। মসিগী মতুংগীদি পঞ্চশিংগী অধিকারনি, অপাম্বা ৱারেপ তৌবিরো।

অলগূ চৌধরী মতম লৈবা খিবিক্তা তৌদ য়াদবা থবক হেক হেক লাক্লম্মী। মরম অসিনা মহাক মপুং ফারবা আইনবু খণ্ডবা অমা ওইখি। মহাক্না জুম্মনদা ৱাহং হংখি। ৱাহং অমমমনা জুম্মনগী থম্মোইদা নুংথংনা য়ৈরদৌনা চৈথেং ফংখি। রামধন মিশ্রদি ৱাহংশিং অসিদা ইঙক ঙকখিরম্মী। জুম্মননা ঙকখি মদুদি অলগূসি করি তৌগ্রবনো! হৌজিক্তা অলগূ ঐগী ইনাক্তা ফমলম্লগা অদু-অদা তৌরগা ৱারী শান্নরম্বনি। কয়াম কুইনা অসিগুম্বা অশোয়বা ওইখিনি মদুদি ঐবু মরু ফংনা ফুক্তোক্লগা মাংহল্লগে

খল্লমানে। মানা ঐগী ইথক্তা কয়াম কুইনা লমন খুন্বা পাল্লিবনো খঙবা ঙমদ্রে। মতম অসুক কুইরবগী তিন্নরকপা মরুপসিনা করিসু কান্নদ্রবকো?

জুম্মন শেখকী পুক্লিংদা মওল-মওল খল্লিঙৈ মতমদুদা অলগূনা ব্রারেপ লাউথোবকখি -

জুম্মন শেখ! পঞ্চশিংনা থৌদোক অসিদা মুন্না খন্নরে। নহাক নীতি-নিযম অসি খঙঙু মদুদি খালাজানবু থা থাগী খরচ পীবা তাই। ঐখোয়গী ব্রাখলদা খালাজানগী লম অদুদগী থোক্লকপা পোৎথোক চাথোক্লা মঙোন্দা থা থাগী খরচ শোয়দনা পীবা ঙম্মী হায়না লৌই। মসিনী ঐখোয়গী ব্রাবেপতি। করিগুম্বদা নহাক্লা খরচ পীবসি য়ানিংদ্রবদি মিং ওনখিবা দান-পত্র অদু ককথৎলে হায়না লৌবগনি।

৫

ব্রাবেপ অসি তাবদা জুম্মন তুমিন্না লৈখি। মহাক্কী মরুপমকনি, যেক্লবগুম থবক তৌরে, থৌবিদা ছুবি থিল্লে, মাঙনবা মতমনা পুবকপা অহোংবা নত্তনা কবি হায়নি! তিন্নবা মরুপনি থাজরুবা মহাক্লা চিববা মতম লাকপদা নমথাক তৌরবা! অসিগুম্বা মতাংদনি লৌনম্বা অচুম্বা মরুপ মশক খঙদোক্লবা চাংযেং হেক হেক তৌরিবা। মসিমক কলিযুগকী মরুপকী মতৌ! অসিগুম্বা মীনম শোবিবা অসি মীওইবনা তৌরমদ্রবদি লৈবাক অসিদা খুদোংথিবা অৱা অনাশিং অসি করিগী থোক্লগনি? কোলেরা প্লেগ অসিনচিংবা লাযনাশিং অসি ফত্তবা থবকশিংনা থোকহল্লিবনি।

বামধন মিশ্র অমদি অতোপ্পা পঞ্চশিংদি অলগূ চৌধবীগী অচুম্বা নীতিবুদি পুকচেল শেংনা থাগৎনখি। মখোয়না হায়খি - মসিনা পঞ্চাযট হায়বসি তোঙান-তোঙান্না অচুম অবান খাযদোক্লুনা মহাক্লা ময়েক শেংনা ব্রায়েললেদনা। মরুপনা মকপকি ব্রাফমনি, তৌইগুম্বসুং ধর্ম্মগী পালন তৌবা হায়বসি মরুওই। অসিগুম্বা অচুম্বা তৌবগী পাঙ্গলনা ঙসিগী পৃথিবী অসি লৈরিবনি। নত্রবদি ঙসিগী পৃথিবী অসি লৈরম্লোইদবনি।

পঞ্চায়টতা ব্রারেপ অসিনা অলগূ অমসুং জুম্মন অনীগী মরুপ ওইবগী অচেৎপদু তৎখিরম্মী। হৌজিক মখোয় অনী ব্রারী ব্রাতায় শান্নখিদ্রে। হৌখ্রবা মতমগী মরুপ ওইবগী উপালগুম্বা অচুম্বা অদু নুংশিৎকী শাহুম মচা অমা ফাওবা খাঙবা ঙমখিদ্রে।



থাঙ্গেশেংনা উপাম্বী অদুদি লৈঙোই লমদা হৌবা পান্বী ওইরম্লে।

হৌজিক্তি মখোয় অনী অদু লৈবাক মচা তাবা ব্যবহার অমদা তিন্নখিরম্মী। অমনা অমবু লুনা তরাম্না তৌনরম্মী। মখোয় অনী তিন্নে উন্নেদি হায়ববু থাওগা চুঙ্গোইগা থেঙ্গায়নবগুম্বনি।

মরুপকী পুকচেল মকপা মতৌদুনা জুম্মনগী পুক্লিংদা নুমিৎচুপ্পমখৈ লৈতাখিদে। জুম্মননা করম তৌনা অমুক্তং লমন খুম্বগী খুদোংচাবা ফংলক্কদগে হায়না মতমচুপ্পদা খনবদা অৱাবা ওইখিরম্মী।

৬

অফবা থবক্কী ফল ফংবদি মতম কুইনা চংঙী। অদুবু ফত্তবা থবকশিংগী ফলদি ৱাফম অসি ওইদে। জুম্মনগীদমক লমন খুম্নবগী তাঞ্জা থুনমক লাকখি। হৌখিবা চহিদা অলগূ চৌধরীনা বটেসরদগী (আগরাদা লৈবা যমুনা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা শা-ষনগী মেলা পাওথোকফম অমা) ফজরবা ষন লাবা জুড়া অমা লৈখি। ষন মেলাদগী ষন লাবশিং অসি নোংচুপকি ষন জাৎ ফজরবা মচি শাংনা হৌই। থা কয়ামরুম অনকপাখুঙ্গং মনাক্তা লৈবশিংনা ময়ুমদা য়েংবসু লাকখি। লাইগী নোংদমদগী জুম্মনগী পঞ্চায়ট ফম্বগী থা অমগী মতুংদা ষন লাবা জুড়াসিগী ষন নামা শিখি। জুম্মননা মরুপশিংগী মফমদা হায়খি - মসি নমথাক তৌরুবগী দণ্ডি ফংলিবনী। মীওইবনা মশাগী পাঙ্গন্না অরানবশিং তুমিন্না তৌজরবসু, খুদাদি অফ-ফত্তা পুম্নমক উরিবনি। অলগূসু চিংনখি মদুদি জুম্মননা ষন শিরিবসিসু হু পীজদুনা হাৎপনি। অলগূগী নুপী চৌধরাইনসু জুম্মনগী মথক্তা ফত্তবা তৌরগনি। মহাক্না হায়খি জুম্মননা করিনো খরা শোয়দনা থৌদোকসিগী তৌরে। চৌধরাইন অমদি করীমননা ৱাফমসিগী মতাংদা নোংমা য়াম্না খৎন-চৈনবা তৌখি। নুপী অনীদুনা ৱাহৈগী খৎন-চৈনবদুনা অৱায়-অখুম লাউনখি। করেম্নবা মচেক্লা য়ৈবা, চাংদম্নবা অসিনচিংবা লৈতেং ৱাহৈ কয়া ঙাঙনরে। জুম্মননা উপায় অমা তৌদুনা অনীগী খৎনবদু খামদোক্লে। মহাক্না মাগী নুপী করীমনবু চৈ-লাউদুনা থেমজিনখি। মহাক্না মাগী নুপীবু খৎনফমদগী চৎহনখিরম্মী। অমরোমদা অলগূ চৌধরীনা মাগী তর্কগী ৱাহৈ-ৱাতা ঙাংশক্তুনা মাগী নুপীবু থেমজিনখি।

হৌজিক মতোমতা ঙাইরবা ষন লাবা অদু করি থবক্তা শিজিন্নরুনি? মথক্তা ঙাইরবা ষনলাবসি মপা থিরবসু ফংলমদে। মমৈথংদা মহাক্না ষন নাম অদু য়োম্থোকপদা

ৱারেপখিরম্মী। মসি হায়নবা খুঙ্গং অদুদা সমঝ্নৃ সাহু কৌবা ইক্কাগাড়ী থৌবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক খুঙ্গংদগী চিনী অঙাংবা ঘী পুরগা বাজারদা পুখিরম্মী। বাজারদগীনা থাউ, থুম য়ুম তান্না পুরক্লগা খুঙ্গংদা য়োল্লম্মী। ষন নামদু উবদা মহাক্কী পুক্লিংনা পামলকখি। মহাক্না খনখি ষন অসিনা খুত্তা (ইনাক্তা) লৈরবদি নুমিৎ চুপ্পা চিংনবা লৈতনা গাড়ী খোঙচৎ অহুমলক চৎপা ঙমগনি। হৌজিকমক্তি খোঙচৎ অমখক চৎপদা ওন্থোক ৱানা চৎলিবনি। ষণ গাড়ীদা পান্দুনা থৌরে, ষন মশাদা অশোয় অঙাম লৈব্রা খঙদোক্লে, মমল মথা ঙাঙনরে অমদি ষন অদু ময়ুমদা পুরক্লগা পুনশিনখ্রে। ষনগী মমল থা অমা লৈরগা পীরগে হায়না ৱাশকখ্রে। চৌধরীনা খনখিবদী ষন অদু শীৎখিবদুতনি মাঙবা পুৎথবগী ৱাদি খনবপোৎ নত্তে। মহাক্তি মাংবগী ৱাখল তৌখিদে।

সমঝ্নৃ সাহুনা ষন অনৌবা পায়রবনিনা পৈশা তানখৎপা হৌরকখি। মহাক্না নোংমদা অহুম মরীরক এক্কাগাড়ী থৌবা হৌরকলে। মহাক্না শজীক পিজবগী ঈশিং পীথকপগী ৱাখল খন্দে, শুপ্নগী গাড়ী খোঙচৎকী মশীংখক্তনি মহাক্না হিসাব পারিবা। কৈথেল চৎপসু অকংবা চরূ খরা মমাংদা থম্বীরম্মী। মরাইবক থিরবা ষনঅদু ঙহাক পোত্থাবা ফংলমদে, শনপোকসু খোয়রিবনি। অলগূ চৌধরীগী য়ুমদা লৈরিঙৈদদি মবুক থন্না নুংঙাইনা পুন্সি লেনজরম্বনি। করি করিগুম্বদা পর্দা হাপ্পা ষনগাড়ীদা পানবা মতমদা মহাক মশা থীং থীং লাউনা কন্না চেল্লী অমদি মাইল কয়া ফাওবা চেল্লি। মফম অদুদদি ষনগী চীঞ্জাক, অরূবা ঈশিং, তকখায়রবা হৱাই মায়রোংবী, থাউথী চাইরবা চরূ পীজৈ। মসিদগী হেন্না করিগুম্বদা ঘী ফাওবা চাবা ফংহনখি। অয়ুক নুমিদাংদসু মী অমনা ব্রসনা মতু মমান তকথোকপি অমদি নান্থোকপি। মফম অদুদনা মহাক নুংঙাইনা লৈরম্বা! মফম অসিদনা নুমিৎ চুপ্পা শিদৌরবা! থা অমগী মনুংদা মহাক শরূ -শয়াং তকখায়খ্রে। গাড়ী জুড়া উবদা মহাক পাখৎখিরম্মী। খোঙথাং অমমম থাংবদা ৱারম্মী। শরূ শয়াং ঙাক্তা মশাদু ওইখ্রে। অদুবু মহাক শা অমা ওইনা ইজ্জত লৈজবা ষন্নি, মঙোন্দা ফুবা-চৈবদু খাঙবা ঙমখিদে।

নোংমদি মরীরক মাল চিংবদা সাহুজীনা পুরিবা পোৎতু হান্নগী চাংদগী শরুক অনী হেন্না লুমহনখি। নুমিৎচুপ্পা চোকথরবা ষন অদু মখোঙ থাঙবা ঙম্মদে। তৌইগুম্বসুং মহাক্না ষনদা শাজেনা কলখি। অদুদগী করি ওইরবগে হায়ববু ষননা চৈনাখোল খাঙবা ঙমদনা চৎনবা হোৎনখি। মহাক খরা থাপ্পা চৎলম্মী অমসুং ঙাইহাক্তং পোৎথাহনবা পামখি, অদুবু সাহুজীনা থুনা য়ৌনিংবগী ৱাখলনা য়ুম ঙন্তা য়ৌনিংখি। মরম ঙসিনা

মহাক্না শাজৈ কয়া নুংশি হৈতনা ষনদা কনখি। ষননা অমুক্তং কন্না চিংখি অদুবু হন্দক্তি মাগী পাঙ্গলগী পাউখুম পীরকখি। মহাক লৈমায় থক্তা দম লাউনা হাইথরকখি, অসুন্না তুখি মদুদি অমুক হন্না হৌগৎপা ঙমদনবা। সাহুনা য়াম্না ফুরন্মী; মখোঙ পায়রগা চিংখি, মনাতোন মখুন্দা চৈ থিংজিনখি। অদুবু শিরবনা করম হায়না হৌগৎকনি? সাহুজীনা চিংনবা পোল্লক্নে। মহাক্না অদু মুন্না য়েংখি, জুৱান্দগী লৌথোকপিরগা তোঙান্না থমখি অদুগা পুক্লিংদা খনখি গাড়ী করম্না য়ুম য়ৌগদগে। য়াম্না লাউ খোংলে, তৌইগুম্বসুং লৱায়গী লম্বী হায়বসি অঙাংগী মমিৎকুম্না নুমিদাং ৱাইরম ওইশিল্লকপদা তুমখিবগুম মমশিল্লকখি, কনামত্তা উবা ফংলকখিদ্রে। মনাক নকপা খুঙ্গংসু অমত্তা তাদে। মহাক্না শাউমনখ্রদুনা শিরবা ষন অদুদা মাগী শউন শাজেদুনা হন্না হন্না ফুজিনখি অদুগা চৈরকখি - হে লাইবক থিরবা! নহাক শিবা তারবদি য়ুমদং য়ৌবগা শিবা য়াদ্রা? চন্দান নংসে য়ুম য়ৌদ্রিঙৈদা লম্বীদা হে শিদকো! হৌজিক গাড়ী অসি কনানা চিংগনী? অসুম তৌনা সাহুজী য়াম্না শাওনিংনা মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাক্না লাউখি। মহাক বাজারদা চিনি অঙাংবা বোরা অমসুং ঘী পীপা কয়ামরুম যোল্লুরবনি, বাজারদগী ফংলকপা লুপা চনী য়াঙ্খ্রেদু মাগী মখ্বাংদা যেৎশিল্লন্মী। মদুদা নত্তনা গাড়ী মথক্তা থুমগী বোরা কয়াসু য়াওরি। মরম অসিনা মহাক্না ময়ামদু থাদোক্নুনা হেক চৎপসু ঙমদ্রে। উপায় লৈত্রদুনা মহাক গাড়ী মথক্তা তুমলি। মফমসিদা অহীংচুপ্পা তুমদদুনা লেন্নবগী পুক্লিংদা লেপখি। ঙান্থক্তা হীদাক হান্দুনা থকখি, ঈশৈ শকখি অদুগী হিদাক হাল্লগা থকখি অসুম তৌনা সাহুগী অহিং নোংযাই ফাওবা তুমদদুনা লৈরে। মহাক্না খনবদি শুকতুম তুমদে হায়না খনখি অদুবু ঙাইহাক্তি তুম্লুরমানে নোংঙানবগা মীৎকপ থোক্লকপদা মাগী মখ্বাংদা মারুবদা য়েপখিবা মাগী পৈশাদু যাওরমদ্রে। ঙকচানদুনা মায়কৈ খুদিংদা কোয়থি থিবদা লৈরকপা থাউতিনশিংদু অমত্তা লৈরমদ্রে। লাইবক থিরবা নুপাদু নীংবা কায়রদুনা মথন্তা মকোক্তা মখুৎনা পোপ পোপ শুরদুনা কপ্না কপ্না লোংনা তুখিরন্মী। অয়ুক্তা ময়ুম য়ৌখিরন্মী। মাগী নুপী সহুআইন লম্বীদা ষন লৈহৌরে তাবদা অহানবদা কপখি, অলগূ চৌধরীবু চৈবা হৌরকখিরন্মী। ফত্তবা চন্দাল অদুনা ছিদ্র লৈবা ষন অমা য়োনশিল্লকপদগী পুন্সি চুপ্পা তানজরকপা লনথুম পুম্নমক উৎ ওইনা তুমহল্লে।

থৌদোক অসি থোকখিবা চহি কয়া হৌখ্রে। অলগূনা নোংমা ষনগী মমল লৌবা চৎপদা সাহু অমদি মাগী নুপী সহুআইন মতৈ মনাও অনীনা শাওনা হুইগুম্না চোংশিল্লক্নে অমদি ঙংলদুনা মখুৎ মশা উৎলদুনা হায়রকখি - বাহ! সোমসিদি পুন্সিগী

তাঞ্জবা লনথুম পুন্নমক মাংহনখ্রে, পুন্নমক মাং তাকখ্রে, মসিগী মমলবু লৌবা লাকপীরি। অশিবা ষন অমা য়োনশিনবিরে, অদুগসু মাগী মমল লৌবা লাকপীরি। অরেম্বদা নমথাক তৌবিরে, অপুম্বা ষন অমা পীশিল্লগা ঐখোয়বু য়াম্না পঙবা মীনি খনবিবগী ব্রাফমনিনে। ঐখোয়সিবু লল্লোনবগী মচা মশুনিনে, অদুগুম্বা অপঙবদি ঐখোয়গী মফমদা লৈতে, অতৈ অতোপ্পা মফমদা লৈরমগনি। অহানবদা কোম অমদা কুমথরগা নমায় নমীত্তু হান্না অমুক্তা তাথোক্লুখো, অদুগা ষন মমলদু কোন্না লৌ। নথ্বায়না য়ানিংদ্রগা ঐখোয়গী ষনসে থৌরি থোক্লগা পুজখো, থা চুপ্পগী মহুত্তা থা অনী শিজিন্নজৌ। মসিদবু নংনা কবিগী পৈশা লৌগদৌরিবনো?

অলগূ চৌধরীগী য়েক্লবা মীওইশিং য়াম্না লৈরম্মী। অসিগুম্বা খুদোংচাবশিং লাকপদা মখোযনা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নদুনা সাহুজীগী চোইঙাঙদুদা মতেং পাংশিল্লকখি। অসুম্না মযামগী থীনা ঙাংশিল্লকপদু তাবদা মবাইবক থিরবা চৌধরী ইকাইনা হল্লকখি, অদুবু লুপা চাম য়াংখৈগী শেনফমবু ইবায় লায়না হেক্তা মাংহনবদি মানা শাউবকপদুদা সাহুজীনা শাউবক্লুনা ইমুংদা চৈতুপ থিখি। মতম অদুদা সাহুআইনা অমুক মায়বোং য়ারবে। চীন্না পংঙাং ঙাংনবমবদগী খুৎকা খুৎকা ফুন চৈনবগী ফিভম য়ৌশিল্লকখিরম্মী। সহুআইননসু যুম মনুং চংখিদুনা থোঙ লোনশিনখিরম্মী। খুৎন-চৈনবগী মখোল তাবদা খুনগী ভদলোকশিং চেল্লক্লুনা পু ল্লরে। মখোয়না অনীমকপু থেমজিল্লরে সাহুজীগী পুক্লিং ফাথবগা মখোয়না মাবু য়ুমদগী কৌথোকখ্রে। মখোয়না মবানিগী মফমদা পাউতাক পীখিরম্মী। খৎন-চৈনদুনা করিসু কান্নরোই। পঞ্চায়তনা ব্রাযেলবা মদুদা তারকপা ব্রারেপতুনা নবানী ইনবা তাবনি। সাহুজী ব্রাফমদু য়াখি। অলগূসু য়াখি।

৭

পঞ্চায়ট ফম্বগী খুজিল থৌরাং তৌবম্মী। মায়কৈ অনীনা মাগী মাগী মীচঙ শেম্নবা হৌনখি। মসিগী মতুংদা হুমনিশুবা নুমিত্তা উগী মখাদা পঞ্চায়ট ফমখি। নুমিদাং মতম ওইরম্মী। লবুকশিংদা ক্বাক ময়ামগী পঞ্চায়ট ফমখি। খৎনবগী ব্রাফম হব্রাইথরাক্কী মহৈশিংদা মখোয়গী হক অধিকার খণ্ড্রিফাওবা থোংঙাকপনা কৌরকপদা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লদবনি হায়না মখোয়না খন্নখি। উগী উশাথক্তা তোংলিবা তেনব্রা শঙ্গুনা হীরম অসি কুপ্পা খন্নখি মদুদি মীওইবা হায়বা জাৎ অসিনা মখোয়গা লুনা তিন্নবা মরুপশিংগী মফমদা নমথাক তৌবদা চিংনবা লৈতে। মখোয়না তেনব্রাশিংবু নুংশিহৈতে হায়বগী মথৌ লৈবগে?

পঞ্চায়েট ফম্বা হৌরকখিবদা রামধন মিশ্রনা হায়রকখি হৌজিক থেঙথরুবনা করি কান্নগদগে? পঞ্চশিংগী মরক্তগী পঞ্চ মকোক অমা খনবসু পামজৈ। হায়উ, চৌধরী কনা কনাবু বিচারপতি ওইনা ৱায়েনহনগদগে।

অলগূনা তপ্পা হায়খি মদুদি সমঝূ সাহুনা অপাম্বা খল্লসনু।

সমঝূনা লেপখৎলগা লাওনা হায়রকখি ঐগী মায়কৈন্দগীদি জুম্মন শেখ।

জুম্মনগী মিং পল্লকপদা অলগূগী পুক্লিংদা ধক ধক য়ৈখি, কনাগুম্বা ইখঙ খঙহৌদনা খুবাক্লা থাবগুম অলগূ চৌধরীদা পীং পীং চোংখি। রামধন মিশ্রদি অলগূগী মরুপনি। ৱাফমসি মহাক ভাব তাখি। হংলকই, চৌধরী নহাক্লা জুম্মনবু ৱায়েনবা ওইনা খনবসিদা য়ানিংদবা লৈত্রেদনা?

চৌধরীনা নীংবা কায়রদুনা হায়খি - লৈজদে, ঐহাক ৱাফমদুদা করিগী য়ানিংলোইদবগে?

X X X X X

মশাগী তৌজগদবা দায়ত্ব অয়াম্বা মশক মুন্না খঙবা হায়বসিনা ঐখোয়গী নেম্লবা লমচৎশিংদগী মিৎয়েংবু হেক হেক চুমথোকই। ঐখোয়না লম্বী কাউথোক্লগা কঙাওনা চৎপদা হায়রিবা লৌশিং অসি ঐখোয়গী থাজনিংঙাই লম্বী তাকপা ওইহল্লি।

চেফোংগী সম্পাদক্লা মশাগী চীক্লবা খাঙপোক শঙদা ফমদুনা কলম্না খাঙবা ঙমদ্রবা অমদি নিংতম্বগা লোয়ননা অকনবা খুইনা মন্ত্রী মণ্ডলদসু লান্দাবা ঙম্মী; তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা খুদোংচাবশিং লাকই, মতমদুদা মহাক মশামক মন্ত্রী মণ্ডলদুদা য়াওবগী খুদোংচাবসু মন্ত্রী মণ্ডলগী ভবনদা খোঙ থাঙজিনখিবা মিৎকুপতগী মহাক্কী কলমদু মমুৎ তানা খঙলবা কয়াদা ৱাখল লৈবা কয়াদা অচুম্বা পাম্বা কলম ওইরকই। মসিগী মরমদি দায়িত্বগী জ্ঞান অসিননি। ইনখৎলক্লিবা নহাবোলশিংগী মফমদা মহৌশানা পাখং হায়বসি য়াম্না লমহেল্লি। মমা-মপাশিংনা মখোয়গীদমক্তা ৱাজৈ মচানুপাদু শাগৈগী মৈতাল অশিবনি হায়না খনবা য়াওরিবনি। তৌইগুম্বসুং মতম খরগী তুংদা ইমুং মনুংগী অরুম্বা কোকথক্তা তারবা মতমদা মফম খঙদনা কোয়ঙাওনরম্বা ঙাওরবা পাখংদু কয়াদা পুক্লিং তপ্পা শান্তি পাম্বা মী অমা ওইরকই মসিমক উত্তর দায়িত্বগী লৌশিং লৈবগী ফলনি।

জুম্মন শেখনা মপুক্লিংদা বিচারপতিগী ফম হেক লৌরকপদা মানা পাঙথোক্কদৌরিবা দায়িত্ব অদুগী অকিপা পোকখি। মহাক্লা খনখি, হৌজিক ঐহাক অসে অচুম্বা অমদি ধর্ম্ম ৱাংখ্রবা ফমফমদা ফম্লবনি। ঐগী ইচিন্দগী মতমসিদা ঙাংলকপা

ব্রাহে খুদিংমক লাইনা ঙাংবগা চপ মান্নরবনি - অদুনা লাই, মন্দিরদগী ঙাংথোকপা ব্রাঙাং অসিদা ঐগী পুক্লিংগী অশাওবা নুংঙাইতবা মওংদি কৈদৌঙৈদা য়াওহনবা চুমদে। ঐহাক অচুম্বা হায়বসিদগী খোঙফম হন্দোকলোইদবনি।

পঞ্চশিংনা মায়কৈ অনীমক্কী মফমদা ব্রাহং পাউখুমগীদমক চত্থবা হৌরকখি, য়াম্না থেংলবা ফাওবদা কাংলুপ অনীনা মাগী মাগী মীচং খোমনদুনা ব্রা ঙাংনরম্মী। ব্রাফম অসিদা পুম্নমক্না মত অমত্তা ওইনা সমঝু সাহু ষনগী মমল পীফম থোকই হায়বসিগী য়ানরে। তৌইগুম্বসুং পঞ্চ অনীনদি, সমঝুবু ষন শিখিবনা অমাং অতা থোক্লে খরা খনবীনবা হায়জরকখি। মসিগী ওন্ন তৈন্নবদা পঞ্চ অনীনা ষনগী মমল হলহনবত নত্তনা কনাগুম্বা মী অমত্তনা শা ষনগী মফমদা মতুংদা মীনুংশি য়াওদনা ওৎপিদনবা চৈরাক পীবসু পামলম্মী। অরোইবদা জুম্মননা অসুম্না রায় লাউরকখিরম্মী - অলগূ চৌধরী অমসুং সমঝু সাহু! পঞ্চশিংনা নখোয় অনীগী ব্রাথোক্তা কুপ্না ব্রায়েল্লে। সমঝু বু ষনগী পৈশা পুম্বা পিফম থোকই। নহাক্না ষন লৌবা মতমদা ষনগী মশাদা করিগুম্বাঅনাবা অমত্তা লৈখিদে। করিগুম্বা নুমিৎ অদুদা ষনগী মমল পীথোক্লম্বা তারগদি ঙসি নংনা লৈথোক্কুনা ষনগী মমল পীরোই হায়না য়েৎলিবসি য়েৎলমলোইদবনি। ষন শিখিবগী মরমদি মতীক মপা চাদনা থবক কন্না শুহনবা অমদি ষনগী চানবা শজীক দানা নীংথিনা পীজদবা অসিননি।

রামধন মিশ্রনা হায়রকখি সমঝু না ষনবু খঙন-খঙনা হাৎতোকপনি, মরম অসিনা মহাকপু চৈরাক পিফম থোকই।

জুম্মননা হায়খি - মসিনা অতোপ্পা অনীশুবা ব্রাহংনি। ঐখোয়দি মদুদা মরম অমত্তা লৈনদ্রে।

খৎনরিবা সাহুনা হায়রকখি - সমঝু দি খরা নুংশিবিফম থোকই।

জুম্মননা হায়রকলম্মী মদুদি অলগূ চৌধরীগী অনিংবদা ব্রাখলদা লৈরে। মহাক্না নুংশিদুনা সমঝু গী মরাল কোকপিরবদি মদু মাগী ফজবা পুকচেন্নি।

অলগূ চৌধরী হরাউবগী ঙমখৈ লৈরমদ্রে। মহাক ফুক হৌগৎলকখি অদুগা খোঞ্জেল হৌনা লাউরকখি! পঞ্চ পরমেশ্বরগী জয়!

মায়কৈ মরীদগী লাউনরকখি-পঞ্চ পরমেশ্বরগী জয়!

মী খুদিংমক জুম্মননা অচুম্বা নীতিবু অসুম্না থাগৎলকখি অচুমবা হায়বদো মসিনি। মসি মীওইপোক্কী থবক নত্তে। ঈশ্বর লৈ, মসি ঈশ্বরগী মতিক মগুননি। পঞ্চগী

মমাংদা ফত্তববু ফৈ হায়বা কনানা হায়বা ঙমগনি?

ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা জুম্মন অলগূগী মনাক্তা চঙলক্লে অদুগা অলগূবু লেঙ্গোলগা হায়রকখি মরুপ নহাকসে ঐগী পঞ্চায়ট তৌখিবা মতম অদুদগী নহাক্কী থৱায় শোক্লবা য়েক্লবা ওইরুরবনি। অদুবু ঙসি ঐহাক খঙলে পঞ্চগী মফম লাংদা ফমলবদা কনানা কনাগী মরুপ মপাং নত্তে, কনাগী য়েক্লবা ৱাখল লৈতে। অচুম্বা নত্তনা পঞ্চদা করিমত্তা উদে। ঈশ্বরনা পঞ্চগী লৈয়েংদা তোংলগা ৱা ঙাংই।

মরুপকী ৱাদু তাবদা অলগূ কপখিরম্মী। মিৎতগী তারকপা পিনা মরুপ অনীগী থম্মোয়নুংদা লৈরম্বা অমোৎপা পুন্নমক শেংনা চামথোকখ্রে। মরুপ ওইবগী মতম কুইনা খুইথরুরবা উরীদো অমুক হন্না ময়োল চোংদুনা হান্নগুম্না ইশং শংখ্রে।



# থুমগী দারোগা

থুমগী অনৌবা বিভাগ হাংলকখি অমদি ঈশ্বরনা পীবা পোৎশকশিংগী অথিংবা লৈখি, অদুবু মীশিংনা লোন-লোন্না মসিগী ললোনবা তৌরম্মী। মখল কয়ামরুমগী নমথাক্কী থবক হৌগৎলম্মী, কনানা অচাশেননা থবক চখরম্মী, কনানা ফত্তনা হৈশিংবা তৌদুনা। শক্তি পায়রিবশিংগী মরাইবক ফবা ওইরম্মী। সরকারগী হিসাব শুবা কর্মচারিশিংনা লেমজনিংঙাই ওইবা ফম্ থাদোক্লগা মীশিং অসিনা বিভাগসিগী শিনফম সিপাহী তৌনরম্মী। দারোগা ফমগীদমক উকীলশিং ফাওবসু হেন্না কল্লকখি। মতম অদু অংগ্রেজী শিক্ষা অমসুং ঈসাইগী মতশিংবু পোৎশক অমনি হায়না লৌনরম্মী। ফারসীগী অকনবা মতম ওইরম্মী। নুংশিবা ৱারীশিং অমসুং নুংশি নুংঙোনগী কাব্য পারগা ফারসী খঙবা মীওইশিংনা অৱাংবা ফমশিংদা হাপ্পসি তৌনরম্মী। মুন্শী বংশীধরসু জুলেখাগী অৱাবা ৱারী পাবা লোইথোক্লগা মজনু অমসুং ফরহাদকি নুংশি ৱারীদু, নল অমসুং নীলকী লাম্থেংনবা অমসুং আমেরিকা পুথোরকপদগী অহেনবা গুনগী ৱাঙাংশিং খঙলদুনা কারবার থিবা থোরকলম্মী। মাবু পোকপা পাবুং অসি ৱাখল খনবা মীশক অমা ওইরম্মী। হায়রক্লম্মী, ইচানুপা! য়ুমগী ফাওবা ফিবম উরেদো! শেন্দোনগী পোৎলুমনা নমথরেদো। নুপীমচাশিংনা নাপীগী মতৌগুম্না, মশীং হেনগৎলকলেদো। ঐহাক্না অঙম্বা তোৰ্বানদা হৌবা উগা পাংখক ওইরে, কৈদৌঙৈ তুগনি হায়বসু খঙদে। নহাক হৌজিক য়ুমগী মপু-মীহুৎ ওইরেদো। থবক তৌবদা ফমগী ফিবমগী মায়কৈদা ৱাখল খনগনু, মসিদী অৱাবগী মফমনি। মীৎয়েং চাউনা অমদি চীংথক্তগীচেন্থরকপা অপাকপা ঈচেলগুম থম্বসু ফৈ। থবক থিবদা আয় য়াম্না লাকপদসু ফৈ। থাগী তলবতি মপুংফারগা থাগী থাজদি নোংমা উরকলবসু তাথ-তাথরক্লগা মাংখিদো। আয় হেন্না ফংবসু ঈশ্বরনা পীবনি, মসিদগী মহাক্কী চাউখৎলি। নহাক নশামক লাইরিক হৈরবনি, করি অমুক তাক্লরুনি। তলব মীওইবদা পি, ৱাফমসিদা ৱাখলগী য়াম্না দরকার ওই। মীওইববু য়েংঙু মহাক্কী দরকারবু য়েংঙু অমদি খুদোংচাববু য়েংঙু, মহাক্কী মতুংদা মতিকচাবা খল্লু, পাংথোকলো। কান্নবা মীগা লোয়নননা অকনবা থবক তৌবদা কান্নবদা

কান্নবা ওই। তৌইগুম্বসুং কান্নদবা মীবু মতিক চাবা থবক ফংবা খরা লুই। ব্রাঙাংসিবু মীৎয়েংদগী পুনশিল্লু। মসি পুন্সি চুপ্পগী তাল্লক্লবনি।

পাউতাকসিগী মতুংদা মপাবুংনা আশীর্বাদ পীখিরম্মী। বংশীধর মপাগী হায়বা ইনবা মচানুপা ওইরম্মী। মপাগী ব্রাঙাংশিং পুক্লিং চঙনা তাখি, অমসুং য়ুমদগী থোরক্লগা লেপ্লম্মী। পাক চাউখ্রবা সংসার অসিদা মহাক্কীদমক্তি অখাং কনবনা মাগী মরুপ, লৌশিংনা মাগী লম্বী তাকপা অমসুং আত্মা শান্তিনা মশাগী মতেং পাংবা ওইরম্মী। তৌইগুম্বসুং অফবা পুংফম লাক্লম্মী, থুমগী বিভাগকী দারোগা ওইবগী ফম ফংলম্মী। তলব য়াম্বা অমদি আয় হেন্না লাকপগী ব্রাফমদি লৈরমদে। মহাজনশিংনা মুন্শী বংশীধরনা নুংঙাইরকপদা হরাওরম্মী, য়ু শুংবা জাৎকী উরীগুম নুংঙাইরকখি। য়ুম লোন্নবগী পুক্লিংদা কল্লকপগী তিংখং হৌরক্লম্মী।

২

নিংথম থাগী অহিংগী মতম ওইরম্মী। থুম ঙাকপগী সিপাহী, চৌকীদার নিশাদা ঙাওদুনা লৈরম্মী। মুন্শী বংশীধরনা মফম অসিদা লাকপসি থা তরুকতগী হেনবা ওইদ্রি, অদুবু মতম খরগী মনুংদা মহাক্না মশাগী হৈশিংবা অমদী থোইদোকপা লমচৎনা ওফিসারশিংবু শুমহৎখিরম্মী। ওফিসারশিংনা মঙোন্দা য়াম্না থাজবা পোকখিরম্মী। য়ুমগী আফিসতগী মাইল অমগী নোংপোক মায়কৈদা যমুনা তুরেল চেল্লম্মী। তুরেলদা হিশিংনা শেম্বা থোঙ অমা শারম্মী। দারোগাগী থোংজাও থিংজিল্লগা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্মী। ইখঙ-খঙহৌদনা মিৎ পাঙথোক্লকপদা তুরেলগী ঈচেলগী মফমদা গাড়ীশিংগী খোঞ্জেল অমদি হিহোনবশিংগী নিলখোংবা মখোল তারম্মী। ফুক হৌগৎলম্মী। য়াম্না থেঙলবা অহিংদা গাড়ীশিংনা করিগীদমক তুরেলদা চৎলিবনো? থাঙ্গৈশেংনা খরা নত্রগা খরা গোলমান লৈরে। অচুম অরানগী অকাওববু চেৎহল্লি। ইউনির্ফোম হান্না শেৎচিল্লে, জেবতা পিস্তোল হাপ্লে, পুম্নমক্কী ওইনা শগোল তোংখৎলগা থোং মনাক্তা লাক্লম্মী। গাড়ীশিংগী শাংলবা পরেং থোং লাম্থোকপা উরম্মী। চৈরগা হঙখিরম্মী কনা কনাগী গাড়ীশিংনো?

মতম ঙাইহাক তুমিন্না লৈরম্মী। মীওইশিংনা তুমিন-তুমিন্না ব্রা ঙাংনরম্মী; মমাঙথংবনা হায়রকলম্মী - পণ্ডিত অলোপীদীনগী।

"পণ্ডিত অলোপীদীন কনানো?"

"দাতাগঞ্জগী।"

মুন্শী বংশীধর ইঙক ঙকখি। পণ্ডিত অলোপীদীন লমদমসিগী খ্বাইদগী মমিং লৈবা জমীন্দার ওইরম্মী। লুপা লাক্ষ লাক্ষশিংগী লৌন-লৈনবা তৌবা, অপিকপদগী অচৌবা ফাওবা মঙোন্দগী শেন লৌদবা লৈরমদে। ললোন ইতিকসু য়াম্না চাউনা তৌবা মীওইনি। য়াম্না মরৈ মরা তৌবা মীশক্নি। অংগ্রেজী আফিসারশিং অসি মাগী লৈফমদা শিকার তৌবা লাক্কুনা মাগী অতিথি ওইখি। থা তরানিথোই চুপ্পা লাইরবশিংবু পীজ-পীথক তৌবা মীশক্নি।

মুন্শীজীনা হংখিরম্মী "গাড়ীশিং কদায়দা চৎকদৌরিবনো?" পাউখুম ফংখি "কানপুর" তৌইগুম্বসুং ব্রাহং অসিদা করি ওইখ্রে তুমিন্না লৈখি। দারোগা সাহেবকি চিংনবা হেনগৎখিরম্মী। ঙাইহাক থেংনা পাউখুমগী লম্বী উরগা মহাক্না খোঞ্জেল হৌনা ঙাংলকখি, "করিগী ব্রা ঙাংদ্রিবনো? ঐনা ব্রাহংসি মসিদা করি মাল পুরি?"

কনা অমতনা পাউখুম খুম্মকত্রবদা মহাক্না শগোল তোংদুনা গাড়ী মনাক্তা চঙশিন্দুনা বোড়াশিংদু মারম্মী। চিংনবদু কোকখিরম্মী। থুমগী বোড়াশিং ওইরম্মী।

৩

পণ্ডিত অলোপীদীননা মশাগী লৈতেংলবা গাড়ী মথক্তা তোংলদুনা, মমিৎ অদু খরা উই, খরা পাঙ ওইনা লাক্লম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা গাডীব্রালাশিংনা পাখৎলগা হৌগৎলগা হায়রকই - মহারাজ দারোগানা গাড়ীশিংবু চৎপদা থিংলে। হিদেনদা লেপ্লগা অদোমবু কৌরি।

পণ্ডিত অলোপীদীননা পৈশাদা হেন্না মপুং ওইনা থাজরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী সংসারদা নত্তনা স্বর্গদসু পৈশাগী লৈবাকনি। মহাক্কী ব্রাঙাং অসি অওইবমক্নি। অচুম্বা অমসুং নীতি পুন্নমক শেনগী শান্নপোৎনি। পৈশানা অপাম্বদু শান্নে। হিপ্পা হিপ্পা নাপলগা লোয়ননা হায়রকখি - চৎলো, ঐ লাক্কে। মসি হায়রদুনা পণ্ডিতজীনা হেন্না চিংনদনা ক্না মনাগী বিড়ী হাপ্লগা চাখিরম্মী। মহাক্না কান্থ ফি ইল্লগা দারোগাগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রম্মী, বাবুজী আশীর্বাদ! হায়বিয়ু ঐখোয়না কনাদা অশোয়বা তৌখ্রবগে? গাড়ীশিং থিংজিনবিরে? ঐখোয় ব্রাহ্মনশিংদা অদোমগী থৌজালগী মিৎয়েং পীনবীয়ু।

বংশীধরনা শাউনা হায়খি, 'সরকারগী হুকুম।'

পণ্ডিত অলোপীদীননা নোক্লগা হায়খি, ঐখোয়না সরকারগী হুকুমবু খঙজদে অদুগা সরকারসু খঙদে। ঐখোয়গী সরকারদি অদোমনি। ঐ অমসুং অদোমগী য়ুমগী থৌদোক্নি। ঐহাক অদোমদগী লাপথোকপসু ঙমগদ্রা? অরেম্বদা অব্রাবা পীবিরে।

অসোমদগী চৎত্রবদি ওইথোক্লরোই হিদেনগী মপুবু উন্নদনবা। ঐ অদোমগী সেবাদা ইশামক লাকচরবনি। বংশীধরদা লম্বুমগী মিহৌবগী বংশীগী ইথিল চঙলমদে। পুকচেল শেংবগী অনৌবা মতৌ লৈরম্মী। শাউরপনা হায়খি, পৈশানা ইশাগী ইজ্জৎ য়োন্দুনা ঐহাক ইজ্জৎ মাঙহনবা মী নত্তে। অদোম হৌজিক ফাজিন্দুনা থমলবনি। অদোম ফাজিনবগী নিয়ম মতুংইন্না চৎপা তারে। ফরে, ঐহাক ব্রা য়াম্না ঙাংবগী অরেম্বদা মতম মাংহনবা পামদে। জমাদার বদলূসিংহ! নহাক্না মাবু ফাজিন্দুনা পুরগা চৎলো, ঐগী য়াথং ইল্লু।

পণ্ডিত অলোপীদীন পুঙক ঙকখিরম্মী। গাড়ী থৌরিবশিংগী মফমদা মিপাইদুনা ইরাং লাংখিরম্মী। পণ্ডিত অলোপীদীনগী পুক্সিদা অকনবা ব্রাঙাং তাবসি মসিনা অহানবা ওইখিরম্মী। বদলূসিংহ মমাংলোমদা খোঙ থাঙ্গৎতুনা চৎলম্মী, তৌইগুম্বসুং মতিক মগুন নমখিদুনা অলোপীদীনবু ফানবা থৌনা লৈখিদে। পণ্ডিতজীনা ধর্ম্মবু পৈশানা ঙমদবসি কৈদৌঙৈদা উখিদ্রি। অকিবা লৈতবা অঙাংনি হায়না ব্রাখল খনখি। মিহৌবগী লাংদা থুদ্রিবনি। ইচম চম্বনি, থিংলিবনি য়াম্না তোল্লবা ব্রাঙাংনা হায়জরম্মী বাবু সাহেব অসুম্না তৌবিনু, ঐহাক পুকমাং মাংবা তারে। ইজ্জৎ মাংলনি। ঐগী চোপ্পদা অদোমগী করি কান্নবা ওইগনি। ঐহাকপু করমতৌনা অদোমগী নফমদগী নাস্থোকপীগদগে?

বংশীধরনা কল্লবা খোঞ্জেন্দা হায়রম্মী, ঐ অসিগুম্বা ব্রাঙাংশিং তাবা পামদে।

অলোপীদীননা মতেং ওইনবা খনবদু নুংগী মশক ওইনা মাগী মখোং মখাদা তুমিন্না নান্থখিবা ওইনা লৌখি। মশা মথন্তা নাপল অমদি ললগী নাপল তৌজবদু হেন্না অব্রাবা ওইখি। তৌইগুম্বসুং হৌজিকমক ললগী খৎনবা ঙম্বগী শক্তিবু হেন্না থাজখি। মাগী কেরানীদা (মুনীমজী) ঙাংখি লালাজী, লুপা লীশিং অমগী নোট বাবু সাহেবতা পীখো, মহাক মতম অসিদা চাক লান্নবা নোংশা ওইরে।

বংশীধরনা শাউনা হায়খি - লুপা লীশিং অমত্তা নত্তে, লাক্ষ অমা ফাওবা পীরবসু ঐহাক অচুম্বা লম্বীদগী হন্দোকলোই।

ধর্ম্মগী বুদ্ধি লৈত্তবা পুকচেল তপ্পা অমদি লাইমক্লা ফংঙমদ্রবা থাদোকপদা পুক্লিং অসি য়াম্না শাওনিংলম্মী। হৌজিক মশাগী ইজ্জৎ অমদি লনগী খৎনবা হৌরকলম্মী। ললনা চোংল-চোংলদুনা লান তৌবা হৌরকলম্মী। অমদগী মঙা, মঙাদগী তরা, তরাদগী তরামঙা, তরামঙাদগী কুন লীশিং ফাওবগী ফিভম য়ৌরক্লম্মী, তৌইগুম্বসুং ধর্ম্মনা অঙকপা থৌনাগা লোয়ননা মশীং য়ামদ্রিবা লাম্মীগী মায়কৈদা মতোমতা লেঙদ্রবা চীংগুম লেপলমখি।

অলোপীদীন নিংবা কাইনা ঙাংলকখি, হৌজিক অসিদগী হেনবা ঐগী থৌনা লৈত্রে। মসিগী মথংদি অদোমগী অধিকারনি।

বংশীধরনা মাগী জমাদারবু থেংননবা থৌজিল্লম্মী। বদলূসিংহনা মপুক্লিংদা দারোগাবু চৈরদুনা পণ্ডিত অলোপীদীনগী মায়কৈরোমদা চঙশিননখি। পণ্ডিতজী ঙক্লদুনা খোঙফম অনী অহুম তুংদা হন্দোক্লম্মী। অরোইবদা ৱানা হায়রকখি, বাবু সাহেব, ঈশ্বরগীদমক ঐঙোন্দা থৌজালবিয়ু ঐহাক লীশিং কুনমঙাখক্তনা খৎনবসিগী য়ানবা থৌরাং লৈজরে।

"ওইথোক্তবা ৱানি।"

"লীশিং কুন্থ্রাদদি?"

"করিগুম্বা অমত্তদা ওইথোক্তে ।"

"লীশিং নিফুদদি য়াররোইদ্রা?"

"লীশিং নিফুদি নত্তে, লাক্ষ নিফু ফাওবা ওইথোকলোই।"

"বদলূসিং, মী অসিবু হৌজিকমক ফাজনফমদা পুরগা চৎলু। ঐ হৌজিক ৱা অমত্তা তাবা পামদ্রে।"

ধর্ম্মনা লনবু খুয়াদা নেৎথৎলে। অলোপীদীননা মশামউ ফরবা মীওই অমা হাতকোরা পুরদুনা মাগী মায়কৈদা লাকপা উখিরম্মী। মায়কৈ মরী নিংবা কায়বা অমসুং ৱারবা মীৎয়েংদা য়েংবা হৌরকলম্মী। মসিগী মথং তাবদা ইখংখঙহৌদনা ৱান্থদুনা তুরকখিরম্মী।

৪

সংসার পুম্বা তুমদুনা লৈদুনসু সংসারগী লৈয়েংদি কাখত্তুনা লৈরমখি। অয়ুক্তা অঙাং অহলশিংগী মচিন্দগী থৌদোক অসি তাবা ফংখি। পণ্ডিতজীগী পুথোক পুশিন তৌবগী থবক্তা ৱারী শাবা হৌরক্লখি, অথিবা মিংচৎ শন্দোকখিরম্মী, সংসারদগী পাপ মাঙহনখি। শঙ্গোমদা ঈশিং য়ান্দুনা য়োনবা থ্বালা ভাবনা, নোংমগী অরাকপা হিসাব শুবা কর্মচারী, রেলদা টিকেট য়াওদনা তোংবা বাবুশিং, নমথাক তৌদুনা শেন্বা দলিল শেন্বা শেন পুথোকপশিং পুন্নমকসিনা লাইশিংগুম্না ৱাখল খল্লি। থংনবা নুমিৎতা পণ্ডিত

অলোপীদীন মরাল লৈরবা মীশক ওইনা কনষ্টেবলশিংগা লোয়ননা মখুত্তা হাতকোরা চন্দুনা, পুক্লিংদা অৱাবা অমদি নুংঙাইতবা থন্না ইকাইনা ঙক লুকথরদুনা কোর্টকী মায়কৈদা চৎপা উবদগী সহর পুম্বদা থৌদোক অসি ইরাং লাংলম্মী। মেলানচিংবদদি মীৎফম অসি অদুক লাংতক্লবা ওইরমলোই। মীয়াম তিনমনখিবনা য়ুমথক অমসুং থোঙজাউ ফাওবা খেন্নবা লৈখিদে।

অদুবু অদালত য়ৌবদা থেংলম্মী। পণ্ডিত অলোপীদীন পাক চাউরবা বনগী নোংশা পাংখক ওইখি। অফিসকী মীওইশিং মহাক্কী ভক্ত, লক্ষ্মী মাগী সেবক, উকীল কেরানী মাগী য়াথং ইনবা মীওই চপ্রাসী অমদি চৌকিদারনচিংবা মহাক্কী মমল লৌদবা মনাই ওইরম্মী। মহাকপু উবদা মীশিংনা মায়কৈ মরীদগী য়েংনবা চেল্লকলম্মী। মী পুম্নমক ইঙক ঙকখি। মহাক্না থবক অসি করম্না তৌরুরিবা, করি মরমগী মহাক্না আইনগী খুত্তা করম্না লাক্লিবা? অসিগুম্বা মীশক অসিগী ঙম্লরোইদবা মতাংগী লন অমসুং অতোপ্পগী ৱা ঙাংবা হৈবা লৈরগা করিগীদমক আইনগী মখুত্তা তারিবা? মী খুদিংমক্না মঙোন্দা মীনুংশি পোকখিরম্মী। হৈশিংনা অসিগুম্বা আক্রমনবু ঙাকথোক্লবগী মরম খঙবা উকীলশিংগী থৌরাংখিরম্মী। আইনগী লমপাক্তা ধর্ম্ম অমসুং লনগী লানফম ওইখি। বংশীধর তুমিন্না লেপলম্মী। মহাক্কী মনাক্তা অচুম্বা নত্তনা কনা অমত্তা থৌনা লৈখিদে, তশেংবা ৱাঙাং নত্তনা কনাগী খুৎলায় লৈরমদে। সাক্ষী লৈখি, তৌইগুম্বসুং কল্লকপনা তথক তথকপা ওইখি।

মসি ফাওবদা অফিসকী কেরানীশিংনা আইনবু মখোয়গী মায়কৈদগী খরা শেমদোক শেমজিন তৌখিরম্মী। আইনগী দরবারদসু আফিসকী কর্মচারীশিংগী মরক্তা মীচং চঙবগী ইরাংগী মমি উরম্মী। তৌইগুম্বসুং মীচং চঙবগা আইনগা করি মরী লৈনবগে? মীচং চঙবা লৈরবসু, আইনদী ভাবনা শাবদি য়াদে। মুকনবা থুনমক লোইখিরম্মী। ডিষ্ট্রীক মেজিস্ত্রেটনা মশাগী রায়দা ইরম্মী পণ্ডিত অলোপীদীনগী মায়োক্তা পীরম্বা মরালগী প্রমান মরু য়াওদে অমদি চিংননিঙাই ওই। মহাক মমিং লৈবা মীশক্লি। ৱাফম অসি ভাবনা শাবগী ৱাংমনি, মহাক্না খরা কান্ননবগী অসিগুম্বা থৌনাশোনবা পাংথোক্লম্বা য়াই। থুম শেন্নবা মুন্শী বংশীধরগী য়াম্না থোইদোকপা মরাল লৈতে, অদুবু মসিগী অৱাবা ৱাফমদি মহাক্কী কিদবা ৱাখল লৈতবগী মরমনা অফবা মী অমবু অৱাবা মায়য়োক্লরে। ঐখোয়না মহাক্কী থবক্তা নিংথীবা অমসুং হৈশিংনা মথৌ পাঙথোকই। থুমগী বিভাগকী হেনগৎলক্লিবাথুমগী ধর্মনা মহাক্কী ৱাখল অমদি লৌশিংবু

মাংহলখি। মতুংদদি মহাক চেকশিন্না লৈবসু ফৈ।

উকীলশিংনা ব্রারেপ অসি তাখি অমসুং চোংখৎলম্মী। পণ্ডিত অলোপীদীননা মোমোন নোক্লদুনা মপান্দা থোরক্লম্মী। মরুপ মপাংশিংনা পৈশাশিংগী লুট তৌখি। তৌবিমলগী ওইনা হরাওনখি। থৌজালগী ঈথক ইপোমনা অদালতকী য়ুমফম ফাওবা নিকখিরম্মী। বংশীধরনা মপাল থোকপদা মায়কৈ মরীরোমদগী মাগী মফমদা তুক্কচবগী মীৎয়েং য়েংলকখিরম্মী। চপ্রাসীশিংনা কোক নোল্লদুনা লৈখি ওকখি। তৌইগুম্বসুং মতম অসিদা অমকপা ব্রাহে মীৎযেং কল্লকমীৎয়েং হেনখিরম্মী। খুদম অসিদা মায়পাক্লবসু মহাক্লা নাপল তৌনা চৎলমদে। ঙসি মহাক সংসারগী অব্রাবা অমদি অঙকপা জ্ঞান ফংলম্মী। আইন অমদি পণ্ডিত ওইবগী লমচৎ-শাজৎনা উপাধিশিং, শাংল-শাংলবা খদাং কোইশিং চোল্লবা চোংগা ফুবিৎ লিৎপশিংসু অশেংবা লমচৎকি পাত্র নত্তে।

বংশীধরনা পৈশানা য়েক্লববু লৈখিরম্মী। মদুগী মমল শিংদোকপসু তৌদয়াদ্রবা ওইরম্মী। য়াম্না হাপ্তা অমা হৌখ্রে, ফম তাবগী যাথং-চে ফংলম্মী। মথৌ নিংথীনা তৌবগীদমক দণ্ডী ফংলম্মী। মরাইবক থিরবা থম্মোই কায়রবা, নুংঙাইতবা অমদি অব্রাবনা লেল্লদুনা য়ুমদা হল্লক্লম্মী। অহল ওইববা মপা মুন্সীজী হান্নদগী হৌনা মরৈ মরা তৌবা ওইবম্মী, চৎন-চৎন মাগী মচানুপাসিবু থেমজিল্লম্মী, অদুবু মহাক্লা অমত্তা তাবমদে। পুম্নমকপু যানিংলম্মী। ঐখোযসি যু য়োনবী অমসুং মীহাৎপগী অপাম্বদা খাঙদুনা লৈরে। অহলথংদা অশেংবা সাধু ওইদুনা ফম্বা অমসুং অকংবা তলব। ঐনদি নৌকরী তৌখি, কনাগুম্বনদি আফিসকী থবক তৌদে, অদুবু থবক তৌখি, থম্মোই শেংনা তৌখি, পুকচেল শেংবা ওইরে। য়ুমদা অমম্বা লৈরসু মসজিদতসু থাঙ্গৈশেংনা থাউমৈ পুম্নমক থানগনি। অসুম্না লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিং অরেম্বা ওইরে। অহল ওইরবা মপানা পাউসি তাবদা কোক ঙাওখি, হায়খিরম্মী - 'পুক্লিংনা পাম্মী মদুদি নহাক্কী অমসুং ঐহাক্কী কোকসি থুগায়সিরা।' য়াম্না থেঙলবা ফাওবা নিংঙমনিংঙমদনা খুৎ পায়শিন্দুনা লৈরম্মী। লাই নিংদনা অকনবা ব্রাহৈশিং হায়খি অদুগা বংশীধর মফমদুদগী লেংঙমদে, থাঙ্গৈশেংবা শাওনীংবা অকিবগী মশক লৌখি। অহল ওইরবা মমা ফাওবা ব্রাখি। জগন্নাথ অমসুং রামেশ্বর মন্দির যাত্রাগী অনীংবসু অরেম্বদা মাঙখি। মাগী নুপীনা নুমিৎ কয়ানি ফাওবা ব্রারী ফাওবা শান্নখিদে।

মতৌ অসুম্না হাপ্তা অমা হৌখিরম্মী। নুমিদাংব্রাইবমগী মতম ওইরম্মী। অহল

ওইরবা মপাবুং মুন্সীজী ফমলদুনা রাম-নামগী মালা পায়রদুনা জপ তৌদুনা লৈরম্মী। মতম অসিদা মহাক্কী থোঙজিন্দা লৈতেংলবা গাড়ী লাক্লগা খামখি। অশংবা অমদি গুলাপী মচুগী পর্দা নোংচুপকি ওইবা ষণ লাবা জুড়া মখোয়গী মঙক্তা শংবানবা মানবা মচিনা পীথ্রাই তোপ্লা ওইরম্মী। মনাই কয়ানা লেঙবান্দা চৈতুপ পায়দুনা লোয়নরকখি। মুন্সীজী তরাম্না ওক্লবা চেম্হোকখিরম্মী। পণ্ডিত অলোপীদীন ওইরম্মী। নোম্থদুনা দণ্ডবৎ তৌজখি অমদি অথোৎপা ৱা ফোঙদোকচখি। ঐখোয়গী লাইবক ফবনি, অদোম্না ঐগী য়ুমদা লেঙবীরকপসি। অদোম ঐখোয়গী পুজা দেবতানি, অদোমদা করি তৌজৌ, ইচিন অসিদা অমকপা লৈজে। করি তৌজগদগে, লাইবক থিরবনি, নত্রদবু অদোমদা মায়থোংসি লোৎপা তাদ্রিব্রা? ঈশ্বরনা মচা পীবিনিংদ্রবদি মচাসু ফংদে।

অলোপীদীননা হায়খি, 'নত্তে মরুপ' ইবুংঙো, অদুম্নগা হায়বিনু।

মুন্সীজীনা ঙকলপ তৌরদুনা হায়খি ''অসিগুম্বা ইচাদা করি হায়জৌ হায়বগে? অলোপীদীননা নুংশিবা ৱাহৈদা হায়রকলম্মী - শাগৈগী অমদি অহল লম্মনশিংগী মিংচৎ ফজনবগী সংসার অসিদা ধর্ম্ম লৈবা মীওই লৈরি, মহাক্লা ধর্ম্মদা মশাগী লৈজবা পুন্না কৎথোকপা ঙম্বা।

পণ্ডিত অলোপীদীননা বংশীধরদা হায়খি, দারোগাজী, মসি চিরোননি খনবিগনু। চিরোল তৌনবগীদমক ঐহাক অদুক হাক্লা খুদোংথিবা দরকার ওইদে। অদোমনা অহিং অদু তৌফম থোকপা থৌনানা ঐবু জেলদা থমখি, ঙসিসু ঐহাক ইশাগী অনিংবা ওইদুনা য়াজিন্নবা লাক্লি। ঐনা ইনাকখুনবা লীশিং কয়া থেংনখ্রে। অৱাংবা থাক্কী অফিসকী অচৌবা লীশিং কয়াগী থবক উখ্রে। ঐনা মখোয়বু ঙমখি। ঐনা মখোয়বু লনগী মনাই ওইহল্লগা থাদোকখি। ঐখোয় অদোমদা করিগুম্বা য়াবীনবা য়াথং পীবিয়ু।

বংশীধরনা অলোপীদীন লাকপা মতমদা হৌগৎলগা ব্যবহার তৌজখি - চাউথোচবগা লোয়নননা বংশীধরনা মহাশয় অসিনা ঐবু ইকাইহন্নবা অমদি পুক্লিং নুংঙাইতনবা লাক্লিবনী হায়বসি খঙলম্মী। ঙাকপীনবগী হায়জবদি হোৎনখিদে মহাক্লা মপাগী থাগৎপগী ৱাহৈসু খাঙমখিদে। পণ্ডিতজীগী ৱাঙাং তারগা মপুক্লিংদা ফত্তবা ৱাখলসু কোকখিরম্মী। পণ্ডিতজীগী মায়কৈরোমদা কোইরৈ লৈরবা মীৎয়েংদা য়েংখিরম্মী। তশেং তশেংবা ৱাখলগী মঙাল ফাওখি। নাপলনা ইকাইবগী মাঙদা কোক

নোনখি। ইকাইরদুনা হায়খি অদোমগী থৌজাল নত্তনা অসুম্না তাকপীরিবনী। ঐগী মফমদগী খুরুমজদবগী চথখিবা মওং ঙাকপীয়ু। ঐহাক ধর্ম্মগী থৌরীনা পুনখিবনা থোকখিবনী, নৎলমদ্রবদি ঐহাক অদোমগী ননাইনি। য়াথং পুম্নমক ঐগী ইকোকতা হৈথবিরো।

অলোপীদীননা হায়জবা ৱাখলদা হায়খি - 'তুরেলগী মপালদা অদোম্না ঐহাক্কী হায়জবদা য়াবিখিদে, অদুবু ঙসিদি য়াবিবা তাইদো।'

বংশীধরনা খুমখি - ঐহাক করিদা মতীক চারিবনো? ঐঙোন্দগী সেবা খরদি তৌজবা ঙম্মী। মদুদা অরান-অহুইদি ওইরোইদৌবা।'

অলোপীদীননা ষ্টাম্প নপ্পবা চে অমা পুথোক্লম্মী অমসুং মদু বংশীধরগী মমাঙদা থম্লদুনা হায়রকলম্মী "ফম অসিবু লৌবিয়ু অমদি অদোমগী সহি তৌবিয়ু। ঐহাক ব্রাহ্মননি, মপুংফাবা পাউখুম পীবিদ্রিমখে থোংজিন্দগী হল্লরোই।

মুন্সী বংশীধরনা চে অদুবু পারম্মী তৌবিমলতনা মমিত্তা মপি শীন্থরম্মী। পণ্ডিত অলোপীদীননা মহাকপু মাগী লনথুম পুম্নমক্কী লেঙদ্রবা মেনেজর ওইনা হাপখিরম্মী। চহিদা লুপা লীশিং কয়ামুক্কী তলব য়াওদনা নুংতিগী খরচ তোঙান্না, তোংনবগী শগোল, লৈনবগী যুম, মনাইনচিংবগী সেবা মনিংতম্না। তনিকপা খোঞ্জেলদা হায়খি 'পণ্ডিতজী, ঐঙোন্দা অসুক্কী মতিক চাবা লৈজদে মদুদি অদোমগী থৌজালগী থাগৎপদি ঙমজৈদো। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা ৱাংলবা ফমগী মতিকচাবা নচ্চদে।

অলোপীদীন নোক্লগা হায়রকখি - "ঐহাক মতম অসিদা মতিকচাবা নুপা অমগী দরকার ওই।" বংশীধরনা চীংলেম্বা ৱাখলদা হায়খি.." অসুম্না ঐহাক অদোমগী ননাইনি। অদোমগুম্বা মমিং লৈবা, পুকচেল চাউবা নুপাগী সেবা তৌবা হায়বসি লাইবক ফবনি। তৌইগুম্বসুং ঐঙোন্দা লাইরিক য়াওদে, লৌশিং য়াওদে, লমচৎশিংনা অরানবগী অশোয়বগী মপুং ওইরি। অসুক চাউরবা থবক্কীদমক য়াম্না খঙহৈরবা নুপা অমা দরকার ওই।

অলোপীদীননা কলম থমফমদগী কলম লৌথোক্লম্মী অমসুং বংশীধরগী খুত্তা পীরগা হায়খি, ঐ লাইরিক হৈবা, লৌশিং লৈবা, মুন্না খঙবা থবক্তা হৈ শিংবা পামজদে। মগুন লৈবশিংগী মরমদা য়াম্না থেংনরে। হৌজিক ইরাইবক ফবা অমদি নীংথিবা খুদোংচাবনা ঐঙোন্দা মনি ফংজরে। অদুগা মহাক্কী মফমদা মতিকচাবা অমদি লাইরিক

হৈবগী মণ্ডাল অরেম্বা তারে, কলম অসি লৌবিয়ু। হেন্না ব্রাখল তৌবিরনু, সোই তৌবিয়ু। ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি মহাক্না অদোমবু মতম পুম্নমক্তা তুরেলগী মপান্দা লৈবা অফবা, অকনবা, ধর্ম্মবু থাজবা দারোগা ওইহনবীয়ু।

বংশীধরগী মমিত্তগী মপি তাখি। পুক্লিংগী ইকাইরবা পাত্রদা হেন্না মীনুংশিগী ঙমখৈ লৈরমদে। হেন্না পণ্ডিতজীগী মায়কৈদা ভক্তি অমসুং থাজবগী মীৎয়েংগা লোয়ননা য়েংলম্মী অমসুং মশা নিক্লদুনা মখুৎনা মেনেজরগী ফমদা সহি তৌখি। অলোপীদীননা হরাউরদুনা মাবু লেঙ্গোনবীখি।



# পাউতাক

প্রয়াগকি নীংথিজনা লাইরিক লাইশু হৈরবা সমাজদা তশেংনমক পণ্ডিত দেবরত্ন শর্মা মণি অমা ওইখি। মহাক্না অৱাংবা থাক্কী মহৈসু তমখিরম্মী অমদি শাগৈ জাৎসু ৱাংখি। সরকারনা মাবু ৱায়েন শঙগী অচৌবা ফম অমদা হাপচিনবা পামখি, অদুবু মশাগী মনীংতম্ববুদি মাঙহনবা চুমদে খনখি। মাগী ফনবা খনবা মরুপ মপীজাশিংনা মাবু য়াম্না থেমজিনখি মরমদি খুদোংচাবদু নাম্হোকহন্নিংদে, সরকারগী থবক ফংবসি লাইবক ফবতনা ফংবনি, অচৌ - অচৌবা মীশিংনা থ বক ফংনবগীদমক লাঙতক্নরিবনি, অপাম্বসিগা লোয়ননা তাইবঙপান থাদোক্নরিবনি। মশাগী শাগৈগী মিংচৎকী মঙাল হেনগৎহন্নবগীদমক মসিদগী হেন্না অফবা লম্বী অমা লৈতে, মসিবু কল্পবৃক্ষনি খল্লু। থৌনা, লল-থুম, ইজ্জত অমদি মিংচৎ পুম্নমকসে মসিগী মনাই ঙাক্তনি। দেশ সেবানি লৈহৌরিবা, মদুসু নহাক্না দেশকিদমক নথৱায় করিগী থাগদৌরিবনো? সহর অসিদা লাইরিক লাইশু হৈরবা কয়া অমদি মরল মথুম পায়রবা কয়া লৈরি, মখোয়না নুংঙাইরবা য়ুম কৈদা লৈরি অমদি জীপ কারদা হরাও তয়াম্বগী উফুলনা মৈখু থোকহনবমখৈ কোয়রি। মখোয়শিং অসিবু দেশসেবক কৌদ্রবনে? করিগুম্বদা খুদোংচাবা লাকপদা মখোয়না দেশসেবাদা মপুক্লিং চংই। হৌজিক্তি ম্যুনিসিপাল ইলেক্সনগী খৎন-চৈনবসু মেয়োহোলগী ভোট থাদরিবশিংগী অকোয়বদসু পরেং শানা লেপহল্লি। ভবনগী মনুংদসু জাতিগী ঈশৈশিং অমদি ভাষন্না পুমনিল নিল্লি। অদুবু মীয়ামদুগী মরক্তগী কনাবু মশাগী ওইজবা পুমথা থাদোকপা ঙম্বা য়াওরিবগে? অহানবদা মশাগী হান্না খল্লগা কোন্না অতোপ্পগী খনবা হায়বসি জগৎকি হৌনবীনি। তশেংবদি জাতিগী ওইবা খন্ন-নৈনবদা হায়রবদি কলেজগী ছাত্র-ছাত্রীশিংগী থাক্তা তৌগদবনি। জগৎসিদা খোঙদারকপদবু কদায়গী জাতি অমদি জাতিগী ওইবা খন্ন নৈনবা মসিদি জগৎকী চৎনবীনি। অমুক হন্না জাতিগী থবক তৌবগী কান্নবা? য়াম্না কুপ্পা য়েংলবদি সরকারগী ফম ফংলবা মীশক্না মশামক্কী দেশকি মচিন-মনাওশিংগী সেবা তৌবা ঙম্বদুগুম কনানা অতোপ্পা ফিবমদা কৈদৌঙেদসু তৌবা ঙমদে। থৌজান হৈবা দারো-া অমনা



মশীং য়ামগ্রবা জাতিগী সেবকশিংদগী হেন্না ফৈ। ব্বায়েনশঙগী মজিষ্ট্রেট অমনা মশীং লাকঙমদ্রবা জাতিগী ওইবা দানবীরশিংদগী হেন্না সেবা তৌবসু ঙম্মী। মসিগীদমক্তা শুপ্নগী পুক্লিংদা অচেৎপ্পা ব্বাখল লৈবসু ফৈ। মীওইবনা অসিগুম্বা অপাম্বা ফিবমদা লৈরবদা দেশকি ফনবা পাংথোকপা ঙম্মী। মরম অসিনা হৌজিক হেন্না নিংজিং মাংজিং তৌরনু থুনমক ফমসি লৌবা ফগনি।

শর্মাজী ব্বাফমশিংদু কুপ্না য়েংশিল্লদ্রি অদুবু অরোইবগী ব্বাফম অদুমদি নুংগী ওইবা ব্বাফম মুন্না য়েংলুরগা পায়খৎপা মহাক্না য়াদবা তৌরমদে। অদুবু ব্বায়েন চৎনবীনা পুল্লবসু, অতনবনা খুদুম চল্লবসু, অয়াম্বা দেশশিংদা জাতিগী সেবা তৌবদা মিংচৎ ফংবা ঙম্মী খঙলবদসু, মহাক্না চাকরী তৌদবনা মশাগী অফবনি হায়না লৌখি। মহাক্কী মশাগী ওইজবা থাদোকপসিদা কলেজগী নহারোলশিংনা হেন্না থাঙ্গৎখি। মশাগী মায়পাকপা অসিদা জাতিগী ওইবা দ্রামা শান্নখিরম্মী। মসিগী নায়কতি ঐখোয়গী শর্মাজীনা ওইখি। মশাগী ওইজবা থাদোকপগী মরমদা সমাজগী অব্বাংবা থাক্তা খন্নবদা শর্মাজীনা থোইদোকপা মিংচৎ ফংখিরম্মী। মসিদগী মহাক্না চহি কয়ামরুম জাতিগী ওইবা সেবাদা পুক্লিং লুপখি। সেবা তৌরিবা অসিগী অয়াম্বা শরুক খবরগী ঈ-পাউদা য়েংদুনা মতম লেলম্মী, মসিমক জাতিগী সেবা তৌবগী থোইদোকপা শরুক অমা ওইনা লৌনরম্মী। মসিদা নত্তনা খবরশিংগী আর্টিকল ইদুনা, মীয়াম পুন্দুনা অমদি হেন্না নুংঙাইনা ব্বারী-ব্বাতায় শাদুনা লেনখি। শর্মাজী "ফ্রী লাইব্রেরী" গী সেক্রেটরী "স্তু দেন্স এসোসিয়েসন" গী সভাপতি সোশল সার্বিস লীগকী ষ্টেট মিনিষ্টর অমদি প্রাইমারী এডুকেসন কমিতি লিংখৎখিবা মীশক্নি। লৌউশিংঙুগা মরী লৈনবা হীরমশিংদা মহাক থোইদোক্না পামজরম্মী। খবরগী থোঙদা অনৌবা লৌউ-হার নত্রগা অনৌবা পুথোরকপগী মতাং উবদা মহাক্না খুদক্তা অঙাংবা পেন্সিলনা খোৎচিল্লি অদুগা আর্টিকলশিংদা মদুগী মরমদা নৈনৈ, অদুবু মাগী সহরদগী খরা লাপ্পা মফমদা লৈবা মশাগী লৌমী ফাওবা মহাক খঙনরমদে। মহাক্না হৌজিক ফাওবা প্রয়াগ সরকারগী লৌউ লোয়শঙ ফাওবা কোয়থোকপা ওইনসু অমুক্তসু চৎথোকউদে।

২

খুঙ্গং অসিমক্তা লালা বাবূলাল কৌবা মীশক অমসু লৈরম্মী। মহাক উকিল অমগী কেরানিনি। মহাক উর্দূ-হিন্দী খরা খঙলম্মী, মসিমক্না মাগী শিনফমদা নীংথিজনা চলাইবা ঙমজরম্মী। শকফমসু থীরম্মী। অসিগুম্বা শকফমদা মঔ চারখানা (চারখানা-

চুথেক মরি কাখন নায়বা ফী)থারবা অচোনবা ফুরিৎ লিৎপনদুম মঙোন্দা হেন্না পকচরম্মী। খোংঙুপ ফাওবসু মরৈবাক্কী তোংলম্মী। করি করিগুম্বদা মহাক মশাগী হকচাংদা হঙাঁম থাও তৈরম্বনি, অদুবু মসি হন্থবা লমচৎনি খন্দুনা শীজিন্নখিদ্রে। চহি অমগী মনুংদা থা তরুক্তি মহাক্কী খোঙদা মলম তৈরম্মী। আফিস কাবদসু খোংঙুপ তোংলমদে, অদুবু অরিকপনি হায়খিনী কিবদগী খোংঙুপ খুত্তা পায়দুনা চৎলম্মী। খুঙ্গং অসিদসু শর্মাজীগী লম লৈ। মসিগী মনুংদা বাবূলালগী শরুক খরা ফংজরম্মী। মরী অসিমক্না করিগুম্বদা মহাক শর্মাজীগী মনাক্তা লাক্লম্মী। হোয়! ছুটি থাবা মতমদা মশাগী খুঙ্গংদা চৎখি। শর্মাজীনা মহাক্কী মনাক্তা ফম্বশু পামলমদে, মরমদি মহাক্তি ফেসন তৌবা মীওইশিংগা তিন্নরম্মী। মুন্শীজী হায়বসিসু খরা মশা নোয়তক তৌবা মীশক্লি। অদুবু মশামক মীগা তিন্নবা য়াদবা মীশক্তি নৎলমদে।খোঙ থাঙদুনতা অদুবু মাগী অশোযবদি মহাক্না ঙানু কাঙশিংগী মরক্তা ক্বাকনা লৈবগুম চৌকিদা মখোঙ থাদদুনতা লৈবদুনি। মরুপ মপাংশিংনা অংগ্রেজীদা ৱারী শান্নবা মতমদা বাবূলালদি হন্থবা থাক্কী মীওই করিসু খঙদবা অঙাওবা, অপঙবনচিংবা উপাধি ফংবা মীশক ওইবম্মী। করি কবিগুম্বদা মীনা মাবু ফাগী জুগাই তৌদুনা লক্লবম্মী। শর্মাজীগী মফমদা হেন্না পুকচেল চাওবা ৱাখলদি তশেংনা লৈ মরমদি মহাক্না মশামক্কী অখঙবা মরুপ মপাংশিংবু য়াবিবমখৈ ইকায়বদগী কনখৎপিরম্মী। তশেংনমক বাবূলালনা শর্মাজীদা অশেংবা ভক্তি পোকখি। অহানবমক্তদা মহাক বী.এ. পাস তৌরবনি, মসিনা লৌবিবা অর্থদি মহাক সরস্বতী দেবীগী বর ফংলবা মচানুপা ওইরে, অনিশুবদা মহাক দেশ ভক্ত ওইরে। বাবূলালগুম্বা লাইরিক লাইশু হৈতবা মীওইগী মফমদদি অসিগুম্বা মনিগী মশক ওইরববু ইকায়খুম্নরবা মীশক ওইনা লৌবদা মঙোন্দা করিসু কায়দে।

৩

মতম অমদা প্রয়াগতা প্লেগকী লায়না শন্দোক্লম্মী। সহরদা লৈবা ইনাকখুনবশিংশু খুঙ্গংলোমদা চেন্নরম্মী। লাইবকথিরবশিংনা উচিগী মীশিদা শিনখি। শর্মাজীসু খুঙ্গংলোমদা চৎনবা লেপ্লম্মী। অদুবু মহাক "সোশল সার্বিস লীগ" কী মন্ত্রী ওইরুবনা ফিবম অসিদা সহর থাদোক্তুনা চৎলুরবদি মিংচৎ থীগদবা খনবদা কিজরম্মী। অদুবু খুঙ্গং চৎনবগী পাম্বৈদী থিরম্মী। লীগকী মীপুম খুদিংমক কলেজগী ছাত্র ঙাক্তনি। মহাক্না ছাত্রশিংদুবু কৌশিল্লগা মহাক্কী অপাম্বদু ফোংদোক্লম্মী - নখোয় পুম্নমক জাতি অসিগী মৈরানি। ময়ামসু শিবা কিদ্রবা জাতিগী আশাগী য়ুম্বী ঙাক্তনি। ঙসিদি ঐখোয়গী কোকথক্তা খুদোংথিবগী অমঙবা নোংগুম্বগী অৱাবা লাক্লে। অসিগুম্বা ফিব্মসিদা ঐখোয়গী মীৎয়েং থম্বা ময়ামগী মায়কৈদা নত্তনা কনাগী মফমদা থম্লুনি। নুংশিরবা

ছাত্রশিং পুন্সিদা দেশ-সেবাগী খুদোংচাবা হায়বসি লাইবক ফবদগী ফংবনি। ঈশ্বরনা নখোয়গী পরীক্ষা লৌনবগীদমক থৌনা ফবগী ব্রাখল পোকহল্লমবনি হায়বা কনানা খঙবা ঙমগনি। নখোয়দা থৌনা ফবগী ব্রাখল পোকহনবা ঙম্বা অমসুং খুদোংথিবা কয়া মায়য়োক্নরবসু ব্রাখল হোংদে হায়বসি মীয়ামগী মফমদা উৎপা ফৈ। হোয়, হরিচন্দ্র অমসুং ভারতপু পোকখিবগী থৌনা ফবী শেংলবী ইমা অসি ঙসিসু মচা নাওপুদ্রবী মমা হায়বদু ওইদ্রি। জাতিগী নহারোলশিংনা মঙোন্দা নৈহৎপিরবা মচিল মনাওশিংগীদমক থৌজাল অমসুং লেঙদ্রবা নুংশিবা লৈরি। মদুমক্না মখোয়না সংসার অসিদা মতম লৈবা খিবিক্তা মিংচৎকি উরোং খিনখিগনি। ঐখোয়না অখাঙকন্নবগী ব্রাখলগা লোয়ননা থবক তৌরবা লশ্বী অসিদি অরুবনি হায়না চিংননিংঙাই লৈতে; অদোম্না হরাউ-তয়াম্বা, হোকি-টেনিস শান্নবা তিন্নবা অমদি মিল্টন থাদোকপা তাই। নখোয়না খরা খঞ্জানবা অমদি হন্দোকপা তারবসু, জাতিগী সেবা হায়বসি স্বর্গগী নুংঙাইবগুম্বা জাতিগী ইরায় লায়না ফংবা ওইথোক্তে। ঐখোয়গী নুপা থোকপা পুক্নিংগী শক্তি অমদি হকচাং জাতিগীদমক শিজিন্নদ্রবদি অরেম্বা তাই। অসিগুম্বা অফবা থবক পাংথোকপদা ঐহাক নখোয়গী মতেং চংই, অদুবু ঙসি খুঙ্গংশিংদা লায়না শন্দোরকপগী পাউ ফংলে। মরম অসিনা ঐহাক মফম অসিগী থবক পুম্বা নখোয়গী নফমদা চেকশিন্না শিন্নরম্লগা খুঙ্গংদা মপুং ফানবা খুঙ্গংগী ইচিন ইনাওশিংগী সেবা তৌনবা চৎলে। নখোয়না হরাওনা ইমা লৈবাক্কীদমক নখোয়গী নথৌ পাংথোক্কনি হায়না ঐহাক থাজে।

অসুম্না নাম্থোক্লগা শর্মাজী নুমিদাংব্রাইরমদা ষ্টেসন থুংখি, অদুবু মাগী পুক্নিংদু খরদি মোৎলম্মী। অদুনা মহাক মশাগী পুক্নিংদা পাংদবা অমদি শোনবদুদা মতোমতা ইকাইখি।

তাঞ্জা চারুদুনা মহাক্না উকিল মরুপ অমা থেংনখি। হায়রিবা উকিলসিগী ময়ুমদা বাবূলাল হায়ব্রিবা অসিনা থবক তৌরম্মী, শর্মাজীনা কন্না চৎলম্মী। হায়রকখি শর্মাজী কদোমদা লেঙবিগদৌরিবনো? করিগীদমক অদুক কন্না থুনা চৎপিগদৌরিবনো?

শর্মাজী ইকাইরপ তৌখি, মশাবু চেকশিলজরগা হায়রকখি ঐবু কন্না চৎলবরনে?

উকিল - সহরদা লৈবা মীওই পুম্নমক করিগীদমক চেন্নরিবনো?

শর্মাজী - ঐহাক্তি অদুগুম্বা কিগনবদি নত্তে।

উকীল - মরুপ, করিগীদমক ওইদবা ঙাংলিবনো? শেংনা হায়উ, কদায়দা চৎকদৌরিবনো?

শর্মাজী - খুঙ্গংশিংদা লায়না শন্দোরক্লে, মফম অদুদা মতেং পিরনবা চৎলিবনি।

উকিল - মদুদি তশেংনমক অরানবনি। হৌজিক দিষ্ট্রীক গজত য়েংলগা ঐ লাক্লিবনি। শহরগী ৱাংমদা অনাবগী মমিং ফাওবা তান্নহৌদে।

শর্মাজীদি পাউখুম পীদনা খৎনবা হৌরকখি। হায়রকখি - গজতপু অদোমনা লাইফাও ওইনা লৌরমানে। ঐহাক্তি ভাব তাদ্রে।

উকিল - অদোমগী নাকোংদদি আকাশকী দুতনা হায়রম্ব: য়াই? অদুবু থৱায় মাংবা কিবদগী অদোম চেল্লিবনি হায়না তশেং-তশেংনা করিগীদমক হায়নীংদ্রিবনো?

শর্মাজী - ফরে, অদোমনা খল্লিবদুমক্তি হায়না অদুমক লৌবিরো। অদুবু অদোমনদি লৌবিদুনা পাপ তৌবিরে। মী খুদিংমক মথ্বায় থাবা পাম্মুই।

উকিল - হোয়, হৌজিক লম্বীদা লাক্লে, মসি নুপাথোকপগী ৱাফমনি। মশাগী থৱায় কনজবা হায়বসি শাস্ত্রগী অহানবা নিয়মনি। অদুবু হৌজিক কাওথোক্লগা দেশ ভক্তিগী ৱাফম পন্দুনা হেনজিন্না হায়বদি তৌবিগনু। থবক অসিগীদমক থোইদোক্লা তপ্লা অমদি আত্মাগী ওইবা পাঙ্গঁল দরকার ওই। মশাগী ওইজবা খনবা অমদি দেশ ভক্তি ৱাখল অসিনি ওন্ন-তৈননা খেন্নবা লৈ। দেশকি থৱায় থাদোকখ্রবশিংবু দেশ সেবক্কী অথোইবা মফম ফংই। ৱাঙাং হৈবা অমদি কলম পায়বতনা দেশ সেবানি হায়না লৌদে। য়ামদ্রবদা ঐহাক্তি খবর পাবদবু অথোইবনি লৌদে। হৌজিক ৱাজাউ ঙাংবিগনু। অদোমদা নত্তনা সংসার পুম্বা মশাগী ওইজবা থিরী।

শর্মাজীনা উকিলদুগী অকিবা য়াওদবা ৱাঙাংসিদা করিমতা পাউখুম অমত্তা পীবা ঙমখিদ্রে। অদুনা মঙোন্দগী নাম্থোক্লগা গাড়ীদা তোংখৎখিরম্মী।

অহুমশুবা ষ্টেসন য়ৌরকপদা শর্মাজী কুমথরম্মী। উকিলগী অকনবা ৱাঙাঙদা মহাক শাওনিংলম্মী। মহাক্লা মঙোন্দগী নাম্থোক্তুনা চৎপা পামলম্মী, অদুবু উকীলদুদি মাবু য়েংলগা নোক্লদুনা হায়রকখি - "অদোমগী খুঙ্গংদা প্লেগকি লায়না শন্দোকলব্রা?

শর্মাজীনা পাউখুম অমত্তা পীরমদনা ষনগাড়ীদা তোংখৎখি। অদুবু কনামত্তদা ভারা পিদনা নমফুদা গাড়ী তোংগদবা কয়াসু লৈরম্মী। মখোয়না গাড়ীদুদা মপোৎ মচৈ থাঙ্গৎলম্মী। ফাইরেন থানি। হৈনৌ মপানগী নুংশিরবা মনম পুরদুনা নুংশিৎসু তপ্লা শিৎলম্মী। করিগুম্বদসু কোকিলগী নুংশিরবা খোঞ্জেনসু তারম্মী। লবুক্তসু লৌউবশিংনা

নুংঙাইনা ময়াই কারদুনা লমতাগী ঈশৈ শকলম্মী। অদুবু শর্মাজীদি মশাগী মথম্মোয়দু ব্রারৌবগী নুংঙাইতবনা থম্মোই পেন্নিংঙাই ওইবা পোৎশকশিংবু পামখিদে।

ঙাইহাক্কী মতুংদা মখোয় খুঙ্গং অদুদা থুংলম্মী। শর্মাজীগী নোঙ্গাপ্রবা মপাবুংদু মীয়াম্না নুংশিবা মীশক ওইখি। পিকতক তৌবা হৈকোল, অপিকপা পক্কা চল্লবা গুহা, যুম অমদি শিবজীগী মন্দির- পুম্নমক অসিনা মহাক্কী মিংচৎকী খুদম ওইরম্মী। মহাক কালেস্থাগী মতমদা মক্কম অসিদা লৈরম্মী। মদুমক্তা শর্মাজীনা মফম অসিদা লাকপগী অহানবা খুদোংচাবসু ওইরম্মী। থবক শুরিবশিংনা অকোয়বদু শেংদোকখিরম্মী। শর্মাজীনা ষনগাড়ীদগী কুমথরক্লগা চুমদ্রিং ইমুংদা চঙখি, লৌমী কয়ানা মাবু উন্নবা লাক্লম্মী, অদুবু মহাক্লা মখোয়গা ব্রারী শানরমদে।

অহিং ওইশিল্লকপদা শর্মাজীগী মনাইশিংনা শগোল গাড়ী তোংলগা লাক্লম্মী। দোলাই পুবা, শগোল পান্নবা, চাক ইনশাং থোংবা অহুম্না লৌমীশিংদুবু উরগা মখোয়গী মীনাই ওইনা লৌরম্মী। শগোল পান্নবনা মশা অনোইবা লৌউবা অমদা শগোল থাদোকউ হায়খি।

মরাইবক থিরবা লৌমীদু শগোলগী মনাক্তা কিনা লাক্লম্মী। শগোলনা মশক খঙদবা মীশক অদু উবদা শাওরদুনা মশাগী মনা যুংখৎখি। লৌমীনা কিরদুনা হল্লকপদা শগোল পান্নবদুনা মঙোন্দা ইল্লগা হায়খি - ফরে, শুপ্নগী ষন্নাওগী মপা ওইরো। শনপোক খোয়বদদি জ্ঞান তাদব্রা। মসি লৌ, শগোলদু থাদোকউ। করি কায়গে, নোংশাগা লৈরবদি চাথোকচখিনিকো।

লৌমীদুনা কিবনা নিক্লদুনা শগোল চুপলিদু পায়রম্মী। মহাক্কী কিরবা মমায়দু উরুরগা নোকনিংবা পোকই। পুলিস অমগুম্না খোঙথাং খোঙথাংদা শগোলদুবু চেকশিন্না হৈশিংলবা মিৎয়েংদা য়েংলম্মী।

ইনশাং শেমলিবা মহারাজ অদু ফমুংদা তুমদুনা লৈরম্মী। মানা শাউনা হায়রকই, হে! শমককপদু কদায়দা লৈ? চৎলু ঈশিং মাইশিং পুরকউ, খোঙ খুৎসে হামদোকউ লাও।

দোলাই পুবনা হায়খি - ও! কনাগী মনাক্তগীনো হিদাক মনা শুনু খরা পুরকউ, য়াম্না কুইরে হিদাকফু থক্তবা।

মুখ্তার(কারিন্দা) সাহেবনা অতিথিশিংগী চা-থক্লবা খুজিল থৌরাং তৌরম্মী।

শগোল পান্নবা অমদি দোলাই পুবগীদমক পূরিশিং হৌরম্মী, চাক থোংবদা থোংনবা পোৎ-চৈ পীখিরম্মী। শেন পান্নবা সাহেব অদু মতৌদুদা চেনশিল্লখি অমদি লাইরবা লৌমীশিংদুদা কবি লৈরি হায়না হংখি। মখোয়দি মমল লৌদবা মিনাইনি। মতম অসিদা মনিংতম্না অশেংবা অচম্বা মীশিংদুনা সেবকশিংদুগী সেবক ওইখি।

৪

নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে। শর্মাজী মশাগী ময়ুমদা ফম্লদুনা খবর অমদি লাইরিকশিং পাদুনা লৈরমখি। রস্কিনগী ৱাঙাং মতুংইন্না নিংথৌশিং অমদি মহাত্মাশিংগা তিন্নতোৎনবনা নুংঙাইনা মতম হৌহল্লি। হালেণ্ডগী লৌউ-বিজ্ঞান, অমেরিকাগী শিল্প-বানিজ্য অমদি জর্মনীগী লাইরিক খুৎতম্বী অসিনচিংবা লুখ্রবা হীরমশিংদা ৱাখল খন্দুনা নৈনরম্মী। অদুবু মহাক্কী মনাক্তা লাক্নুনা মাগা ফমিন্নরবা খুঙ্গং অসিদা কনা লৈবিবা? মহাক্না লৌমীশিংগসু ৱাবী-ৱাতায় শাবা পামখি অদুবু কবিগীদমক লমহেন-তুহেনবা ৱা কন্না ঙাঙবা মীওইশিংনা মাগী মনাক্তগী লাপথোক্না লৈনিংলিবনো হায়ব সি মহাক খঙদে। শর্মাজীগী কোকতা লৌউ-শিংউবগী লৌশিং মবাং কায়না লৈবম্মী। হালেণ্ড অমদি দেনর্মার্ক্কী বৈজ্ঞানিক ওইবা লৌউ শিংউ, মসিগী পোৎথোক্কী ফল অমদি মফমদুগী কো-ওপরেটিব বেঙ্কনচিংবগী মতাংদা কুপ্না নৈনবগী মতাংদা মাগী মচিনদা ঙাঙথোকপা ঙম্লম্মী। অদুবু লৈত-লাইরশিংদা কবি পাউ পীবিবগে? কনাগুম্বনা শিহৌববা ষনবু অরেম্বদা কন্নবা হোৎনবনা কবিবু কান্নবগে হাযনা মহাক্না খন্থবগা হাযখি। শর্মাজীনা মখোযগী মফমদা ৱাবী শানিংবদুগী অবোনবা কবি লৈবগে হাযবদু খঙবা তশেংনা অরুবনি। অশেংবা মীনুংশি লৈরিববা নত্রগা মশাগী অখঙবা অহৈবদু উৎথোক্লবা হোৎনরিবরা?

শর্মাজীগী চিঠী সহরদগী লৌরুনবা অমদি পুরক্লবগীদমক্তা মীওই অনিখক নুংতিগী সহরদা চৎহলম্মী। মহাক লূইকূনেগী ঈশিংনা লায়েংবদা থাজরম্মী। মহাক্তি অকংবা উহৈ শীজিন্নবদুম হেন্না পামজখি। অদুনা মীওই অমদি থবক অসিগীদমক চেম্থোক চেনশিন তৌহল্লম্মী। মহাক্না কনাগুম্বগী থবক অরেম্বদা তৌগনু হায়না মাগী ট্রেজররদা কন্না হায়রম্মী। অদুবু কনাগুম্বনা থবক শুননবা হরাও হরাওনা চৎনিংলমদবসি উরুরগা শর্মাজী ঙকলম্মী। অদুনা নুমিৎ খুদিংগী মথং মনাও নাইনা মীশিংদু থবক শুবা চৎহল্লম্মী। মহাক্না মসিবু নমদুনা থবক শুহনবা ওইনা লৌখি।

শেন পান্নরিবা সাহেবতুবু অয়াম্বা মতমদা অরুবা থবক তৌহল্লম্মী। শর্মাজীনা লৌমীশিংগী অশোনবশিংবু য়েংলগা মথন্তা নাপল তৌবা নত্তনা অতোপ্পা করি খল্লুনি! করি করিগুম্বদা মহাক মশামক শাউবদগী মাগী ঈংলবা খাংপোকশঙদুদগী থোরক্লগা অমদি মশাগী অকনবা ৱাহৈ-ৱাতা ফাওবা ঙাঙলম্মী। শর্মাজীগী শগোলনা চানবা চরুনচিংবা শজিক্কী থৌরাং তৌবদা অৱাৎপা লৈগনি হায়বগী খুদোংথিনিংঙাই ওইরমদে। অদুবু নুংতিগী নুমিদাংৱাইরম খুদিং চৈনবা-লাউনবা অমদি কপ্পগী খোঞ্জেল মহাক্লা তারম্মী। করিগুম্বদা চরাংনবা অমা তাখিরম্মী। অদুবু মহাক্লা মদুগা মরি লৈননা মাগী পুক্লিংবু ফাথজরম্মী। মরমদি মহাক্লা খল্লম্মী শগোলনা চরা হেন্দুনা শিব ফাওবদি শিরোই। শজিক লৈনবা পৈশা পীখ্রে, অদুবু মসিদা অমা ৱারে-ৱারে ঙমদ্রে-ঙমদ্রে হায়রবদি তৌনিংবতা তৌজরো। শর্মাজীনা মাগী চম্প্রাসীদা শজিক্কী পৈশা ফংলব্রা ফংদ্রিবা হংনবসু কৈদৌঙৈদা খল্লুদে। পুম্নমকসি উরুরগা মহাক্লা খুঙ্গংগী মীওইশিং অসি য়াম্না মঙক কনবা বদমাশ ঙাক্তনি, অদুনা মখোয়গী মতাংদা মুক্তার সাহেবনা তাকখিবশিংদু তশেংবনি হায়না লৌখি। মহাক্লা ঈ-পাউগী থোঙদা অমদি লেকচর তৌদুনা ঙাংবা লাকপা তৌবশিংবু অরেম্বা লাউখোৎপনি হায়না শন্দোকখিরম্মী। মীশিং অসিদা ৱারী-ৱাতায় শান্নবতনা মতিক চাবা হায়না খনখি। খুঙ্গংগী লৈত-লাইরশিংনা মাগী মাগী মরমদা করি ৱারী-ৱাতায় শান্নরিবগে হায়বা শর্মাজীনা তশেংনা খঙবা ঙমলমদে। নোংমা শর্মাজীনা মহা য়াশিংগা তিন্নরুবদগী ঙক্লদুনা লময়েংবা থোরকখি। অসুম কোয়না মহাক্লা লবুক্কী মায়কৈরোমদা লাকলম্মী। মফম অদুদা হৈনৌ পাম্বীশিংগী মখাদা লৌমীশিংগী ৱানা তানজবা সনা মচুগী ফৌশিংদু পৈখৎতুনা থম্বা মায়কৈ মরীদা ফৌ পানবা খাউদোক্লবা পাম্বীশিংদু নোং নুংশিৎকুম পাইরম্মী। ষনশিংনা ফৌশিংদু মহৈ মরোংশিংদু চারম্মী। মসি পুম্নমক মখোয়গী হোৎনজম্নি ঙসি মখোয়গী খৌবুম থন্না চারিবসিমক মখোয়গী তৌবিমল খঙদবা মতৌদুনি। খুঙ্গংগী উশুবা, শউলশুবা, ফি-শুবা অমদি চফু শাবশিংনা মশা মশাগী চহি চুপ্পগী তানশিনবগীদমক থবক শুখিরম্মী। অতোপ্পা মায়কৈদা জগোই শাবশিংনা ধোল য়ৈরগা মশাগী বিদ্যা উৎলম্মী। কবীশ্বর মহারাজগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা কাব্য-শক্তি ঙসিদী হৱাও তরামখিরম্মী।

শর্মাজীনা উরিবা দৃশ্য অদুদা মপুক্লিং পেনজরম্মী। অদুবু হৱাওরিঙৈ অসিদা মহাক্লা মচৈ য়াওরবা মহৈমরোংগী মপুল পুনশিল্লিবা সিফাই কয়াসু উরম্মী। লৈকোলদা অকঙবা উনা মশক থীহল্লী নত্রগা ললিত সঙ্গীত্তা সুর কায়রবা তাননা তাবা মতমদা

নুংশিদবা থোকহল্লি, মতৌ অসুম তৌনা শর্মাজীগী নিংথীবা থম্মোইনুংগী মিৎয়েংদা য়েংনিংঙ্গ্রবা সিফাইবু উখি। মহাক্না সিফাই অমগী মনাকতা চঙশিল্লগা কৌরম্মী। মহাক উবমক্তদা পুম্নমক্না মশাগী কোয়েৎতু পায়শিল্লগা চেল্লকখি।

শর্মাজীনা হংখি, নখোয় মফম অসিদা অসুমাইনা করিগী ফমদুনা লৈরিবনো?

সিফাই অমখক্না খুল্লকই, ইবুংঙো, ঐখোয় লৌমীশিংবু ৱাহল্লোই, অদুগা মখোয়দগী পৈশা অমা ফাওবসু লৌজরোই। মহে মরোং য়ুমদা পুবসু থেংলে অদুনা মখোয়গা হেক্তা ৱারীসু শাজরোই। মখোয়সি ওহ্লোক্না লমহেনবা মীওই ঙাকতনি। ঐখোয় অহিং চুপ্পা তুমদবমখে ফমদুনা লৈরে। মিৎ হায়ফেৎতং উইরবদা পুম্নমক মাঙখ্রে।

শর্মাজীনা হংখি, নখোয় মফম অসিদা কয়াম কুইনা লৈরল্লিবনো? সিফাই অমনা খুল্লকই ইবুংঙো! ঐখোয় লৌমীশিংগী মমাঙমক্তদা মহে মরোংদু ওল্লিবনি। মদুদগী অথোকপা খরদুদগী থমহৌগদবদু কক্লগা অরেম্বশিংদু লৌমীদা পীরিবনি।

ফিবম অসিদা লৌমীশিংগী ফিবমসিবু করিগী ফত্রিবনো হায়না শর্মাজীনা খল্লম্মী। লাইবক থিরবশিং অসি মশাগী লনগী মপুসু ওইদ্রে। অদুগা মখোয়গী মশাদা থমলগসু খুদোংচারকপদা য়োনথোকপসু ঙমলরোই। খুদোং চাদবশিংসি খরদং চেকশিনহনগদ্রা? অদু ওইরগনা লমগী ভাড়াসিনা করম্না শিংগৎলক্কনি ?

ৱাফমসি খল্লগা শর্মাজী মফমদুদগী চৎখি। সিফাইশিংনদি মহাক্না লোয়ননা চৎপা পামলবসু মহাক্না য়ারমদে। মরমদি সিফাই ময়ামগা চৎমিন্নবসি মঙোন্দা হৈনরমদে অদুনা মহাক মথন্তা খুঙ্গংদা চৎখি। অপিকপা খুঙ্গং অসিদা লূবা নানবগী ৱাফম লৈতে। মায়কৈ মরীদা নমথি - হাওথিবা মনম ঙাক্তা চঙলকখি। কনাগুম্বগী থোঙজিন্দা শম্বীগী মনম নম্মী। লৈখোম অমদি ফত্তহৌদিনা শিৎলিবা নুংশিৎপু শেংহন্দে। য়ুম মনাক্তা হারগীদমক শম্বী লংশিনবনা খুঙ্গংদা নমথিবা মনম শন্দোকই। লোয়ন-লোয়ননা হারগী শরুক্তু নুংশাগী মৈশাদা অমদি নুংশিৎকী শাহুমদা অঙকপা ওইরম্মী। খুঙ্গংগী য়ুম অমদি লম্বীশিং মওং তাদনা তেক কায়রে। নমথিরবা নালাগী ঈশিংবু চেন্নবা ঈরমদু কনামতনা শেমদবনা নমথিবনা নুংশাশ্বর ফাওবা থিংল্লে। শর্মাজীগী নাতোন্দু রুমালনা খুমজিন্দুনা নুংশাশ্বর থিংল থিংলগা প্রপ-প্রপ চৎলম্মী। পুম্নমক্তু মপুক্লিংদা অঙকপা অমা য়াওনা চেল্লকখিরম্মী। নুংশাশ্বর থিংদুনা কুংখ্রবা নীম পাম্বীগী মরক্তা লাক্লগা লেপলে। অদুবু হৌজিক ফাওবা নিংথীনা শ্বর হোনবা ফংলমদে। বাবূলালনা মনাক্তা লাক্লগা কংঙাউম্না হংঙকই- কনাগী ষন লাবগা লৈরমগদগে ?



শর্মাজীনা শ্বর চিংশিল্লগা খুন্নকই - ষন লাবদগী হেন্নবু অকিবা হু চেনবা নুংশিৎ হোল্লিবনি। অস! খুঞ্জাশিংসিবু অসিগুম্বা নমথিবসিদা করম্না হিংলিবনোনে?

বাবূলাল - হিংলি, অসুম্না অসুম পুন্সি লেল্লিবসিনি।

শর্মাজী -অদুবু মফম অসি লুনানবরা?

বাবূলাল - হোয়, অসোম থংবা মায়কৈ খুঙ্গংগী ব্রাংমদদি তরু - তনানবা মফম ফংবিগনি।

শর্মাজী -অদুবু সোমলোমদা অসুক য়াম্না মোৎলিবসিনা করিগীনো?

বাবূলাল -হৌনা চৎন লোনচৎ খঙদবশিংসিবু ঙাকপিয়ু।

শর্মাজীনা নোক্লগা হায়রকখি - থব্রায় নিরক্লবদি। শেংনা হায়য়ুনে মসিবু করি ব্রানো হায়বা? মায়কৈ অমদা শীৎ নানবা অদুগা অতোপ্পদনা মোৎপা?

বাবূলাল - মসিনা ঐগী শরুক্তি অদুগা অমদুনা অদোমগী শরুক্তিদনা। ঐহাক্কী শরুকসি ঐ ইশানা য়েংশিনজ্ঞে, অদুগা অদোমগী শরুক্কা ননাইশিংগী থৌজানগী মখা পোল্লি।

শর্মাজী - ও! ফরে, খঙলে! অদোমবু করি তৌবিরিবগে?

বাবূলাল - করিসু তৌজদে, শুপন্তগী হায়জবনি। মফম অসিদা হেন্না অমোৎপা উরিবসি ইশানা শেংদোকচগদবনি। ঐনা লু নানবগী মনা অমসু থমজরি, থা খুদিংগী খ্বাইদগী হেনবা য়ুমগী মপুংদুবু মনাসি পী। হেক্তা লেংশিনবিয়ু, ফমবিয়ুনে।

শর্মাজীগীদমক চৌক্রি অমা থাখিরম্মী। মহাক চৌক্রি অদুদা ফমথখি অদুগা হায়রকই -অদোমবু ঙসি লাকপিব্রা?

বাবূলাল - হোই হয়েংসে ছুটিনি। অদোম্না খঙবিরিবদুনি ছুটি নুমিৎশিংদা ঐহাক মফম অসিদা লৈজে।

শর্মাজী - সহব অসিদি করি ফিবমদা লৈরিবগে?

বাবূলাল - সহর অসিগী ফিবম অসি খরদি ফত্রি। মসিদা সোসিয়েল সার্ভিস লীগকী কাঙবুসু থম্বা উখিদ্রে। লাইরবশিংগী য়ুমদা অৱাবা তারি। বাজার থোঙ লোল্লে। চানবসু অমত্তা ফংদ্রে।

শর্মাজী - শেংনা খুম্মুনে, অসিগুম্বা মৈফমদা ঐহাক করম্না ফমদুনা লৈরুনি? ফরে, ময়াম্না ঐগী থব্রায় অসি মমল য়াওদবা ওইনা লৌবিরে। মফম অসিদা ঐহাক্না লাকপা মতমদা উকিল সাহেব উন্নখিদো, ফত্তবা ওইরে ঐঙোন্দা দেশ-ভক্তিগী পাউতাক

পীরগনি। মহাক মশাদি করিগুম্বদা কাউথোকখিবদগী দেশকিদমক ৱাখল পোকখিদে, অদুবু মহাক্নদি ঐঙোন্দা পাউতাক পিবসি মাগী মথৌ ওইনা খনখি। ঐহাক্কীসু দেশ ভক্তিগী হক লৈবা নত্রা? অদুগা য়েংউনে, মহাক্তি দেশ-সেবকনি হায়না লৈরি।

মীশিংনা লুপা কয়া কয়া মশাগী নুংঙাইজবদা মাঙহল্লি, অদুবু মখোয়গী মশীংসু জাতি সেবকশিংদা চল্লি। ঐহাক্তি খরদা ওইরবসু মীয়ামগী তৌরি। ঐহাকসু মীনি, কনামত্তা লাই নত্তে। ঐঙোন্দসু লনগী অপাম্বা তশেংনা লৈ। ঐসু ইশাগী পুন্সিগী ৱারী ইবদা মতম লেল্লি, ইরৈবাক নুংশিবগী ৱাখলদা ঐ পুক্নিং চঙলি, মখোয়গীদমক ঐহাক য়াম্না চাউথোকচৈ। করিগুম্বা ইনাক কৈরাক খুনবা মী নত্রগা উকিলগী মনাক্তা মখোয়গী শেনগা মরী লৈনবা থবক অমগীদমক চৎলুরবদি মখোয়না ঐবু ওন্থোক্লা নুংশিবিখিদুনা ঐগী অৱা নুংঙাইবগসু হংবিরিপোৎনি। অদুগা করিগুম্বা লাইবক থীবদগী শেনখায় নত্রগা তেংবাং (দোনেসন) গীদমক মখোয়গী মনাক্তা চৎলুরবদি ঐবু মখোয়গী যমগী দৃতকুম্না খল্লি। মতমদুদা মখোয়না ঐঙোন্দা তৌরকপা মওংদুদি ঐগী লৈজরম্বা থৌনা লৌশিং পুন্বা পুম্মাং হেক মাঙ্ঙী। অসিগুম্বা খুদোংথিবশিংবু ঐহাক করম্না খাঙগনি। অদুবু করিগুম্বা সভাগী সভাপতি খনবগী মতমদা উকিল সাহেবপু মসিগী মতিকচাবা পাত্র ওইনা লৌনৈ, মহাক্তি লনগী মতাং নত্তনা মথক্কী ফম অসিগীদি ফংবা য়াবা অধিকার লৈতবনি। অদুনা ভাই, থীবোং লাওরবদি খুবাক চারে হায়বদুনি। মরৈবাক নুংশিবগী মনা মথুম অসিশু জাতিগী ইজ্জতনি। অদু ফাওবদা ঐহাক য়ৌবা ঙমদ্রবদি করিগীদমক অরেম্বদা থৱায় থাগদৌরিবনো? ঐনা চহী নিপাল চুপনা শেল তানবদা মতম লেল্লক্লবদি হৌজিক্কসি অচৌবশিংগী মনুংদা মশীং চল্লমলগনি। হৌজিক ঐহাক্লা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা খুঙ্গংগী বেঙ্কশিংদা চে ইরে, থা কয়া চংনা মসিগী থৌরাং তৌদুনা লৈরে, চেফোঙ কয়াগী লামায় মথক-মখা ওল্লে, অদুবু কনানসু মখোয়দু পানবগী অৱাবদু অৱাবা ওইনা লৌদ্রি। কনাগী থবক্তা কন্না হোৎনরবদি য়ামদ্রবদা ইশাগী অতোপ্পা কান্নবা ওইজরবনি। ঐঙোন্দা ৱাফমশিংসিবু কনামত্তনা হংবিদে হায়বা ঐ খঙই। ইজ্জত অমদি মিংচৎ পুম্নমক ললগী মনাইনি।

বাবূলাল - অদোমগী ৱাদু অচুম্বনি। অদুবু অদোমগুম্বা পুকচেল চাউবনা ৱাফমশিংদু পুক্নিংদা খনবিদ্রবদি থবক অসি কনানা পাংথোক্কনি?

শর্মাজী 'অনরেবল', ওইদুনা কোয়রিবা নত্রগা নগরগী মপা হায়না কৌনরিবা হায়বসিনা থবক অদুম তৌগনি। ঐহাক হৌজিক কোয়দুনা সংসারগী মওংসি চংকনি।

বাবূলালনা নুপাসি মতমসিদদি মথৌনা লৈরে হায়বা খঙলে। হীরম হোংদোক্নগা হংই, তাকপিয়ু অদোম্না খুঙ্গংবু করম্না খনবিবগে? অদোমদি মফমসিদা ইহান হান্না লেঙবিরকপনি।

শর্মাজী - ইহে! মসিদনিনে ঐনা ফম্না ফম্না পাখৎচরিবসে। হোয়, মসিদা অনৌবা ব্রাখল খরদি তশেংনা ফংলে। খঙলমদবা খরা মাঙখ্রে। অহানবদদি লৌমী হায়বসি য়াম্না অতোনবনি লাইরবনি খল্লুই হৌজিক্তি খঙলে মখোয়সি নুপা থোক্তবা ইকাই খুম্নিংঙাই ওইদবা অমদি ফত্তবা ঙাক্তনি। মখোয়দি হেন্না হায়রিঙৈদা সুকতা তারোই। অদুনা মখোযদা খুদোংথিবা থবক কয়া পামলবদি পায়খৎলু। হোয়, মখোয়সে অতোনবা শানি। লৌ-ইংখোল খাজানা লৌনবগীদমক মখোযগী অব্রাবা হেক্তা দরকার ওইবে। য়ৈথোক্লবদি পৈশা অমত্তা ফংলোই। ব্রাকৎলু, দখল তৌহনগনু, নোটিশ পীয়ু, আপত্তিশিং খাঙজসনু অদুবু মতম চানদি পৈশা পিথোকপদি মখোয় খঙদে। মসি পুম্ন মকসি ঐগীদমক্তদি অনৌবা ব্রাফমনি। ঐহাক মখোয়দা মীনুংশি পোকলম্মী, অদুবু হৌজিক্তি পোক্ত্রে। পাউজেলচেশিংদা মখোয়গী লৈত-লাইরগী অব্রাবা ঈশৈ শক্লে, মখোয়গীসি মতম চুপ্পগী ভাবনা শাগৎতুনতা লৈ।

বাবূলালনা খন্থরগা পাউখুম পীখি, ঐহাক হৌজিক ফাওবা কনামত্তদগী ব্রাকৎ অমত্তা ফংদ্রি। ঐনা থেংনরি, মীশিং অসি য়াম্না লমচৎ ফজবা নোল্লুকপা অমদি তৌবিমল খঙলি। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মগুন ফোঙদোকপদি থেংনদ্রি। মখোয়দা উন্নরুবা অমদি তিন্নরুবদা মচং ওইবা গুনদি উৎথোরকই। মখোযদা থাজরুবা মতমদুদা মখোয়না অদোমদা থাজরক্কনি। অদোম্না হায়গনি হীরম অসিদা তকশিনবা। মখোয়গী থবক্লি অমদি অদোম্না হায়বসু মতিক চায়, অদুবু শতাব্দীশিংদগী মহাক্না য়াম্না কন্না থবক শুরকই, অব্রাবা খুদোংথিবা কয়া থেংনরকই অদুগা মখোয়দা নিংতম্বগী গুনশিং মাংলকই। জমীন্দারবু মহাক্না খল্লি, মহাক্কী থবক অদু মখোয়না চাথোকখিবা ওইনা লৌই। মখোয়না মহাকপু মায়োক্লবা ঙমদে। মরম অসিনা তাৎ অমসুং নমথাকতনা থবক পাংথোকই, মসি মখোয়গী পাঙ্গল শোনবগী অমত্তা ঙাইরবা মরমনি। অদুবু অদোম্না অমুক্তংদি মখোয়গী থাজবগী মীওই ওইবিয়ু, অমুক হন্না অদোম কৈদৌঙৈদসু মখোয়গী ব্রাকৎ তৌরক্লরোই।

বাবূলালনা ব্রারী শাদুনা লৈরিঙৈদা শউন শুবশিংনা নাপী মপুল পুরক্লগা তুমিন তুমিন চৎনখি। শর্মাজী ঙকলম্মী। নাপীগীদমক মহাক্কী যুমদা নুংতিগী অব্রাবা

ওইখি অদুগা মফম অসিদা কনাগী ঈপাউসু ফংলমদে। হায়রকখি, অরোইবা থাজবা মতমগী কনাগী মতেংসু লৈরিব্রা?

বাবূলালনা পাউখুমখি, অদোমদি লৌশিংশিংবা মীওইনি। অদোমগী মাংদা ঐহাক ঙাংবদা হঙ্গোইবা পোকই। ঐহাক মসিগী উপায় খঙই। মখোয় করিগুম্বা খুদোংথিবদা উরুরগা মখোয়গী মতেং পাংবিয়ু ঐহাক মখোয়গীদমক মাইবা শিনফম তমলবনি অমদি পিকতক চাউতক্কী হিদাকয়োনফম অমা হাংলে। লুপা প্পামলবসু লুপা; মহে মরোং পামলবসু মহে মরোং পিরী, অদুবু শেনদোয়দি লৌদে। মসিনা ঐগী কনাগীসু অমাংবা ওইদে, অতোপ্পা মওংদা শেন্দোয় হেন্না ফংবা ঙম্মী। খুঙ্গংদা মিত্তাংবী নুপী অনী অমদি কনাগু লৈজদ্রবি নুপীমচা অনী লৈরম্মী। মখোয়গী লৈনবগী খুজিল থৌরাং তৌরম্মী। মখোয় থবক কন্না শুনোমখি, অদুবু অফবা মিংচৎতি ঐনা ফংলি।

মমৈথংদা লৌমী কয়া লাকখি অমদি হায়রকখি, ভৈয়া, ভাড়া লৌরো।

শর্মাজীনা খনখি, খাজনাগীদমক ঐগী চপ্রাসীনা লবুক্তা কাংথোল থম্লগা তুমলি অমসুং লৌমীশিংনা মহে মরোংগী মপুলগী মনাক্তা খপ্পা তৌদ্রি অমসুং খাজনা অসিশু হায়জরি। হায়রকখি, মসি পুম্নমক ওইবা য়াই, জমীন্দারনা খুঙ্গং অসিদা লৈরবা মতমদা।

বাবূলালনা খুমখি, হোয়, অতোপ্পা করি? জমীন্দারগী খুঙ্গংদা লৈতবনা লৌমীশিংগী হেন্না মাংজে। কেরানীশিং অমদি মীনাইশিংদগী আশা তৌবসি অশোয়বা লৈ মদুদি মখোয়গা লোয়ননা ব্বারী ব্বাতায় শাগনি, মরমদি মখোয় অসি ইচম চম্বা থবক শুই। লৌমীবু শাউহল্লবদি মখোয়না মপুগী মফমদা ইচম চম্না করিসু তৌনিংদে, মখোয়না ফত্তবা অমদি খৎনবা তৌরকই। লৌমীশিংবু ব্বারী শাবদা মুন্দুনা লৌবা য়াই, মখোয়না থৌরি পামলবসু পীয়ু। থোংজাউদা চৈশু য়ুংশিনবা পামলবসু মদু পুজা তৌ। য়ুমথক অমা থাঙ্গৎনবগী লুপা তরা জমীন্দারনা মতেং পীয়ু, লুপা অনিদী মুন্সীজীবু তশেংনা পীবা তায়। হিসাব তৌরিবশিংবু ঘী-শঙ্গোম লেম্না পীজ-পিথক তৌ। করি করিগুম্বদা গেহু চেঙ ফাওবা লেম্না শিজিন্নরম্বা য়াই। জমীন্দারনা লৌমীশিংবু মুন্দুনা লৌরবসু, হিসাব শুবশিংদি ব্বাৎনা মুন্দুনা লৌদে। জমীন্দারনা পৌব্রা অহুমগী ভাবতা পৈশাগী সের থন্না ঘী লৌই কেরানী মশাগী ময়ুম, মশাগী মবাইশিংগীদমক ছটাক তরানিপাল পামলি! খর খরগী ব্বাফমগীদমক দন্দী অমদি চৈরাক পিনা পিনা লৌমীশিংবু অব্বাবা তাহল্লি। অদোম্না খঙলে মসিদগী থবক তৌরিবা ৩০) তোল্লবসু জমীন্দারশিংগী হিসাব শুরিবা মীওই ৮), ১০) দা অয়াবা লৈরি; মরমদি ৮),১০) কি হিসাবশুবা চহীদা ৮০০), ১০০০) মথক্তা পৈশা তাল্লি। অব্বাবদি জমীন্দার মীওইশিংদা মহে

তম্বীবগী চাউখৎনবগী লোয়ন-লোয়ননা সহরদা লৈবগী চৎনবী নুমিৎ কয়ানিদা মশীং হেনগৎলক্নি। খণ্ডবা ঙমদে, মতুং তাবদা অসিগুম্বা লাইবক থিরবশিংগী করি খোঙচৎ ওইগনি।

৫

শর্মাজীনা বাবূলালগী ব্রাঙাংশিং ব্রাখল চংনা লৌশিনখি। অদুগা মহাক নিংথিনা লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওই ওইরম্মী। মহাক্না অচুম্বদু করিগী তশেংনা ওইদ্রিবনো হায়না মরৈ য়েত্তদুনা হেক্তা লৌশিনদে। বাবূলাল হায়বসি মহাক ইচম চম্বা লৌশিংগী মীশক ওইনা লৌরম্মী। ব্রাখলসিদা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা অহোংবা লাকপসু ওইথোকলমদে। অসুক য়াম্বসি ওইদবা ব্রাঙাংশিংগী ওন্ন তৈন্নবদা ইথিল পিবদী মহাক বাবূলালদা ব্রারৌখি। মহাক্না অসুম্না লৌখি বাবূলাল মশাগী নীংথিনা শিনবা হৈবগী নাপলনা শর্মাজীবু তোন্না হন্থনা লৌখি, ঐঙোন্দা তম্বীবগী হোৎনরিবা অসিনা মতম লৈবা খিবিক্তা অতোপ্পবু নীংথিনা লৌশিং তম্বীবা অমদি ইজ্জত উৎন্নবা হোৎনরিবা বাবূলালগুম্বগী মমাংদা করম্না কোক নোনগনি? মরম অসিনা মফম অসিদগী চৎলকপদা শর্মাজীগী তর্কশক্তিনা বাবূলালগী ব্রাঙাংশিংবু আলোচনা তৌখি। ঐহাক খুঙ্গংদা করিগীদমক লৈরুনি? পুন্সিগী আশা পুম্নমক্তা থবক করিগী কায়গনি? লৌব্রায়মচাশিংগা লোয়ননা ফমদুনা অমগা অমগা অরেম্বদা ব্রারী শাগদ্রা। পুংজা পুংজা খুদিংদা নুংঙাইনবগীদমক মখোয়দা ব্রারী শাবা ওইথোকই, অদুবু মসি ঐহাক্কীদমক খাংঙমদে, মখোয়না নুমিৎ চুপ্পা ঐগী কোকথক্তা উংদুনা লৈরে। ঐহাক্তি ঙাওবসু য়াই মখোয়গী ঙাকশেনবা হায়বসি ঐগী ইথৌনি, অদুবু মখোয়গীদমক পুন্সি মাংহনবসি কৈদৌঙৈদা ওইথোক্তে। বাবূলালদৌনা চৎনবগী শক্তি ঐঙোন্দা লৈতে মদুদি মরাইবক থিরবা অসি খুঙ্গংগী ঙমখৈদগী লাননা চৎথোকপসু ঙমদে। ঐহাক সংসার অসিদা থবক য়াম্না তৌবা তাই, মিংচৎ লৈহনবা তাই। খুঙ্গংগী পুন্সি ঐগা মুক্ত বা নত্তে, শুপ্নতগী থব্রায় শোকপতনি।

মসি খল্লদুনা মাগী ময়ুমদা থুংখিরম্মী, করি উরকখি হায়ববু কনস্টেবল কয়ানা য়ুমগী মাঙ্গোলদা হিপ্তুনা লৈরমখি। মুখ্তার সাহেবনা শর্মাজীবু উবমক্তদা মাংওইন্না হেঙ্গৎলগা ঙাংলকখি, হজুর! বড়ে, দারোগাজী ছোটে দরোগাজীগা লোয়ননা লাক্নি। ঐনা মখোয়গীদমক ফমুং কা মনুংদা থাজরে। মখোয়শিং অসি অসোমদগী লাকপনিনা মফম অসিদা পোৎথাহনজরগে। খুঙ্গংশিংদা মখোয়গী মফম চাবা কদায়দা লৈগনি?

কা লৈতে হায়না হৌজিক মখোয়দা করম্না হায়রুগনি। হজুরগী ফমুং মথক্তা ফম থাজরে।

শর্মাজী মহাক্কী অতোপ্পা দেশ নুংশিনা খনজবা মচিন মনাওশিংগী মতৌগুম্না পুলিসপু শাথিনা য়ানিংদবা ওইরমখি। পুলিসশিংগী মীওৎ-মীনৈনা মঙোন্দসু হেন্না তুক্কচবগী মীৎয়েং লৈজখি। পুলিসকী মীশক্লা ঈশিং থৌরাংবদগী শিবা তারবসু পুলিসতা ঈশিং পীথোক্লোইদবনি হায়বসি মহাক্কী সিদ্ধান্ত ওইরম্মী। মশাগী কেরানীদগী পাউ অসি হেক তাবদা মহাক্কী হকচাংদা মৈনা চাকপগুম তৌখি। মাগী মেনেজরগী মায়কৈরোমদা শাউনা য়েংখি অদুগা থুনমক কারোমদা চৎখিদুনা নুংশিদ্রবশিংগী পুল্লিবা পোৎয়োম লংথোকনিংখি। বাহ, ঐগী য়ুম ওইদ্রে, কনাগী হোটেল ওইরেদনা! লাক্লগা চৈরকখি। শাওনিংবা উত্তনা মাঙ্গোন্দা থুংলবদা মমৈথংদা ছোটে দারোগা বাবু কোকিলা সিংহনা কারোমদগী থোরক্লগা খুরুমজখি অমসুং খুৎ তিংথোক্লগা ঙাংখি - অফিস সাইটদগী লাকপনি, অদোম উন্নজরে। অদোম ঐবু কাউবিরমখিরোই হায়না খঞ্জে।

মহাশয় অসি চহীগী অনীগী মমাংদা সোসিয়েল সার্ভিস লীগকি থৌনা লৈরবা মেম্বর ওইখি। ইন্টরমেদিয়েট ফেল ওইরবা মতুংদা পুলিসকি থবক্তা চঙলকখি। শর্মাজীনা মহাকপু উবদা মশক খঙবা ঙমখি। শাউরম্বদু তপথখিরম্মী। মোমোন নোক্লদুনা হায়রকখি, অকাওবা হায়বসি অচৌ অশাংগী থবক্নি। ঐনদি অদোমবু অথাপ্পদগীসু খঙবা ঙম্মী। হায়বিয়ু, পনফম অসিদা করি লৈরিবগে? কোকিলা সিংহ হায়রক্লম্মী, হোয় হৌজিক মতমসি মফম অসিদা লৈজরি। লেঙবিরকউ, অদোমবু দারোগাজীগীদা পরিচয় তাকচগে।

ইমুং মনুংদা আরাম চৌক্রি মথক্তা হিপ্লদুনা দারোগা জুল্ফিকার অলীখাঁ চুরূপ থক্তুনা লৈরম্মী। হকচাং শাবাল নিংথীরবা মীওই ওইখিরম্মী। মায়থোঙদা মতিক মগুন লৈরম্মী। শর্মাজীবু উবদা হৌগৎলগা খুৎ শোক্লখি অমসুং হায়রকখি, অদোম অচৌবশিংগী সেবা তৌজনিংবগী অপাম্বা নুমিৎ কয়ানিদগী লৈজরক্লবনি। ঙসি লাইবক ফবদগী খুদোংচাবা ফংজরে। অসিগুম্বা মতিকচাদবসি ঙাকপিগনি।

শর্মাজী ঙসি খঙবা ঙমলে পুলিসকী কাঙবুসি লমচৎনাইদবনি হায়বসি চুমদে। খুৎ শোক্লরগা হায়রকখি, অদোমনা করি তাকপিনিংবনো, মফম অসি অদোমগী য়ুমনি।

অদুবু মসিগা লোয়ননা পুলিসতা দোষ তৌবা খুদোংচানা মখুৎমকতগী পাংথোকপা পামজখিদে। কোকিলা সিংহদা হায়খি অদোমনা হৌখিবা চহীদা কলেজ

থাদোকখ্রে, তৌইগুম্বসুং অদোম্মা পুলিসকি থবক তৌবিরেদনা।

বড়ে দারোগাজীনা থৌনা পিরিবসী তারগা চেকশিন্না ফম্লগা হায়রকখি, করিগীদমক জনাব! পুলিসনা করিগীদমক কোর্টশিংদা চৎন-লেল্লিবনো? অচাশেনগী বাজার ওইদবা করম্বা অফিস লৈরিবগে! অদোম্মা অদুগুম্বা অফিস অমত্তং তাকপিরবদি ঐহাক চহীচুপ্পা অদোমগী সেবা তৌজনিংবনি। থবক তৌরগা অচাশেন লৌবসি য়াদে। তম্বীবগী অফিসপু অশেংবা হায়না খঙনৈ, অদুবু ঐহাক মসিগীদমক্তা য়াম্মা খঙবা ঙমলে। হৌজিক ঐ কনাগী পুকচেল শেংবগী য়ানিংদবগী মুক্লবসু ঙমদে। অমদি অতোপ্পা অফিসশিংগা চাংদম্নদুনা হায়বসু ঙমদে। অদুবু পুলিসনা শেল চাদে হায়বসি ঐ ইশামক অপঙবা ওইনা খল্লি। ঐনা পুকচেল শেংবা সব-ইন্সপেক্টর অমা অনী উখ্রে, মদুনা মখোয় মতম চুপ্পদা অমাংবা ওইখি। করিগুম্বা অপাম্বা, করিগুম্বা য়াওহন্দবা, করিগুম্বা থবক্তগী তোঙানবা, চৌকীদার অমদি লাইবক থিরবা কন্সটেবল থবক ঙম্বা মীওই ওই মখোয়গী মতম লেনবসি করিগীদমক ওইরিবনো? মফম অদুদা ঐখোয়গী খোং-খুৎ লৈ, মখোয়দা ঐখোয়গী অফবা মিংখৈগী চংজফমনি। মখোয় মশামক চাক লামদুনা শিগনি, মশামক চারি, অতোপ্পবু পীজরি, অফিসারশিংবু নুংঙাইহল্লি, মখোয়গী হিসাবতি মথৌ নিংথীনা পাংথোকপা, অফবা মীওইশিংদা ওইরি। ঐনদি মসি ইশামক্কী খোমজিনবা ওইনা থমলি অমদি অফিসার অমদি মাগী মখাদা থবক তৌরিবা পুম্নমক নুংঙাইহনবগীদমক খুদাবু থাগৎচরি।

শর্মাজীনা হায়রকখি - মরম অসিদগী ঐহাক্তা ঠাকুর সাহেবতা হায়খি অদোম করিগীদমক আফিসতা লাক্লি।

জুল্ফিকার অলীখাঁ শাউরপ্পা ঙাংলকখি, কোর্টতা লাক্লবসু কনামতনা নুংশিবিদ্রে। অতোপ্পা অফিসতা ওইরবদি হৌজিক ফাওবা অৱাবা ওইরনি, মফম অসিদা শগোলথক্তা তোংলিবা লুহোংবগী বর ওইনা কোয়দুনা লৈরে। ঐহাক ৱা অসি চুম্না ঙাংলি, কনানা ফনা নত্রগা চুম্না লৌগে লৌ। ঐদি মখোয়দা হংবিয়ু ইতোমতা লান্না তানবা হৌজিক্কী মতমদা কনাবু লান্না শিজিন্নদ্রিবা? মসিদা অনৌবা মীওইশিং লাকই, মখোয়গী লমচৎতি খজিক্তং ফংলবসু মথন্তা লোইশিনজে। তুমিন-তুমিন্না লৌই,থানাগী কর্মচারী য়েংদুনতা লৈরে। জগৎকি মীৎয়েংদা পুকচেল শেংবা পামই, অদুবু খুদাগী মফমদা অকিবা পোক্তে। তারে, ঐখোয়না খুদাগী মফমদা অকিবা লৈত্রবদি মীওইবশিংগী করি অৱাবা পুকচেল শেংউ, পুক্লিংদসু ওইয়ু। অচুম্বগী লৌনম করিগীদমক

ওইহল্লি? ফত্তবা অসি অপিক অপিকপা শেনবুনদা তাশিল্লী, নাপল তৌদুনা কনাগুম্বগী রায় ওইদে। লুপা চামা লাইনা তানবা ফংবা মফমদুদা লুপা মঙাতনা মখোল নুংশি। শঙ্গোম য়োনবগী মমল মাংনবগীদমক, শমককপগী পৈশা হুন্থনবগীদমক করিগুম্বদা ললোনবগী মমলগীদমক খৎনদুনা ফমই। মসি অফিসকী থবক নত্তে, ফত্তবা লমচৎ ফংহনবনি, পাপী ইকাইখঙদবা, কান্নবসু নত্তবা, অরেম্বদা বদনামী। ঐহাক অচৌ অচৌবা শিকারশিংদা মীৎয়েং থল্লি। ঙংলিবা ফত্তবা ভূতপ্রেতনি, পৈশা পীরিবশিংদগী হেন্না অপঙবা মমিৎ তাংবা মীশক জগৎসিদা লৈরমলোই। অসিগুম্বা মকু কয়াশিং শুপ্লতগী পাম্মী, ঐহাক করিগুম্বা শরুক লৌশিরা নত্রগা য়েক্লববু অনী মরী ফত্তবা অশোয়বা তাহনসিরা। ইজ্জত লৈতবা জমীন্দার কয়া লাকই, মখোয়না পামলি মহাক্লা লৌমীশিংদা ওৎনৈবা অমদি পুলিসপু চঙহন্দবা। অসুক য়াম্না মখোয়না লুপা কয়াশিং অমদি নমথাক তৌদুনা পোৎ ওনবা ঐনা থেংনৈ। অসিগুম্বা অপঙবশিং থৌজানবিবসি ফত্তনিংঙাইনি। জিলা অসিদা ঐগী লৈকায়বু সন্যাগী খনি হায়না খঙনৈ। মসিদা পুম্নমক্ল া খঙনরি। নুমিৎ খুদিংগী অমা নত্রগা অমা শিকার উরি। জমীন্দার লাইরিক লাইশু হৈতবা অপঙবা, করিসু লৈতবা ব্রাফমদা খৎন-চৈনরগা লৈরম্মী। ঐহাক খুদাগী মফমদা মতম লৈবা খিবিক্তা অপঙবগী কোমদা তাবগী ওইনা থৌজান নিজরি। কনাগুম্বা সাহেবনা মীয়ামগী মহৈ তম্বীনবা ব্রাহং খন্নবসু তারি। অসিগুম্বা অফবা মীবু করি ব্রাখল খলহল্লি। ঐখোয়গী অথোইবা ব্রাখল লৈরবা সরকারনা মাবু পামদবসিদা থাঙ্গৎলি। ফরে, খুঙ্গং খুদিংদা অমখক অদোমগী সম্পতি মপুগী তশেংনা খঙলবা মীশক লৈ, মহাক্কী মফম অসিদা ঐহাক অমসুং কনাগী মপু নত্তে, অদুবু নুংঙাইবদি অসিগী কনানা মঙোন্দা পেন্দবা পোক্তে। ফরে, নুংশি নুংশিবা ব্রাঙাংনা পুক্লিং অসি শুমহৎনিংঙাইনি। মশাগী লৌমীশিংগীদমক থব্রায় থাদোক্তুনা ব্রাশক্লি ঐহাক জমীন্দার ওইরম্লবদি মীশিংগী মতেংগী হক পিগনি। জমীন্দারগী মথৌদি মশাগী লৌমীশিংবু ওৎপি নৈবিদগী কনবিবনী। মখোয়দা শিকারীশিংগী শাফু পিরোইদবনি। মরাইবক থিরবা লাইরবা লৌমীশিংগী থব্রায় মীপুম খুদিংনা ওৎপি, অদুনা ব্রাশক্তুনা হায়রি, মখোয়গী তানজবশিংবু মখোয়গী থবক্তা শিজিন্নদে। মখোয়গী খুৎশুমনগী নুংঙাইজবদা ঐখোয়না মুল্লি। অসুম্না কান্নবদগী থবক শুজরগা মীওইবনা করিসু তৌবা ঙমদে, অদুবু হক অমা লৈরি লাইবক থিরবশিংগী ফিবম থাঙ্গশেংনা থৌজানবিবা মতিক চাই অমদি মীনা মখোয়গীদমক ঙাক্লৌ তৌবিফম থোকলি, মখোয়গী খোঙথাংবু নুংশিবিগনী। অদুবু ঐগীদমক্তি মীওই অসি শিকারদা ঐগী মতেং পাংলবা খ্বাইদগী অফবনি ।

শর্মাজীনা অসিগুম্বা ৱাঙাংসি য়াম্না পুক্লিং চংনা তাখি। মহাকসি নুংশিবা চেনবা মীওই ওইখি। মসিগী থম্মোইদা শুমহৎখিরম্মী। পুকচেল চাওবা অমদি অকনবা অসিগুম্বা অঙকপনা থল্লবসিনা পুনশিন্দুনা মহাক্না মীওইশিংগী পুক্লিংগী লাংতক্কবা পোকপা মশক খঙখ্রে। অসিগুম্বা ৱাঙাংগী পাউখুম পিনবগী হোৎনবা অরেম্বা ওইখি। হায়রকখি কনাগী চাংয়েং ওইরি নত্রগা ইচম চম্বা খোঙচৎ।

দারোগাজীনা ঙাংলকখি, নত্তে, ইচম চম্বা খোঙচৎ । হৌজিক মতম অসি লৌমীশিংগী মহৈমরোং মতমনি। মতমসিশু ঐখোয়গী ওইনবা মহৈমরোংনি। নোংশানা মকোন্দা ফমদুনা লৈরবদি শিকার ফংবা ঙমলোই, জঙ্গলদা কোয়বা তাই। ঐখোয়সু শিকারগী থিবা তাই। কনাগুম্বদা অরোইবা মরাল পীশিনবা, কনাগুম্ববু হুরানবগী পোৎ লৈবগীদমক ফাবা, কনাগুম্ববু অঙাং য়ৈথবগী পাপ্না খৎনহল্লগা লাং থাকপা। অদুবু ঐখোয়গী লাইবক্না হুরানবা ওইরবদি য়াম্না কান্নবা ওইরে। ঐখোয়গী লাইবক্না লুট পাট তৌবা মীওই ওইহল্লবদি ঐখোয়গী খুৎশা মঙামক য়াম্না কান্নরে। ডাকুদি লংখায় খোৎকায়রগা চেল্লি। অশেংবা হুরানবদি ঐখোয়দা তাই। অনকপা খুঙ্গংদা শুমজিৎ হোংই। খুদাগী মফমদা অহিং নুংথিল খুরুমজরি নত্রগা য়োকপি থাকপিরিবা মপু কদায়দগী জীবিকা থাক। অচুম-অরান হুরান লান্নাবগী পাউ। লাইবক্তা তৌবিমল খঙবগী থবক চৎনদ্রবদি উপায়না থবক তৌই। ইঙ্গিত খরগী দরকার ওই, হুরান চিন্থীরবসু করিগী থিন্থরী। অদোম ঐগী ৱাঙাং শঙাংদা ঙকচানরম্বা য়াই। ঐহাক্না ইশাগী অরোম্বা শন্দোক্না ফোঙদোক্লবদি নশানদি থাজবা তৌরোই। নুংঙাইরিবদি ঐগী হিসাব, জিলাসিগী থোইদোক্না হৈশিংলবা, অচুম্বদা থাজবা ইন্সপেক্টরশিং। লৌনরিবদি হুরান চিন্থি ওইহল্লসি হায়বা অদুবু দন্দীশিং শেংনা ফংহনলে। প্রমান ফংলে, করিগীদমক উকীলগী মখুড়াদা থোকত্রিবনো, মঙোন্দদি ফাবা পুনবা তৌদে।

মমৈথংদা শর্মাজীগী মফমদা সহরদগী পাউ লাকখি। মহাক্না হৌগৎলগা হায়রকখি - দারোগাজী অদোমগী ৱাঙাং তাবদা য়াম্না নুংঙাই। হৌজিক চৎচরগে। পাউ লাক্লে। মহাকপু য়েংশিন্বীয়ু।

৬

থাবল ফরবা অহিং ওইরম্মী। শর্মাজীনা পাকচাউনা হাংলবা য়ুমথক্তা পোত্থারদুনা খবর পারদুনা পুক্লীং লুপ্পমখি। ইখঙ খঙহৌদনা নিলখোংবা খর তাখিদুনা মখারোমগী মায়কৈরোমদা য়েংথখিবদা খুঙ্গংগী মায়কৈ মরীরোমদগী কন্সটেবলশিংগা

লোয়ননা লৌমীশিং চৎলমখি। মীয়ামশিং লবুক্কী মায়কৈরোমদগী মুরুম-মুরুম শোন্না লাকখিরম্মী। মরক মরক্তা সিফাইশিংগী চৈবা খোৎপগী খোঞ্জেলসু তাখিরম্মী। মীয়াম্না য়ুমগী মমাংদা লৈবা শুমাংদা ফমদুনা লৈখিরম্মী। কদায় কদায়দা নুপীশিংগী কপ-লাউবা মখোল তারম্মী। যৌদোক করিনো হায়না শর্মাজীনা ঙকচানখি, মমৈথংদা দারোগাজীগী অকিবা ফংলবা খোঞ্জেল তাখি। ঐখোয়না ঙম্না নত্তে, পুম্নমক থানাদা চৎপা তাই।

অদুবু তুমিন্না চেক মোক লাউদনা লৈখি। মীয়াম্না মুরুম মুরুম শোন্না ঙাংনরম্মী। মরক-মরক্তা মুখ্তার অমদি সিপাইশিংগী থম্মোই শোক্লবা ৱাহে-ৱাতা আকাশতা ঙংদুনা তাখি। অদুগা কনাগুম্বদা ফু চৈবগীসু তৌখিরম্মী। শর্মাজী হৌজিক লৈবা ঙম্মক্তে। মহাক সীটিশিংগী থোঙদা লাকখি। কা মনুংদা য়েংঙুবদা উখি। মেজ মথক্তা লুপাশিং থিনবগী হিসাব মতৌনখিরম্মী। দারোগাজীনা অসুক চাউখ্রবা খুঙ্গং অসিদা অসিখক্তং।

মুখ্তার সাহেবনা পাউখুমলকখি, হৌজিক মিপায়বিগনু। হৌজিক্কীদি মুখিয়াশিংগী পাউ লৌখিসি। লুপাশিংগী মপুল ওইবা তাই।

মসি হায়বদুনা মুখ্তাবনা লৌমীশিংবু কৌশিনখি, অদুবু কনামতনা ৱা ঙাংঙকখিদে, দাবোগাজীনা য়াম্না ৱাংবা খোঞ্জেল তাহনখিরম্মী , মীয়ামসিনা ইচম চম্ন া লৌখিদে, মুখিয়াশিংবু ফাজিল্লু, খুত্তা পুনশিল্লু, অমমমম্মু জিলা খরচ থাগনি।

নুংশি হৈতবা য়াথং ফংবদা কনস্টেবলশিংগী কাংলুপনা মীয়ামশিংদা লান দারম্মী, ফুবা হৌরকখিরম্মী। চৈনাখোলনা আকাশ অসি ঙংখিরম্মী। শর্মাজীনা লাউনিংখিরম্মী। মখোয়না মতম চুপ্পদা ৱায়েল অমদি অচুম্বগী সেবা তৌরম্মী। অরানবা অমদি নুংশি হৈতবা থৌজানগী নাপল মখোয়গীদমক খাঙবা ঙমখিদে।

ইখঙ খঙহৌদনা কনাগুম্বনা থিংলদুনা হায়রকখি, লাউবিবা সরকারগী মুখ্তার সাহেব ঐখোয়.পুম্নমক হক মাংহল্লগা কিহল্লে।

শর্মাজী শাউনা নিক্লদুনা ধম ধম খোঞ্জেল থোক্লদুনা কা মনুংদগী কুমথরকখি। অচেৎপা ৱাশক্কা লোয়ননা মুখ্তার সাহেবপু হন্তবনা কল্লসিরা, অমদি মীয়ামগী সেবাদা পুক্লিং ইথিলবু নমথনবগী অহেনবা পাঙ্গল পোকচৈ। লম্বীদা চেকশিন্না চৎলে। মুখ্তারবু কৌরগা হায়খি -মুন্সীজী! অদোম্না মসিদা ইরাং থোকহল্লিবা করিগীনো?

মুখ্তারনা পাউখুমখি, হজুর দারোগাজীনা মখোয়বু পোৎ মাংবা অমগী থিজিনবগী থবক চত্থবনি।

শর্মাজীনা ঙাংখি, চুম্মী থিজিনলিবসিগী অর্থ ঐহাক য়াম্না খঙলে। মতম চুপ্পা মসিগী কুম্মৈ য়েংলি। থিজিনবগী থবক লোইখ্রে নত্রগা খর থিগদবা ৱাৎলি।

মুখ্তারনা খুমখি, হজুব! দারোগাজীনা খঙগনি, ঐহাক্তি করি খঙ্গনি?

দারোগাজী য়াম্না শিংবা মীওই ওইখি। মুখ্তার সাহেবকি ৱাঙাংবু মহাক্না খঙখিরম্মী, শর্মাজীগী লমচৎ-শাজৎসু অতৈ জমীন্দারশিংগা পাঙখক্লি। মরম অসিনা মঙোন্দা চিংনবা পোকলমদে, অদুবু মতম অসিদা মহাক মশামক অকাউবা পোকখি। শর্মাজীগী লাউনিংবা মীৎয়েং উখি, মিৎফমদগী শাউনিংবগী মৈরী থোরকখি, শর্মাজীগী মতিক মগুনবু নিংথীনা খঙখিরম্মী, মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায়রকলম্মী, অদোমগী মুখ্তার অসিনা ঐঙোন্দা য়াম্না মীনম্লে, ঐ ৱাশক্তুনা হায়জরি মফম অসিদা ৱারৌবিরনু। অদোম ঐগী লোয়নরিবা বাবু কোকিলাসিংহগী মরুপ অমদি মরী লৈনবা অসিনা ঐহাক অদোমবু ইশাগী ঙাকপি শেনবিবা ওইনা লৌজে, অদুবু তোল্লবা বদমাশ অসিনা ঐবু নমথাক তৌরে। ঐহাকসু অপংবা ওইখিবনা চমন্নবা পোক্লে। ঐহাক য়াম্না ইকাইজে পংবনা অফবা পাউতাক পীবিরিবা অদোম জানবপু ৱাহল্লে। ঐ অদোমগী নফমদা ঙাকপিনবা হায়জবি। ঐগী মরুপ অমা ওইনা হায়জরি য়াম্না থুনমক য়েংবদা মিৎ নারে, মীগী মতৌবু তোঙান্না থগ্নীযু। মসিগী অদোমগী লৈবাকপু মাংহল্লে। হৌজিক ঐঙোন্দা য়াথং পিনবিবো ফত্তবা খোঙথাং অসি মফমসিদগী পুথোকখিনবা ঐহাক ৱাশক্তুনা হায়জরি ঐহাক অদোমবু উবদা ইকাইজে।

৭

মফম অসিদনা থৌদোকসি থোকখিরম্মী, অসোমদনা বাবুলাল মশাগী কাদা ফমলম্মী, থৌদোকসিগী মতাংদা মাগী লৌমীশিংদা ৱারী শাদুনা লৈরমখি। শিবদীন হায়খি, তাদ, অদোম চৎলুদুনা দারোগাজীবু কনামতনা থেমজিনদ্রে! রাম রাম! অসি অৱাবনি!

বাবুলাল -ইনাও, ঐহাক অনিগী মরক্তা কনাগা ঙাংনরুগনি? শর্মাজী মহাক মশামকসু লৌশিং লৈবা মীশক্লিদো, মতিকচানা তৌরক্কনি। মসিমক ঙসি কনাগী ইনৌনৌবা ৱাফমসু নত্তে! উরেদনা লাক্লিবা মতমসে অমা নত্রগা অমা উপদ্রব থোক্লরেসে। মুখ্তার সাহেবকিদী মসিদা অফবা ওইরিবনী। শর্মাজীদা ঐহাক ৱাফম অসিগী করিশু হায়নিংদে, মহাক খঙলম্বসু য়াই কল্লক্তুনা ৱাকৎপা ওইনা লৌখিগনি।

রামদাসনা হায়খি, শর্মাজী গুদামদা লৈরি অমদি মখাদনা লাইবক থিরবশিংদু

লৈরি। মখোয়দগী মরম ফংলবগা থাদোক্কনি। খুদোংচাবা ফংলিবদি চাংয়েং থিবা হুম্বা পুন্নমক পৈশাতনা কনাবু ওইহল্লি।

বাবূলাল -অতৈ কনাগীদমক চৎলি। দারোগাজী শিকার থিরী, অদুবু য়েংশিল্লু, শর্মাজী হৌজিক্কী ওইনা মুন্সার সাহেব শোয়দনা পাউ লৌগনি, মহাক অদু অদাগী মীশক নত্তে, অমম্বা অসি মশাগী মিৎনা য়েংসনু অমসুং তুমিন্না খঙসনু, হোয়, মসি তাকউ, হৌজিক্কী চু কয়া থাগদৌরি।

রামদাস -চু থারুবনি, মীসু মপৈ লৈরিবসিনি। অরেম্বদা মাঙহনগদবদু খরদি কলহৌরে। তাদা কল্ল কল্লবা চু শিংসিদগী চুহীংদি জর-জর শুমদোকখি অদুবু পৈশাদি ইশা শাবা ঙমহৌদে হায়বা নঙবু য়ানীংদ্রিবরা? খঙদে, করি লাইব্রাবু তৌশিনখ্রবনো?

বাবূলাল - ফরেনে, ঐনা হায়বদগী নহাক খুদোংথিবসি মাযোক্রবা য়ারেনে। য়েংগে, কল্লবা চুশিংসিদগী শুমদোরকপা মহীসি কনানা কমদৌনা মাঙহনখিবগে হায়বা মসিদা করিনো অমদি মরৈরে। খুলসিদা কোল্লু কয়া লৈমায়দা তাদুনা লৈবসিনা লমদমসি হান্নদি চু শুম্বগী থবক্সি কয়াম তৌরমদে হায়বা খঙই অদুবু হৌজিক্তি কোল্লুশিংনা লাইবক থীরবশিংগী মচীনসি খরদংদফাও থুমহনবা ঙমদ্রে।

শিবদীন - ও তাদ! ঐখোয়গী ব্রাখলদা পুন্নমক্কী কোল্লু লৈনরি। পোইনু ব্রাকচীংদা অহিংচুপ্পা খুঙ্গং অসিদা মেলা তৌনরম্মী অদুবু নেশাগী বিদ্যা মবাং কায়খিবনা কনাগীসু চুগী হিসাব লৈনদ্রে।

বাবূলাল - ঈশ্বরনা থৌজানবিরবদি অমুক হন্না চু থারকখিনী। হৌজিক্কী ঐহাক মন্ত্র অসি হোংহল্লগে। ফরে চু থারবদি হায়বদি মাল লৈরবদি, নখোয়গী লমশিংদা লুপা অমগী চিনি অঙাঙবা ফংলনি।

হরখূনা নোক্লগা হায়রকখি, তাদ, করিনো হায়বিরিবদুবো লুপা লীশিং লৈরবদি লম বীঘা মঙা ফংবা য়াই। ঐখোয়গী লম শরুক্তা ২৫ বীঘাদগী তানা চু থাখিদ্রি। করিশু ফংদ্রবদা লুপা লীশিং অনী মখায়দগী তাদনা ফংলিবনি।

বাবূলাল - আশা তৌরি মদুদি কনাগুম্বনা লুপা য়াঙ্খেগী মহৈ মরোং ফংবা ঙমগনি। পৈশাসিনা খুঙ্গংগী লুনানবদা চাদিং তৌগনি।

মমৈথংদা নহা ওইরবা পাখং অমা চেল্লক্লম্মী অমসুং হায়রকখি, ইয়াম্বা! ফাগৎলিবা অসি উরগা চৎখ্রে। দারোগাজী পুন্নমকপু ফুবা চৈবা তৌরসনু। দেবী মুখিয়ানা হায়রকখি- মুন্সার সাহেব ঐখোয়বু পামবিরবদি ফু-চৈবা তৌবিরো, হক লৈরবা ঐখোয়দা পৈশা অমত্তা পিবিগনু। থানা, কচহরি কদায় কদায়দা চৎখিনবা খুঞ্জিল থৌরাং

লৈরে। মসি তারগা মুখ্তার মমায় ঙাংলপ তৌনা চৎখি। সিফাই মরিনা হায়রকখি, মসিবু ফারগা য়াম্না ফুচৈযু মদুদা দেবীনা লাউর-লাউরদুনা কপখিরম্মী, মমৈথংদা শর্মাজী কা মথক্তগী থিল্ল-থিল্লদুনা কুমথরকখি অমসুং মুখ্তারবু চৈরম্মী। মুখ্তার চপলেপ্না ব্বারদুনা চৎখি। দারোগাজী তপ্না শাগোল লৌরুরগা থৌখিরম্মী। শর্মাজী আশীর্বাদ পিরম্লগা চৎখিরম্মী।

বাবূলাল - মসি ঐহাক্না মাংজৌনা হায়খিবনি, শর্মাজীনা অরানবা তৌবসি য়েংশিল্লোই।

মমৈথংদা অরাপ্পদগী লালটেনগী মৈঙাল উরকখি। মীশক অমগা লোয়ননা শর্মাজী লাকপা উখিরম্মী। বাবুলালনা লৌমীশিংদু মফমদুদগী তাম্হোকখিরম্মী, চৌক্রি থাখি অমদি মাংদা চখৎলগা হায়রকখি, অদোমনা মতম অসিদা করিগী ব্বাবিরিবনো, ঐহাকপু কৌবিরকপনা ফগনি।

শর্মাজীনা নোল্লক্না পাউখুমলকখি, অদোমবু করম্না কৌরকলিবনো। ঐগী মী অপুম্বা মফম অদুদা ফুচৈবা তৌবিরে, মখোয়গী খৌরি চরম মেৎপিরে, অমসুং অদোমগী নাক্তা চৎহন্দ্রে। ঐহাক অদোমগী মতেংগী আশা তৌজরমখি। ঙসিদি ঐখোয়গী মুখ্তারনা খুঙ্গং অসিদা হুরান চিন্থি থোকহল্লে। মুখ্তারবু অতোপ্পা করি হায়গনি। লাইবকথিরবা অসি মতিক মগুন লৈজবা মীওইনি। অব্বাবদি অদোমগী দারোগাজীসু মহাক্কী তেংবাংবা ওইখি। হৈশিংনা ঐহাক মফম অসিদা লাক্লম্মী।

বাবূলাল -ঐহাক য়াম্না ইকাইজৈ, অসিগুম্বা খুদোংচাবসিদা অদোমগী সেবা তৌবা ঙমজখিদ্রে। অদুবু ব্বাফমদি অসিনী ঐহাক মফম অদুদা চৎলুবনা মুখ্তার সাহেব অমসুং দারোগা অনীমক পেন্নদ্রে। মুখ্তার সাহেবনা ঐঙোন্দা কয়ারক হন্না হায়খ্রে, অদোম ঐগী মরক্তা ব্বা ঙাংবিগনু। ঐহাক অদোমদা কৈদৌঙৈদা খুঙ্গংগী দশা কিবদগী হায়জখিদে, অদোমনা লৌবিরম্বা য়াই মদুদি ঐহাক্না কল্লক খম্বন ফনা অসুম্না হায়রিবনী। মফম অসিদা মসিমক কনাগী ইনৌ নৌবা ব্বাফম নত্তে। লাকখিবা নুমিৎতা অসিগুম্বা থৌদোকশিং থোকখিবনী। অতোপ্পা খর খুঙ্গংসিদা থোকখিদে, খুঙ্গংদুদা য়েংবিয়ু, ফিবম অসি ওইরিবনী। খুদোংথিবশিং থোক্লিবগী মরম অমনা খুঙ্গংশিংদা কর্মপরায়ন, বিদ্বান অমদি নীতি খঙবা মীওইশিং লৈতবনি। শহরগী নিংথীনা লাইরিক লাইশু হৈরবা, মখোয়দগী থৌজানগী আশা খর তৌবা য়াই, থবক পুম্নমক কেরানীশিংদা শিন্নে। খুঙ্গংগী জমীন্দারসু ময়েক খঙদবা ভট্টচার্য্য -পণ্ডিত ওইরগা পঙবা ওইরি। খরনা লাইরিক লাইশু হৈজরবসু অফবা সঙ্গ তিন্নদবদগী মখোয়গী মবুদ্ধি লৌশিং পাক চাউথোকপা

ঙমদে। আইনগী মরাল তান-তানা লৈ, ফনমক মদুগীদমক হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়দুনা লৈ। ঐ অদোমদা চুম্না হায়জরি, ঐহাক পাউসু খর খঙজরম্লবদি ঐনা অদোমবু জ্ঞান তানা খঙহনজরমগদবনি । শর্মাজী - ফরে, মহাক অব্রাবদু কোকখ্রে, অদুবু ঐহাক উরে থবক অসিনা করিসু চন্নরোই। নশাগী লৌমীশিংবু ঙসিমক খুদোংথিবদা উরুরগা ঐহাক য়াম্না অব্রাবা পোক্লে। ঐহাক্কী পুক্লিং অসি হন্না-হন্না ফত্তবা থৌদোকশিংগী দায়িত্বনি লৌই। মখোয়না তানজরকপবু চারি, মখোয়গী মতেংনা শগোলগাড়ীদা তোংদুনা ইনাকখুনবা শানা কোয়খোৎলি, মখোয়গী মশাগী ওইবা খরসু ইথক্তা তারি। ঐহাক ইশাগী মীৎয়েংদা লৈখা তারবনি। ঐ জাতি পুম্নমক্কী শেমগৎনবা থবক পায়রনি, ভারত পুন্বগীদমক থব্রায় কৎথোক্লবা খল্লিবনি। অদুবু ইশাগী য়ুমগী ঈপাউসু ফংদ্রিবা! মখোয়গী চেংশিং চারি, মখোয়গী মায়কৈদগী অসুম্না অব্রাবা থেংনরি। হৌজিক অসিগুম্বা ফত্তবা ফিবমবু মরু ফংন মাংহনবা পামই। থবক অসিদা ঐহাক অদোমগী মতেং অমদি মীনুংশি দরকার লৈ। ঐহাকপু নশাগী শিষ্য ওইহনবিয়ু। ঐহাক হায়জ ব্রাফমদা অদোমগী নাক্তা লাকচরিবনী। অসিগুম্বা দায়িত্বগী পুবা ঙম্বগী পাঙ্গল ঐঙোন্দা লৈজদ্রে। ঐগী তমজরুবা মহৈনা ঐবু লাইরিকশিং পাদুনতা লৈবসি থাদোকচরে অমসুং পুক্লিংবু নুংঙাইনা হিংবা তম্বীরে। ঐহাক মী নত্তে, অদুবু নিয়মশিংগী চেগী অচৌবা মপৈনী। অদোম্না ঐবু মী ওইহনবিয়ু, ঐ হৌজিক মফম অসিদা লৈগনি, অদোমবুসু মফমসিদা লৈবিবা তায়। অদোমগী মাংজগদবা লৈরবদি মদুগী পোৎলুম ঐঙোন্দা তাহনবিয়ু। ঐবু মতিকচারবা পুন্সিগী পাউতাক তম্বীয়ু। অদোমদগী হেন্না ফবা গুরু অমমুক ঐনা ফংলরোই। ওইবা য়াই, অদোমগী তুংইনদুনা ঐহাক ইশানা ইথৌ পাংথোকপদা মতিক চাবা ওইজগে।

❋

# পরীক্ষা

দেবগঢ় লৈবাক্কী মন্ত্রী সরদার সুজান সিংহনা অহল মতম ওইশিল্লক্লবদা লাইনিংবা পাল্লকখি। নিংথৌগী মফমদা চৎলগা হায়জখি। মহারাজ! ননাইনা ইবুংঙোগী সেবা চহি নিফু ফাওবা তৌজরক্লে, হৌজিক ঐগী ফিবমসু অহল ওইশিল্লক্লে, লৈবাক ঙাকপগী শক্তি লৈরক্ত্রে। করিগুম্বদা অরান - অহুই য়াওরক্লবদি অহলথংদা বদনাম ওইবা য়াই। পুন্সিচুপ্পগী অফবা মিংচৎ অরেম্বদা তারকপা য়াই।

রাজা সাহেব মশামক্লা ৱাখল লৈবা, নীতি খঙবা দীৱানবু হেন্না ইকাই খুম্ন খি। য়াম্না থেমজিনজখি, অদুবু দীৱান সাহেবনা ময়াদ্রবদা মায়থিরদুনা দীৱানন্না হায়জবদু য়াবিখী, তৌবতদি ৱাফম অসিদা লেপ্লখি দেবগঢ় লৈবাকসিগীদমক অনৌবা মন্ত্রীদি মশামক্লা থিজরগা হাপচবা তাই।

থংনবা নিনীশুবা নুমিত্তা লৈবাকসিগী মমিং লৈরবা খবরশিংদা নোটিস থোকখিরম্মী, দেবগঢ় লৈবাক্কী হেন্না মতিকচারবা দীৱান অমগী দরকার ওই। ফম অসিগী মতিক চারবা পুকচেলশেংবা মীশক অদু হৌজিক্কী দীৱান সরদার সুজান সিংহগী সেবাগী মখাদা ওইগদবনি। কেন্দিদেটশিংনা গ্রেজুয়েট ওইবগী হেন্না দরকার ওইদে, তৌবতবু মশা মঙ ফবা দরকার ওই, চাব-তুমদবগী অনাবা মীশকশিং ফাওবদি খুদোংথিবসিগী ফমগীদমক কনামত্তা দরকার ওইদে। কেন্দিদেটশিংগী থা অমা ফাওবগী লৈবগী মওং, লমচৎ-শাজৎ য়েংদুনা লৈগনি। মহৈগী থাক্কী অৱাৎপা, অদুগা মশাগী তৌরিবা মথৌদা হেন্না পুক্নিং চঙবদা খনবা ওইগনি। মহাশয় অদুনা পরীক্ষা অসিদা মপুং ওইনা ফাবদা অসিগুম্বা ফম অসি লাম্থোকচরি।

২

নোটিস অসিনা লৈবাক পুম্বদা মথুম-মরাং হৌদুনা পাউ শন্দোকখিরম্মী। চাউখ্রবা ফম অদুগা করিগুম্বা মখলগী কারাগার নত্তে! শুপ্পগী লাইবক্কী লীলা শান্নবনি। মী কয়া কয়া মশা মশাগী লাইবক চাংয়েং তৌনবগী হোৎনখি। দেবগঢ়

লৈবাক অনৌ-অনৌবা অমদি মচু মথেলগী মীওই কয়া উবা ফংখি। রেলগাড়ী খুদিংদগী কেন্দিদেটশিংগী মেলা অমগুম কুমথনরকখি। কয়া অমা পঞ্জাবতগী লাকখি, কয়া মদ্রাসতগী, কয়া অনৌবা ফেসনগী পামজবশিং, কয়া অমা থায়নগী অচুম্বা লুপচবা কয়া। পণ্ডিতশিং অমদি মৌলবীশিং মশা মশাগী লাইবক খুদোংচাবা ফংখি। মরাইবক থিরবা সার্টিফিকেট মিংখৈবু কপতুনা লৈখি, মফম অসিদা সার্টিফিকেটকী কনামতা দরকার ওইখিদে। মচু কয়াগী ফিজেৎ এমামে, চোগে অমদি মখল কয়াগী জেকেট অমদি টুপী দেবগঢ়দা লৈতেং ওইনা উৎলকলে, অদুবু খ্বাইদগী হেনবা মশীংদি গ্রেজুয়েটশিংনা ওইখি, মরমদি সার্টিফিকেট পায়দবা য়াগনি হায়রবসু সার্টিফিকেটনা অরোনবদু খঙহন্দনা মখোয়গী থমখিরম্মী।

সরদার সুজান সিংহনা অসিগুম্বা অথোইবা মীওইশিংবু নীংথিনা ইকাইখুম্ননবা খুজিল থৌরাং তৌখি। মীওইশিংনা মশা মশাগী কাশিংদা ফমদুনা মুসলমানশিংগী চরা হেনবগী মতৌগুম থাগী নুমিৎ মশীং থিদুনা শিনখি। মী খুদিংমক মশাগী পুন্সিবু, মশাগী লৌশিংগী মতুংইন্না অফবা মওংদা উৎনবগী হোৎনখি। মিস্টর 'অ' অয়ুক্কী পুং মাপল ফাওবা তুমলম্বদু হৌজিক্কী মতমদদি লৈকোলদা কোয়থোক্তুনা অয়ুক অঙনবদা হৌগৎখি। মি 'ব' হীদাকফু মৈখু তোকখি। থকপগী হৈনবী লমচৎ লৈরম্বদু হৌজিক্তি অহিং অথেংবদা থোঙ থিংজিল্লগা অমম্বদা কিবনা লোন্না চূরুপ থকখি। মিষ্টর 'দ', 'স, অমদি 'জ' মখোয়গী ময়ুমশিংদা মনাইশিংদা অকনবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নবম্বদু হৌজিক্তি মখোয়না ''অদোম অমদি জনাব''নচিংবা ৱাহৈ ৱাতা মনাইশিংদা শিজিন্নদবা তৌরমদ্রে। মহাশয় 'ক' লাইবু থাজদবা মীশক, হক্সলেবু থাজবা ওইরম্বদু হৌজিক্তি ধর্ম্মদা থাজবদু উরুরগা মন্দিরগী পুজারীশিংগী মফম তারগদ্রা খন্দুনা চিংনবা হৌরকখি। মি: 'ল'লাইরিক পাবদা তুক্কচবা মীশকতু হৌজিক্তি মহাক অচৌ - অচৌবা লাইরিক পাবদা পুক্লিং চঙখিরম্মী। মীশিংনা মঙোন্দা ৱারী শারুবা মতমদা নোল্লুকপা অমদি লমচৎ ফজবগী ব্যবহার ওইনা উখিরম্মী। শর্মাজী য়াম্না থেঙলবা অহিং ফাওবা বেদমন্ত্র পাখিরম্মী অমদি মৌলবী সাহেব নমাজ অমদি তলাবট নত্তনা করিগুম্বা থবক অমত্তা চৎখিদে। মীশিংনা খনখি থা অমগী খুদোংথিবা মতমগী ৱাখকতনি, করিগুম্বা অমা তৌনা লেল্লগা লোইরে। করিগুম্বদা থবক ওইখ্রবদা কনানা করি হঙলখিনি?

৩

তৌইগুম্বসুং মীওইবশিংগী মরক্তা অহল ওইরবা পোৎ অমগী গুন দোষ খঙলবা মহাক্না মরুমদা লুমদুনা য়েংলমখি উরোকশিংগী মরক্তা কাঙ অমা শাশিন্নবশিংগী

মরক্তা করম্বা অশেংবা অমা কদায়দা লোত্তুনা য়াওরিবগে?

নোংমদি অনৌবা ফেসন পাম্বশিংনা মখোয়গী মরক্তা হোকি শান্নসি হায়না লেপ্পখি। ব্রাফম অসি হোকিবু হেন্না পামজবা শান্নরোইশিংনা হৌদোরকপনি। মসিসু অরোইবা বিদ্যা মখল অমনি। মসি অমুক করিগী লোত্তুনা থমগদৌরিবনো? খুৎকী মশানানবগী থবকনিনা। অদুদি ফরে শান্নবা তারেদনা অসুম্না লেপ্পরবা তুংদা শান্নরোইশিংনা কোর্ট শেমখ্রে, শান্নবা হৌখ্রে, বোলনা অফিসতা অনৌবা থবক তৌরিবা মী অমনা অব্রাবা ফাওবগুম কোয়রে লৈবা হৌখ্রে।

মশান্না অসি দেবগঢ় লৈবাক্কী তশেংনা অনৌবা অঙকপা মশান্না ওইরম্মী। লাইরিক লাইশু হৈরবা মীশিংনা ছত্রং অমসুং তাশ অসিগুম্না চীংলেম্বা মশান্না অসি শান্নরম্মী। চোং ফনবগী শান্নবা অসি অঙাংশিংগী মশান্না ওইনা লৌনরম্মী।

শান্নরোইশিংনা হোক্কী শান্নবা অদু য়াম্না থব্রায় য়াওনা শান্নরম্মী। পাঞ্জল চন্নবা হোৎনরিবা মীচং অমগী শান্নরোইশিংনা কাঙক্রম পুদুনা য়াঙনা চেনবদু ঈথক ইপোম চেনশিল্লকপগা চাংদমফম ওইরম্মী। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মায়কৈদগী শান্নরিবনা হেনগৎলক্লিবা ঈচেলবু অসুম তৌনা য়োৎকী থোঙজাউ অমগুম থিংলম্মী।

নুমিদাংব্রাইরম য়ৌরবা ফাওবা শান্নরোইশিংনা কন্না শান্নরম্মী। মখোয়গী মশা পুম্বা হুমাংতনা চোৎখিরম্মী। হুমাং শৌবগী অশাবা ঈতনা মখোয়গী মিৎ অমদি মায়থোংদা ময়েক শেংনা উরি। মখোয় নুংশাশ্বর থবেৎ থবেৎ হোননরে, অদুবু কনামতনা পাঞ্জল চনবদি ঙম্নখিদে।

মমশিনলক্লম্মী। লমপাক অদুদগী খরা হন্দোক্লগা নালা অমা লৈরম্মী, মদুদা থোং অমতা শারমদে। লম্বী চৎলিবশিংবু নালা মনুংদা কুমথরগা চৎপা তাখি। শান্নবা হৌজিক লোইখিরম্মী। শান্নরিবা মীশিং ফমদুনা পোৎথারম্মী। লৌমী অমা মহৈ মরোংনা থন্না হাপ্পা গাড়ী অমা থৌরদুনা নালা অদু য়ৌরক্লম্মী। অদুবু লানগদৌরিবা নালা অদু লৈখোমসু খরা হোমলম্মী। অদুগা নালাগী লৈরাই অদু ঙমখিবনা গাড়ী অদু লৈরাই মথক্তা কাবা ঙমলোইদৌরি। লৌমী অদুনা করিগুম্বদা ষন অনীদুবু অঙম্বদা থৌগৎলম্মী, করিগুম্বদনা গাড়ীগী চাকাশিংবু খুৎনা ইনখৎলম্মী। অদুবু হাপ্পিবা মালনদি লুম্বা অদুগা ষন্নদি মপাঙ্গল শোনবা ওইরম্মী। ষনগাড়ী অদু মথক্তা কাখৎপা ঙমলমদে। গাড়ীনা মথক্তা খরা লাপ্না কাখৎলবসু অমুক হন্না মখারোমদা নাম্বুরকখিরম্মী। লৌমীনা হন্না হন্না গাড়ীদু মথক্তা কাননবা হোৎনখি, হন্না হন্না ষনশিংবু ফুরম্মী অদুবু গাড়ী অদু কাবদি ঙমখিদ্রে। মরাইবক থিরবা লৌমী অদু নিংবা কায়রদুনা নাক-য়েত্তা য়েংদুনা লৈখি। অদুবু মফম অদুদা কনাগুম্বা অমত্তা মতেং পাংবিনবা উরমদে। গাড়ীবু মতোমতা

থাদোক্লগা কদায়দা চৎপসু ঙমলমদে। লৌমী অদু হেন্না খুদোংথিরবা ফীবম ওইরম্মী। মরক অসিদা শান্নরোইশিংনা মখুত্তা হোকি চৈ পায়দুনা কোয়ন - কোয়ন অদোমদা নুংঙাইনা থোরকলম্মী। লৌমীনা মখোয়গী মায়কৈরোমদা কিথি কিরুম মিৎয়েংদা য়েংলম্মী, অদুবু কনাদগী মতেং নিনবগী পাঙ্গল লৈজরমদে। শান্নরোইশিংনসু মাবু উখি তৌইগুম্বসুং মীনুংশি লৈত্রবা মীওইশিংনা মাগী অৱাবদু উশিন্নরমদে। মখোয় মতোমতগী য়েংবা অমদি নাপল য়াওরম্মী, অদুবু অৱাংবা ৱাখল অমদি মচিল মনাও ওইবগী প্রেম অমত্তসু পক্লমদে।

৪

অদুবু অসিগুম্বা কাঙলুপ অসিগী মনুংদা মীনুংশি খঙবা অমদি মথৌনা লৈবা মীশক অমা য়াওরম্মী। ঙসি হোকী শান্নবদা মহাক্কী মখোঙদা শোকখি, মখোঙ শেক্রুনা তপ্না তপ্না চৎলমখি। অসুম চৎলকপদা মহাক্কী মীৎয়েং গাড়ীদুদা য়েংলকখি, ইখঙ খঙহৌদনা চপ লেপখি। মহাক্না লৌমীগী মায়খোঙ উবদা ৱাফম পুম্নমক খঙখি। হোকি চৈদু নালা মপান্দা থমখিরম্মী। লিৎলিবা কোট লৌথোকখি অমদি লৌমীগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়খি, ঐ নহাক্কী গাড়ীসি ইনখৎলকসিরা?

লৌমীনা উখি শাওং-শাদা ফবা ৱাং চাউবা মীওই অমা মাঙদা লেপ্তুনা লৈবা উখিরম্মী। মহাক্না নোল্লুক্না হায়রকখি ইবুংঙো! অদোমদা করম্না হায়গনি! পাখংদুনা খুম্মকখি নহাক মফম অসিদা মতম কুইনদগী লৈরক্লবা মাল্লে! ফরে নহাক গাড়ী মথক্তা কাখৎলগা ষনশিংবু থৌগৎলু, ঐনা চাকা পায়রগা ইনখৎকে। হৌজিক গাড়ী মথক্তা কাখৎখিরম্মী।

লৌউবা গাড়ী মথক্তা ফমখি। পাখংনা চাকাশিংবু কন্না চাকা তারম্মী। লৈখোম য়াম্না থোক্লম্মী। মহাক্না লৈখোমদা খুকউ য়ৌনা পুখরম্মী, থৌনাদি হল্লমদে। মহাক্না হন্না কন্না ইনখৎপদা সোমদা লৌমীনা ষনশিংবু থৌগৎখি। ষনশিংদু মতেং ফঙখি, থৌনা হাপচিনখি; মহাক্না লেঙবাননা মুক্লগা অমুক্তং ইনখৎখিবদা গাড়ীদু নালাগী মথক্তা কাখৎখি।

লৌমীনা নহাদুগী মমাঙদা খুৎ লোন্নরদুনা লেপখিরম্মী, হায়রকখি - মহারাজ অদোমনা ঐবু চানবিদুনা লাম্থোকপিরে। নৎলমদ্রবদি অহিং চুপ্পা মফম অসিদা ফমদুনা লেনবা তাবনি।

নহানা নোক্লগা হায়খি - হৌজিক গাড়ী ইনখৎপগী মনা কর ফংহলোইদ্রা?

লৌমীনা চীংলেম্বা ৱাখলদা হায়রকখি, ঈশ্বরনা চানবিরবদি মন্ত্রী ফম অসে অদোমনা শোয়দনা ফংগনি।

নহানা লৌমীগী মায়কৈদা মুন্না য়েংখি। মহাক্কী পুক্লিং চিংনবা অমা পোকখি, মসিবু সুজান সিংহ নৎত্রবরা? খোঞ্জেলসু চপ মান্নে, মায়থোং চপ মান্নে। লৌমীনসু মহাক্কী মায়কৈরোমদসু খৌরাংবা মীৎয়েংনা য়েংখি। নহাদুগী পুক্লিংদা চিংনখিবা ৱাখলদু মহাক্না খঙখ্রবমানে, নোকমী নোকমী নোক্লগা হায়রকলম্মী, মনি - মুক্তা হায়বসি অরুবা ইরোম্নুংদা কুম্লগতা ফংবনি।

৫

অরোইবদা থা অমা মপুং ফাখিরম্মী। খনবগী নুমিৎ ওইরম্মী। কেন্দিদেটশিংনা অযুক্তগী হৌনা মশাগী মরাইবক্কী ফল তানিংবগী লাংতক্লরম্মী। মখোয় মতম ঙায়বদা অৱাবা ওইখি। মায়থোঙ খুদিংদা আশা অমদি নিংঙমদবগী মচু লাকখি। হায়বা ঙমদে, ঙসি কনাগী মরাইবক ফগদগে, খঙদে, কনাগী মফমদা লক্ষ্মীগী থৌজান ওইগনি।

নুমিদাংৱাইবমদা নিংথৌগী দববার লৈতেংখি। সহরগী ইনাকখুনবা মরল লৈবা মী পুম্নমক, রাজ্যগী কর্মচারীশিং, দরবারগী অঙম্বশিং অমদি মন্ত্রীগী কেন্দিদেটশিংগী কাঙবু মীওই মচু কয়াগী ফিজেৎ লৈতেং শেৎ-চারদুনা দরবারদা ঙাম্থোইখি। কেন্দিদেটশিংগী থম্মোইশিং মিহুল চোংখিরম্মী।

মতম অদুদা সরদার সুজান সিংহনা লেপ্লগা হায়খি, ঐগী মন্ত্রী ফমসিগী কেন্দিদেট মহাশয়শিং! ঐনা ইকাই খুম্নজরিবশিং খরা ৱাহল্লে, মসিগীদমক ঐবু ঙাকপিগনি ঐহাক ফম অসিগীদমক অসিগুম্বা মীশক দরকার ওই, মহাক্কী থম্মোইদা থৌজান লৈবা অমদি মীনুংশিগী ৱাখল চেনবা মদুগা লোয়ন-লোয়ননা মথৌনা মরিংজেল লৈবা মীশক অমা দরকার ওইববুনি। করম্বা থম্মোয় পানবা মী পুকচেল চাউবগী থম্মোয় চেনবা মী! করম্বা থৌনা লৈবা মী! খুদোংথিবা মতমদা থৌনা মায়রোং য়ানা মরিংজেল পানবা মী! ইরৈবাক অসিদা লাইবক ফবদগী ঐখোয়না পামলম্বা অদুগুম্বা মীশক অদু ফংলে। মীওইবগী গুন শুনা তিল্লবা অসিগুম্বা মীওইদি সংসার অসিদা অতাঙবনি। মখোয়গুম্বা মীশিং অসিদি মিংচৎ অমদি ইজ্জতকী খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা ঙাম্থোইরি। ঐখোয়না মখোয়গী থাক য়ৌবা ওইথোক্তে। ঐহাক পণ্ডিত জানকীনাথ কুম্বা মীওই

অমবু মন্ত্রী ওইনা ফংজবদা লৈবাক অসিগী প্রজা মীয়ামদা নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি।

লৈবাকসিগী কর্মচারীশিং অমদি ইনাক খুনবশিংনা জানকীনাথকী মায়কৈরোমদা য়েংলকখি। কেন্দিদেট পুম্নমক্না মঙোন্দা য়েংনরকখি, অদুবু অদুগুম্বা মীৎয়েংশিংদু খেন্নরম্মী - অমনা জানকী নাথপু ইকায়খুম্নবা, অতোপ্পা অমনা মাবু কল্লকপা।

সরদার সাহেবনা অমুক হন্না হায়বকখি, অদোম ময়াম্না মসি য়াবিবদা আপত্তি লৈবিবোই, নুপা অসিনা মশাদা শোক্লবা ফাওবদা লাইরবা লৌমী অমগী লুন্নবা গাড়ীদু লৈখোমদগী ইনখৎলগা নালাগী মথক্তা কাহনখি, মহাক্কী থম্মোইদা থৌনা, পুকচেল চাউবা অমদি থৌজান য়াওরি। অসিগুম্বা মীশক অসিনা লাইর —

বশিংবু কৈদৌঙৈদসু ওৎলোই। মহাক্কী অনিংবা চেৎপা অসিনা মহাক্কী পুক্নিংবু লেঙদনা লৈগনি। করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা মীনা মাগী মফমদা নমথাক তৌববসু মহাক মশামগি থৌজান অমদি ধর্ম্মগী লম্বীদগী মায় লৈদুনা কৈদৌঙৈদসু খক হল্লোই।

**লোইরবা**





# অনুবাদককী ৱারোল



| | | |
|---|---|---|
| অনুবাদককী মিং | : | ৱারেম্বম যুগিন্দ্র সিংহ |
| পোকপা | : | ১১-৮-১৯৪১ |
| অপোকপগী মিং | : | ৺ৱারেম্বম শামু সিংহ |
| অপোকপীগী মিং | : | ৺ৱারেম্বম ওংবী ইবেচা দেবী |
| লৈফম | : | তোপ খোংনাংমখোং, পোরোম্পাৎ রোড, ইম্ফাল ইষ্ট। |
| মহৈগী থাক | : | এম.এ. পোলিতিকেল সাইন্স, হিন্দী, মণিপুরী, এডুকেসন, বী,টি, অমদি রাষ্ট্রভাষা রত্ন (বার্ধা) |
| শিনফম ' | : | রিতয়র্দ সেলেকসন গ্রেট লেকচরর, হেড অব দিপার্টমেন্ট মণিপুরী মোদর্ন কলেজ অমদি ডি.এম. কলেজ ওফ টিচর এডুকেসন (মণিপুরী মেথড) |
| সাহিত্যগী সংস্থান | : | এক্স জেনরেল সেক্রেটরী, দি কলচরেল ফোরম মণিপুর, বী,টি, রোড, রূপমহল কমপ্লেক্স, ইম্ফাল বেষ্ট। |

অইবা অমা ওইখনা ইবায় লায়, অনুবাদক অমা ওইবসি য়াম্না লুই। (মামা বরেরকর) অইবা খুৎই খুদিংমক অনুবাদ তৌবদি য়াই, অদুবু খুৎই খুদিংমক্কী কজবা অফবা অনুবাদ তৌবদি য়াদে। (কুশরক্ত সিংহ) অনুবাদ অরুবা বিষয় অমনি হায়বা য়াই, লুবসু লুই। অনুবাদকী থৌদাংদি মীওইবা জাতিনা শাংনরিবা লোনশিংগী মরক্তা ৱাখল্লোনগী পাউ কাওদোকুনা খক্তহনবা ওস্লসিনী। লোন খুদিংমক্কী শাংলিবা মীওইশিংগী সাংস্কৃতিক অমদি ভাষাবিজ্ঞানিককী শক্তম লৈজরি হায়বা য়াই। অনুবাদকনা ক্রিয়েতিব রাইটর অমগা থাক মান্নে খক্তবসু ঐখোয়দা সাহিত্যগী য়াম্না চাউরবা থৌদাং অমদি পীরে হায়বসি অচুম্বমক্নি। মসিনা অন্তরজাতিগী থাক্তা লোন অমদি সাহিত্যশিংগী মান্নবা অমদি খেন্নবা ফোঙদোকুনা খক্তহনবসু ওম্মী। ভারত্তা শাংনরিবা লোন অমদি ডাইলেক মশীং ১,৬৫২ অসিগী মনুংদসু অনুবাদক অমনা খুদোংথিবা কয়া থেংনদবা নত্তে। অনুবাদনা হৌজিক্কী মতমদা মরুওইবা ওইরক্লিবা খোঙহৌদি বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা অনুবাদ বিষয় অমা ওইনা হাংনরকপা, সাহিত্য একাদমী নিউ দিল্লীনা মমারোলগী সাহিত্যবু লোন অমদগী অতোপ্পা মমারোলদা নত্রগা ইংলিসতা অনুবাদ তৌবগী শক্তি পীরবা অমদি ভারতকী মনুংদা অপুনবা জাতিগী ইহৌ শাগৎপসু ওম্মী।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা হকথেংননা মতেং পীরকখিবসি প্রো: এলাংবম দীনমনি সিংহ, ডা: শগোলশেম লনচেনবা মীতৈ অমদি অরিবম কুমার শর্মানি। লাইরিক অসিবু নত্তদা অক্তাবা শরুক কয়া লৌবিখিবা লম্ফেলদা লৈবা বীর কম্প্যুটরগী প্রোপাইটর শ্রী লাইশ্রম তোম্বা সিংহ অমদি হাকশিংবু পুক্নিং কাপ্চিন্দা লোয়না থাগৎলি।

– ৱারেম্বম যুগিন্দ্র সিংহ